সমরেন্দ্র খোমদ্রাগী

# ণীর্ম্মল্য লৈহাউ

(ৱারী মচা)

* অকোওবা *

[illegible]

ইমা—

পাঙ্গদ নচাগী ণীঙ্গর্ন্য লৈহাউসে
শর্মাজ্জদ থেঁৎ মোমোন নোক
ইচানা থেংপীবা; শমজাগী লৈহাউর্নি খন
লেঙ্গোকো ইমা-নতারোইশিংলক্তা।

*A composition of short stories entitle*
*"NEERMALYA LEIHAO"*

---

- অইবা ঃ নবেন্দ্র খোমদ্রা
  হাওবম মরক, ইরোম লৈকায়।

- পুখোকপাঃ চন্দ্র ক্ষেত্রি
  (জোইন্ট ইডিটর—"অনৌবা মণিপুর")
  হাওবম মরক ইরোম লৈকায়

- মখুম শেমপা ঃ বেরিল থাঙা

- মখুম পুখোকপা ঃ বিজিরা

- মখুমগী ব্লোক শাবা ঃ এম, মণি এণ্ড সন্স
  এলাংবম লৈকায়।

- মখুম নম্বা ঃ লোকাচৈরা প্রিন্টিং ওয়ার্ক্স, ইরোম লৈকায়।

কোপী মশিং ঃ ১,০০০

ফংফম ঃ (১) ইম্পিরিয়েল বুক হাউস,
পাওনা বজার ইম্ফাল
(২) ভি মু, বার্ড বুক যেপালিন ভিজিয়ন
ককচিং বজার, ককচিং

নম্বম ঃ জে, এম, প্রিন্টিং ওয়ার্ক্স, থাংমৈবন অমথাব, ইম্ফাল

ৱারী মচাশিং

## "নীর্ম্মল্য লৈহাউ"

ঙরাংগা ঙসিগা খেৎ, হয়েংনা করি খঙবা ঙমদে। খঙবা ঙমদনা সুম কৌখি পুন্সি। ঙসিদি অমুবা শম্লাংলক্তা কাপ-লকইবা অঙৌবা মচুগী শম্লাংহুনা শামে৷ পুন্সিসিবু হোংহন-খিঙুম তৌরে।

মতম অমগী পুন্সিদ্ কয়াদা নুঙাইরমগ্রবা, হন্নক্রোইদো নহা ওইরিঙৈ পুন্সিহুদা কয়াদা পামজনা ঙাওজরমগ্রবা। নুতিগী য়াঙশঙ ওইহন্নিংই, নুতিগী কাং ওইহন্নিংই। মাগী তনৌবী খুংতু পায়হুনা নুতিগী থওল চোংনিংই। অমম্বা অহিঙহুদা খুংশম্নহনা নুতিগী বারুনি কানিংই। কয়াদসু পামজনা নুঙাইনা ঙাওজরমগ্রবা লাইট শোং তাবা, বাশোক শকপীগী মিংচিগী তেন, মখোয়গী ঈশৈগী রাগদা পুক্লিংসিবু কয়াদা লায়না সুম-হৎলমগ্রবা। ইঙেন থাগী রথ যাত্রা মতমদা নন্দেশ্বরী, ইবে-তোম্বীখোযগী খুবাক ঈশৈ শৈফম খুদিঙগী চিথরমদবনি। শৈফম খুদিঙগী মখোয়গী মতুঙদা মমিগুম কোইন ইন্দুনা চৎলমলীবনি। শৈফম অহমগী বাশোক লোইরগা নন্দেশ্বরী খোয়না ফি শেৎফমহুদা চঙহনা হয়েংনা কদোমদা হায়না পেল-হৌদবগী ৱাহংহুফাও হংলুরিবনি। থাপ্লবসু থাপ্ল মতুঙ ইন্দুনা চংলিবনি। "তামোখোয়না শেল থামনবসিদা ঐখোয়দি ঈশৈ হেক লোইশিনববু ইকায়জরবনি, ঈশৈ শকচবফাও ঙমদ্রবনি" হায়রকপহুদা থম্মোয়সিনা মরমহুমক লৈত্রবসু নুঙাইবগী ইথক মচা অমদি খঙহৌদনা কদোমদগীনো হৌরক্লিবনি।

ফোঙদোকচবমক ঙমদ্রবস্থ ইশ শক্তিডৌদা কাপ্পখিগা মচিন তুম্নবা মিংচিগী তেন কয়াতুনদি থম্মোংসিদা থুম্ন লেংনরিবনি। "মতমমতুগী পুন্সিদো ঙসিদি কয়া লাপ্ন চংথ্রবা"।

"নখোয়বু অঙাংসি লৌহররোনে, ঐবু নাম তাবা চংপা থেঙখেনে কদায়দা ঙম্ন অমুক চংখ্রবনো"। মগুহ্ পম্ন পম্ন ইমুংদা গুনশিন্দুনা শামোনা লাউরকই। সোরোজিনিস্থ তৌরম্বা থবক্তু থাদো ফল্লগা মপান্দা থোরকই। মকুবোকপু কিনা তৌজ সোরোজিনিনা। মকুবোক্তগী পিক্লিবা অঙাংতু লৌরগা ইমুংদা চঙখি। ইমুঙদা মতোমতা মুরুম মুরুম শোল্লি "করি কান্নবা নাম তাবনেনা"।

অজ্ঞা লালবাবুগী মাঙোপ্ত তৌরিবা লাইরিকসি ঙসিগদি হুন্নি চল্লবনি। শামো নুতিগী লেপ্তনা নাম তাবা চংলি। নুতিগীদি ঙন্থানা মফমতু য়োবনি। ঙসিদি মমৌনুপীহ্ থবক ইনথাং খরা তৌবহ্দা মগুনুপা অতোম্বতু লৌতনা লৈথোকল্লুরে।

য়াম্নমক থেঙখিবদি নত্তে, শামোনা মফমতু য়োবদা মঙ্গলাচরন্দ হৌরমখিবত মঙাইরম্লি। নুতিগী দ ঙন্থানা হেক-হেক য়োরতুদা য়াম্ন থেঙথ্রবোইত খল্লুরে। তহা-তহা লাক্গা হরি নাম শোল্লিবা মাঙোপ্ত, হরিগী মন্দিরমক্তি খঙ্গতুনা লাইবক কচ্চতুনা কাখংলি। চঙশিন্দুনা লাইরিক থীবা-হায়বদা ভক্তি তৌজ। তিল্লম্নীবা সাধু বৈষ্ণব-বৈষ্ণবী ময়ামদস্থ খুরুমতুনা ভক্তি তৌজে। অম্নম্না খুরুম্নবসি মৈতৈগীস্থ চংনবী অমা ওইনা ফজ। খুরুমজবা লোইরগা ফমফম মচি অমদা চঙশিন্দুনা সাধু বৈষ্ণবশিংনা হান্ন ফয়ম্নীবা ফিদাহ্ লাইবক কচচতুনা কাখংলগা ফমথৈ।

নহা ওইরিডৈ পুন্সিতু নিঙশিঙলুরগা খেন্নরিবা ময়ামসিগী খল্লুবদা পুন্সিসবু অসিরা খল্লকপা মতাঙস্থ য়াওরকই শামো। মতম অমদনা নুঙাইবা রাগ কয়াদা বাশোক শকপীগী প্রেমদা লূপচরম্বা ঙসিনা ভক্তিগী প্রেমদা লূপচবা।

নোংমদি, সুমাং লিলা য়েংফমদা লাইট শোং তাফমদা খুবাক ঈশৈ শৈফমদা টেরিকোটনগী হাফ সার্ট অঙোবা অমা লিং, বাওথাংনবা মচুগী শামটু খোঙগ্রাও'ম শেং গোল্ড ফ্লেক, মচৈ অমত্তং ফৈনাচিংলগা নুঙাইবা অশাগী রাগদা পুন্সিগী মহাও তংলম্বনি। খুবাক ঈশৈ শৈফমদা ঈশৈ শকপীশিংগা মিৎচানরম্লীবনি। মিৎচি খৎনহুনা নোক্করম্লীবনি। আথা শেন্থদা তলবনা কোন্নদহুনা খুনিংথোগী স্না খুদোপ ফাওবা বন্ধোপ কয়ারক থমখ্রবনি।

"করিগুম্বা অকক্লবা মাগুব খরদদি ভাবোক্তদা নুঙাইজবস্থ য়াওরিবনি"।

বাশোক শক্লিভৈ মাগুব ময়ায়দা চঙহুনা শেন থাবদা তপ্প তপ্প অমমমত ওইনা ঈশৈ শকপীশিংহুগী মথুত্তা পীরিবনি। মনাক তুদা কুইনা লেপচরগা থম্মোয়সিনা মরম লৈত নুঙাইজরিবনি। অতম্না পামজবা খোইদাজবী মঙোন্দ হেনজিন্নকা থারিবনি। অকোম্বগী শেল খুথাহমনা কলক পেন্ন শমজিহুদা থেৎপীরম্লগা হায়ফেত্তং মিৎচিনা য়েংজরগা মোমোন তৌহুনা থোরকই। অয়েংবা ভাবোক ময়ামহুনা "শামোগী শেন খুথা" হায়নরম্লিবনি।

পুন্নমক্ত্, ঙসিদি অমুক্কী মতিক লাপ্প চংথ্রে। লাক্কনি হায়বফাও থাজরক্ত্রে। অদুবু হৌখিবা পুন্নমক্ক কাউহনখিবদি নত্তে, থম্মোয়সিদা তত্তনা নিঙশিঙহল্লকই। অদুবু কৈদৌক্কনি নিঙশিঙঙৈজ হায়দ্রি মঙাইরে।

লাইবক্তা অঙোবা চন্দল, টেরিকোটন হাফ সার্টতুগী মহুত্তা মুগাগী ফুরিৎ পুময়াৎ, বাওথাংনবা লোং পেন্টতুগী মহুত্তা অঙোবা ফৈজোম। লাইট শোং, বাশোক, খুবাক ঈশৈ তাবগী মহুত্তা হরিনাম তাজবা। মতম অমদা গুমাং লিলাদা পুক্রিং [illegible] গৌরলিলাদা রস চূপচবা।

ঙসিগী লাইরিক্কী মতাঙহ্ চৈতন্য মহাপ্রভুনা লম্বোইরগা শ্রীধামবৃন্দাবন্দা ব্যাস ওইখিবগী মতাঙহনি। তিল্লিবা সাধু বৈষ্ণব বৈষ্ণবী ময়াম রস চূপ্পুনা তুমিন তুমিন তানৈ। রস চূপ্পুনা তারিবা সাধু বৈষ্ণব কয়া ঙক্তা হাম্ব লেংয়ান ফিহুনা তারক্লিবা পি তৈথোক্লে, মন্দির ময়ায়দা চঙহনা লাইরিক থীবা হায়বদা খুরুমজহনা থমমোয়দা হৌরকপা প্রেমগী ধারা থিংবা ঙম্নদহনা ভক্তি তৌহনা পি তরং তরং শিন্থহনা কপ্লবস্থ য়াওই। শামোস্থ লেংয়ান ফিহুগী মচি অমদা তারক্লিবা পি তৈথোকচৈ।

ইমা ইবেন বৈষ্ণবীশিংগী ফমফম নাকন্দু মমাঙ থবা ফকশাং পরেঙহদা অহন ওইদ ওইরবী বৈষ্ণবী ময়াম ফম্মী। মহুগী হেক মতুঙ ওইরপ্পা নহা ওইরীবি ভক্তি প্রেম লৈবী বৈষ্ণবী ময়াম'মা ফম্মী। লাইরিক্কী মতাঙহ্ তুমিন তুমিন তানৈ। রস চূপ্পুনা তাজবী বৈষ্ণবী কয়ামস্থ ইন্নফি মচি অমদা তারক্লিবা মিংকী পি তৈথোকচৈ।

শামো পি তৈথোকলুবগী হঙ্গৎনা য়েংথোরকপদা কাচিন ওইরপ্পা ফগ্লিবী মুপিহুগা মিৎচানরুগুম তৌই। হন্দোক্লবা ঙমদনা য়েংনৈ। পুক্লিংদা কনানো হায়না তত্তনা হংবগুম তৌই। গ্যান তাদে। ঙসাইমথৈস্থ য়েংশিল্লুদবনরা উদে। নহানমথৈস্থ লাকপা উদে। মকোকস্থ হাইফেৎ খুমজিল্লি। অহুবু মিৎচানরুবা মিকুপ্ত থম্মোয়দা হায়ফম খঙদবা ইথক চামা চামা হৌরকপগুম তৌই। লাংতক্করিবা অহুগী মরম অমদি শোয়দনা লৈরমগনি। হৌখিবা পুন্সিদা মিংয়েং অনিহ্ তত্তনা মিৎচানখ্রবগুম তৌই।

ঙসিফাও মাইথোঙহ্ ফজবগী মমি তারি। মোং হাদবা শকতমগী মমিহ্ ঙসিফাও মুৎলমদ্রি মুঙাই য়াইফনা হৌরকপগী হৌনবা উনশাহ্ খুইদ্রি। ফিজোলহতননি ফিভমহ্ হোংহন্ন উহল্লিবা।

ঙসিস্থ হান্নগুম ত নী তনোরি। অদু লাইবক্কী অমুবা চন্দল অহুনদি মংাক অদো নিঙবা কায়রবী অমদি শোয়দনা ওইরমগনি। মিৎচানবা মিকুপ্পুদা মরোল থোক্কবা থম্মোয় অনিহ ফোঙদোাক্লদনা হারী শান্নি। মমি শান্নক্লবা শামোগী পুন্সিগী লৈমায়দা শেংফাংবা শক্লম অমগী মমিদি তাহনা লৈহৌরে।

লম্মুক্লয়্নবা শামোগী পুন্সিদো মতম্মদি লমজিংবীরম্মী কনাগুম্বী'মনা, মাতবু থনখি মহাক্কবু মুংশিজখি মতমহুদা কায়নখিনি হায়বা শুকথঙ খঙদনা মুংশিনখি। শাথীনা মুংশিনখি হায়বা য়াই থমোয় থম্মোয় পুথোক্লুনা পীনখিদে হায়বগী বাতনি। শামোনা চাউথোকচখি মতমহুদা মাগী পুন্সিদা লমজিঙবীনবা অমদি লৈরেদনা।

মহাক্ল শামোবু অফবহুত ওইহন্নিংখি। মুংশিনা পাউতাক কয়াম্থ পীরকই। মহাক য়ু থকপা পামখিদে নিশা চাবা থাঙ্গশেংনমক শাউই তত্তনা শমোদা হায়খি—"নিশা চাহকো হেক শিজিন্নবা মুমিত্ত নঙগা ঐগা কায়নরবনি খঙবীয়ু'। কায়নবগী বা পল্লকপহুদনি শামোনা মিপাইজখিবা কায়নখিবা তারদি কমদোবা, শামোনা করম হি ... ইতিং-তিংবা বাহৈনা পুকচেল শেংনা অহুম হায়খি শামোম্থ "নঙগা কায়নদো শক্লক চরা হেল্ল, হায়রফাও হেল্লগ ইবেম্ম।"। সিদা নত্ত মমল নাইদ্রবা পাউতাক কয়ানি মাগী তত্তনা শামোদা হায়রকই— "ফত্তবা শঙ্গ য়াওক্লমুকো, শঙ্গনা মী মাংবনি হায়বসিমত্তং কাউবীনু"।

কায়নপ্পবা তুংহদা নোংমা চৎলুই লম্বীহদা খঙি... নিঙশিঙলকই মতম অমদা মানা হায়খিবা——'তোঙনা লাক্কমুকো মীনা খঙথ্র উথ্রগা ঐথোয়নিগী মুংশিবগী মরি...

অকায়বা ওইখিনি। চেপথহুনা য়েংলুই শথৈল্লে মরুমহুদ, লেপ্তুনা লৈরম্লদি করিগুম্বা লাক্কহ্ হারগা লাকই হায়হুনা শোয়দনা ৱারোৌরক্কনি। হয়েংমখৈদি চৎলরোই থন্ন হল্লকথি।

মহাক্ল পামদবা থবক্কুদি শামো। তৌখিদে মনাক্তস্থ তোয়না চৎখিদে উনিংবগী লাংতক্লবহুনা মনাক্তা পুহনা চৎলুবতনি। মহাক্ল মফমহুদা চৎলুবদা মী অতৈবা করিগুম্ব উখিরম্বা থোক্লদি কমদোৌবা, মীনা উখিবদি তরাইথোক্লহুনা মহাক্লুমক্ল উরম্বা থোক্লদি লাকম্নু হায়রমক্তদা লাকই হায়হুনা শোয়দনা ৱারোৌরম্লনি খন্দুনা শামো নুংশা থীজৈ। তত্তা উন্নহুনা নুতিগী নুংশিবী মাগী মনাক্তা চত্তুনা অৱা প্তঙাই ৱারী কয়া শান্নবগী উপাইহু লৈখিদে। উন্নদ্রমকস্থ ফোঙদোক্লদব হাইহনা তত্তনা ৱারী শাখিবনি অচিকপদা। মরক করক্ত উন্নৈ ইচম চম্ব ৱারীহুত মশান্নৈ। নোং-ফাদোকস্থ মী অতৈগুম উন্নদ্রিমখৈ লৈরক্তুদা হঙ্গৎ হন্দা চৎপা ঙাইহাক্তুং ওইরবস্থ মফমহুদা লেপচহুনা নুংশিবী মহাক্তবু ঙাইজবগী পাঙ্গলহুদি লৈত্রবনি, কয়াদা খেন্নরিবনো। তত্তু মসিমক শাংোদদি হৈনবী অমা ওইখিবনি। হৈনবীসিমক মহাক্লা তম্বীখিবনি। পুন্সিগী থাজরমদবা মিকুপ'মদা কায়নবগী পারাহ্ তম্বীরমখি নোংমথক। মতম'মদা মহাক্ল তম্বীরম্ব। হৈনবী কয়াহুনা পুন্সিগী পোম্বা ওইহুনা ঙসিফাও হিংলি শামো। মহৌশাগুম কায়নগ্রবা তুংহুদা নোংমস্থ অয়ুক নুংথিলদা উন্নবগী নুঙাইজবা অহগী মহুত্তা নুমিদাং থাবল মরক্তা মখোয়গী লৈরক্তা হঙ্গং-হন্দা চৎচরুই; উন্নবস্থ ফংলোইদবী মহাকপু ঙাইহাক্তুং ঙাইজক্লই, মখোয়গী কোম্মোং মপাদা ঙাইহাক্তং ওইরস্থ লেপচক্লই। মসিতনা পেঙ্গবা হায়বহ ওইজরম্বনি। থাবল মরক্তা ৱাথল্লনা

শাগৎচবা মঙগান অমদা থোরক্লনা মনাক্ত লেপ্ত লেপ্পরবোই থল্লুবস্থ য়াওখিবনি শামো।

শকথচেনদ্রিবৈ, নোংমা লাই হরাউফমদা জগোয় শাখি। মতমত্থুমক্তি নিঙজবতনা শক্ক ওইজরিবৈ বারীনি। কল্লক পেম্ন য়ে জখি। ফন ফজে মৈতৈগী অশেঙবা শক্তমত্থুমক লাই হরাউফমদা উবা ফংই। মৈতৈ নুপিশিংগী ফিজেং ফজে লেমজনিংঙাইনি। রেসম ফুরিৎ, ময়েক্লাইগা ফুনেক কয়াদা ফজগ্রবা পুক্লিংসি ইনৌত নৌহল্লি। মতম কুইনা উরুদ্রবা মৈতৈগী শক্তম কয়া উরুবদা থম্মোয়হনা কয়া চাউথোকচগ্রবা।

মৈতৈগী জগোয় মীরৈপাক্ল পান্ন য়েংনৈ হায় পাম্নমগনি। পুমতোপ তোপই। তপ্প ইংনা খুৎশাতনা থেক্কনা খোঙতনা তান থাহ্না আর্থ লৈনা শাবা জগোয় খুৎশানি। আর্থস্থ শোয়দনা লৈরমগনি। মৈতৈ নুপিশিংনা লাই হরাউবগী জগোয় থওইনা তম্নদে। নুপিমচা অমনস্থ হেক্ক থোরক্কনা শারৈ। মৈতৈগী ঈগী ঈচেন্দ মসিমক্কী ঈনোৎ অমা য়াওগ্রবনি।

নুমিত্তদা মাগী শয়্যাংলক্তা য়াম্বা লৈহাউ ময়ামহ্ন ফনা নিংথিজে। মাঙোম্দদি ওম্বোক্ল পকচৈ। শামোতনা হায়খিবা নত্তে অয়েংবা অউবা মীশিংনা ঙাঙনখিবনি। মনাক্ত ফম্বা অহন ওইরবা অমনস্থ মগায়—নুপিমচাশিগী লৈহাউ ময়ামনসিদি ফজগ্রেদা মঙোন্দা ওম্বোক্ল পকচগ্রেদা।

মাবু ফজে হায়রগা শামোতনা চাউথোকচবা পোকখি। চাউথোকচবগী মরম অমদি শোয়দনা লৈরমগনি লৈফম থোকপনি। চুম্মি ফজে, ওম্বোক্ল ফজে তোপতোপ্প লৈহাউ ময়ান্নি অমতুং অনিদং য়ানখিদে পরেং শানা য়াল্লি কোন্তক তৌনা বাহুরানিগী মওঙদা য়াল্লি। জুম জুম লাউবা অমুবা

শম্নাং মরক্তুদা কয়াদা কল্লক পেম্ন য়ানগ্রবা লৈহাউহ্ন ওস্থোক্ল পকচৈ, ফজবহ্নয়ক মঙোম্দ লোইনমক লৈরব্রা খল্লুই শামো।

লাংতক্লনা য়েংজৈ, মওল মওল খঞ্জৈ শম্নাংক্তুগী লৈহাউহ্ন অমত্তং পীবীয়্ন নীসিরা অহ্নবু মতমহ্নমক্তি শামোদা মহ্নমক হায়জবা ঙম্বগী পাঙ্গলহ্ন লৈখিদ্রি। থীনকা চৈরক্লদি কমদোবা খঞ্জরুই।

লাইবো চোংদ্রিবৈদা শাবা জগোয়হ্ননি। পরেং শানা লেপ্পি অমগী মথঙ অমা। মাইবীশিংনা মকোক চিংই অহ্নগী মথঙ মো লৈশাবী মথঙ মথঙ পরেং শানা লেপ্পী। জগোয় শানা শানা পরেং শানা স্থম লাকপদা মহাক্ল শামোগী মপাহ্নমক য়োবদা শম্নাংলক্তুগী লৈহাউ অমখক কেন্দুনা শামোগী মঙ-মক্তদা তারকই। শামো শ্বাই লাউখি, লাই লৈতে হায়বা য়ারোই মতাঙহ্নদা। শামোগী লাঙতক্লহ্নবা অহ্নমক লাই-রেম্বীমক্ল উবিরবা হায়হ্ননি। লৈহাউহ্ন তপ্প খুঞ্জিঙ্গর।

মহাক্কী মতুঙদা লেপ্পুনা জগোয় শারীবী নুপিমচাশিং অহ্নদি নোকখিবস্থ য়াওই। শামোদা করেম্ননা ওনশিল্লগা লংনরকই—"য়াম্ন পামজব্রা লৈহাউহ্ন ভারীদা পীবীগেনে"। শামো নোক্লগদমক তোকখি। মপুক্লিংদদি হায়গে খনখিবনি—"লৈহাউসে নখোয়দগী নিরবা নত্তে ঐগী ওইয়ু তম্নম্নবনি।"

পোমশাংনরীবা লৈহাউহ্ন অমুক্তং নাতোন ময়াদা পুশিন্দুনা খোরাংনা লৈনমহ্ন নম্নুই— "কয়াদা হুংশিগ্রবনো লৈনমসে"। শামোগী পুন্সিদা লৈনমহ্ননা ঈনোং অমা হাপ্পীগুম তৌখি। ফুবিংখাউদা হাপচিন্দুনা পুরকখি। চেংনা খমজিঞ্জৈ, হুতিগী য়েং-জৈ, লৈনমহ্নদা ঙাওজৈ। কংশিল্লবা ফাওবা লৈনমহ্ন মাঙখিদে। অহ্নবু ঙসিদি মাগী শম্নাংলক্তুগী কেলহোবা খরায়না পামজনা খুঙ্গরগা হুংশিনা খমজবা খরায়দগীস্থ হেম্ন লুনা চেংনা খমজবা

লৈহাউহ্ কদায়দা চৎখ্রবা থিকম খঙখিদ্রে।

লৈনমহ্গী মপায় হিংজরস্ব শামোগী পুন্সিনা লৈনমহ্ ফংদ্রবদা করম লৈংহৌনি। লৈনমহ্না চূরবা পুন্সিদো ঙসিদি মমি শাম্লক্রেদো। চয়েৎনবা রাথলহ্ লাম্ব ফংদ তুমিন মথন্ত শোনখি- "লৈনমহ্ থনয়্গা নঙনা কায়দা চৎখ্রবা"।

"ঐখোয়'বুঙো সাহেপকীদি নীর্ম্মল্যসি লৈহাউ ওইনা চিন্লোসে সিমথক্কস্ম মঙাইরে"।

আজ্ঞা লালবাবুনা চৈতন্যদেবদা কৎপগী নীর্ম্মল্যহ্ শেম্পাক অমদা হাপ্তূনা য়েল্লকপহ্দা শামো গ্যান তারকই। হন্ন য়েংখং- লূবদা অজ্ঞা লালবাবুনা পোমশাৎনরীবা লৈহাউ অমা মঙোন্দ পীরকই। শামো ইঙক ঙক্ল খুৎ অনিনা খুজোক শান তিংথোক্কনা নীর্ম্মল্যহ্ ওকচৈ। মাঙখ্রবা কংলবা লৈহাউহ্ ঙসি ফংলবগুম নুঙাইজৈ। মহ্মক্কি থন্ন হরাজৈ। থম্মোয়দা খঙহৌদনা নুঙাইবগী ঈথক হৌরকপগুম তৌই।

নতোন ময়াদা পুশিন্দুনা লৈনমহ্ অমুক্কং খোঁরাংনা নয়্নই। অহুবু মাগী শন্নাংলক্কগী কৈনহৌবা পামজনা খুঞ্জরগা নুংশিন থমজরম্বা মাঙখ্রবা লৈহাউহ্গী থম্মোয়দা কাউঙমদনা চুহ্নন লৈহৌবা লৈনমহ্গা ঈশ্বরগী নীর্ম্মল্য লৈহাউসিগী লৈনমগা, লৈনম অনিগী মরক্ত লৈরিবা খেন্নবা অহ্দি শমো রাখলন লাম্বা ফংদবগুম তৌই।

----

## "তা'তোমালগী মনেমপোক অতোম্বী"

তা' তোমালনা ৱারী লীবা তাবা য়াগ্না নুঙাই। মমিংও ?নাও ময়াম্থু হেক উমফিংম্বা ঙমদমখৈ ঙাংই। মী মরী মঙাম্বু তিল্লদি মাগী হৌনবী ৱারী হেক্ক লীথরকই। অফিসতম্থু অহু ?ডায় মাগী থবক হেক শংবগ ঐগী নাক্ক হেক্ক চঙলকই। ঐগী টেবলথুগী মমাঙদা থারিবা চৌকিহৃদা ফমথরকই ৱারী লীদোগী। মাগী হৌনবী রাজনিতিগী ৱারী, হুকান পোং ভাঙবগী ৱারী, কৈথেল নুপীগী ৱারী, অফিসকী থবক তৌবী নুপিশিংগী ৱারী জগৎ শুরে। মানা খঙদবা ৱফম লৈতে।

নুমিত্তমদি, অফিস ছুটি থাবগী অহুদা তাতোমাল ঐখোয়নি লাকমিন্নে। নহানমখৈদি হনমিন্নরক্কবনি। লম্বীম্থু য়াম্না শাংনা তিন্নব নত্তে।

তাতোমালনা নহানখৈ লীবা ৱারীগা ঙসি মানা হৌদো?কইবা ৱাফমথুগা ইমান মান্নদে। তাতোমালনা শকফম হঞ্জিল্লগা হায়রকই "হৌজিকসিদি ইবুঙো লাইরিক লাইশু ?কান্ন মতম্নম্থু, থবক ইনথাংকা কোন্ন তৌরম্থু নুপিতদি হান্ন কোয়হৌবা হান্ন থিহৌবা সিদনি ইয়াম্বনা হায়জগদবা।" খুম ঙাংঙলম্বদগী ঐঙোন্দ মুক ওনশিল্লগা হায়রকই। ইবুঙোম্থু নুপি অঙাং লৈত্রিবনিনে নত্রা ; ঐম্থু খুম্মি লৈজদ্রি। ইফিংফিংনা নংক্কু হাইরগা য়েং শোয়রে শোয়রে মতম তাঙ্গা হায়বা মমা লৈবনিকো তাতোমালনা নোকখি নোকখি মখা তাথরকই।

তাতোমাল চহি নিফুগী পাখঙনি হায়নৈ। মশা কয়া নান্দ মকোক তাংলি তাংলি তৌরে পুমতাং তাঙবমক্তি নত্রি। অহবু অউবা মীনা মাবু পাখঙনি হায়বতদি ঙম্লোই। অখঙবা খরতনবু তাতোমাল পাখঙনি হায়বীবতনি।

কুইদ্রি তাতোমালগা খঙনখিবা খা অনিমুক্তা মঙায়রি।

অহবু কুইদ্রিবা মতমহুদা মহাক্কা তিন্নক্ষংগী মহাওহদি খঙলে। বারী শামিন্নবা নুঙাই। শুক্কোই কোইনদে। মানা কোইদবা মতৌহদা ঐখোয়স্ব কোইদনা অহম চৎলি। ঙাঙনিঙবা অহুম ঙাঙই হায়নিঙবা অহম হায়। হংনিংবস্ব অহুম হংই।

তাতোমালস্ব য়ারেনা মতম হেম্বু হেনলেনা ঐনা ইশম শন্না হায়রুই। তাতোমালনা শকফম হক্কীল্লগা খুম্মকই ইবুঙো ইয়াম্নদি অমুক হন্ন তৌজররোই মহুগী থবক্কু। অমুক হন্না হায়রিবসিস্ব তাতোমালবু কয়'রক লুহোংলবগেনে? ঐনা ঙরু হংই। করিমত্তা নাচুংদনা মখা লীথরকই—"ইকুই কুইদ্রি চহি ফাদ্রি ইয়াম্নস্ব থবক্কু পাঙথোকখিবা।"

"ময়াম্নদি তাতোমাল পাখঙনি হায়নৈনা, তাতোমলবু নুপি লৈত্রি হায়বদাইনে?"

"নুপি লৈতে হায়বগী রাতনি ঐগী ইনেমপোক লৈ"
"অহুদি ইতৈমহু লৈখিদ্রবরা?"
"লৈরি। শিখিদে।" ইরাই লাইনা খুমদোরকই।
"অহুদি খাইনখিবরনে তাতোমাল?"
"খাইনখিবা নত্তে।"
"অহুদি কমদৌনা?"

ঐখোয়'মানা হায়নরুবনি হাইখিদগী নি। ঐঙোন্দ য়েংলুচো পাম্ব্রা পামদ্রব্রা? হায়রকই। ঐস্থ মতাঙহ য়োরবহৃদদি পাম্মী পামদে হায়দনা য়ারে হেক্তমক মহায়:র। কুইদে লুহোংবগী সুমিৎ লেপ্পরে।

লুহোংবগী ৱা হোদোরকপহৃদা তানিংহুনা হায়রুই তা-তোমাল লুহোংবসিবু নুঙাইব্রা কমদোগে? হংলুই।

ৱারীহু লীথরকই। অমুক্তং হৌনা খোদেম্মগা খোন্দু হান্নদই লূল্লপ তৌনা হৌরকই য়ুম থাপ্পনিনা গাড়ীনা চংলি পুন্ন কুনমাথোই। লম্বীদা লংনরকখিবা ময়ামসিনা কৈনো ইবুঙো, মখোয়নবু ইয়াম্বসে য়োং হন্নুবা মাল্লিকা হায়রক-ইপোংনিনে। মাম্ব্ মাম্ব্রনে ইয়াম্বব্? ঐঙোন্দ অমুক ওনশিল্লকই।

কদাইদৈনোদা তাতোমালমুক ফজবদি লৈব্ লৈতেদা। সুমিত্তুদি ইবুঙো ইয়াম্বখোইমুক চাউবা লৈব্ লৈর:ম্লাই। চিফ মিনিষ্টরনা কৈদৌরুনি। থোঙ্গাল খুদিঙগীনি ইয়াম্বব্ য়েংনদোগী লেপ্পরম্মীবা। সুপি ময়ুম হেক য়েবগা "ডিল্লটি ওকপা" হায়হনা কবোক্কা চাইহনা ওকইপোংনিনে। অহুগা ইবুঙো "ময়া ওকপা' হায়দনা অমা তৌইদনা মৌ নহা মশক ফজবী অনিথক থোরক্তনা ঐব্ কোনশিন্দুনা পুশিল্লি। ঐব্ উবদা অমদি শকফম খঙহন হজ্জিনখি। অমদি মাগী ইন্নফিহুগী মচি অমনা মচিন খুমজিল্লগা হায়ফেত্তং নোক-খিবগুম তৌই।

ফনা কুইনা ফম্মি মিংশেল অচৌবহনা মাঙদা থাহনা চেপথ চেপথ য়েংলগা। ইমাম্নবা ময়ামহুম্ব ইনাক্তা ফম্মী।

মাঙ্গোলদা যপ্পী লুপ মমান্নবীময়ামদু ঐঙোন্দ পুন্ন য়েংশিল্লকই। মচিন থুম থুমজ্জনা নোপাপ য়াওই। শাউনিংজুনা ঐহাকসু ঐগা মিংচানবা অংদা মিংচি থোক থৎচিন্নিনে। মথোই ময়াম বা লাউনা নোকখিবসু ফনা হৌই। মনাক্তা ফপ্পা হল্লবী অমনা মথোইদা ওনশিল্লগা চৈখিবগুম তৌই। ইয়াম্বদি তাদ্রে।

ঐদি ভুমিগী ফম্বসিমুক হৈনদবা জগৎসিদা অনি শুদে। ফনয়াম থায় যদ্রদ লুচিঙ্গু। ঙাইহাক নৈরগা ঐবু শেন্নরিবা অহন্দু ইনাক্তা চংলকই। ঐঙোন্দ হায়রৈ ইবুঙো থোকঅসি ঐবু মানা শেংসি মাই মিংশাসে মানা পায়বা জবৌ জবৌ লাউবা রুমানুন পঙঙ্কক্ত তবই। ঐদি মাইদা ঙসাই থারকখিবা মেো পাউদরকাড় পুন্নপা চংলম্নদ্রা পাখৎপসিনা। ফিকসে অমুক ই। অমুক শেন হৌমখৈ তৌরগা মাঙোনা ময়াইদা ইয়াম্বু পুশিন্নরে।

সুমিন্দদি হায়বা ইনগনখিদ্রবা ঐসে মথোয়না তৌ হেক হায়নমখৈ অত্তুম তৌরে।

থুক্তা ঈশিং খরা হাপ্পী থকচল্লু অমুক হায় কন্থোকই হেক হায় শাউনীংবনদি লোইরে। অত্তুব তৌদবদি য়াদবনিনা অত্তুমক তৌরে। ঙাইহাক অমুক বামোন্দুসু শোম্বখৈ শোল্লগা অমুক তোকপ্রে। ইয়াম্বসু নে তানা ঙাইহাক ফমথজরে। ঐবু শেন্নরিবা অহন্দুনা থাংদা থজিক্তং নমলগা চপ তিংনা ফম্মু ইবুঙো হায়রকই। ইবুঙো চপ তিংনা কুইনকা ফম্বসিনবাবনা শিদোই।

ভাইহাক লৈরগা তুংলোমদগী ভাবোক ময়াম পুম্নমক ইরাং লাংনরকই কৈন্য থোরবত্র, কৈন্য থোরকএ ইয়াম্বম্থ অমুক্ত উত্রিবা কৌবনিনা য়েংনিংবা অমা য়াওহুনা ফং য়েং-থাকপনিনে।

তাতোমলসিমা ওন্থোকপনিদা, ঐনা হান্নীহুদা নোক্নুনা হায়রুই।

মখা অমুক লীথরগই। অদুত নত্তে কনা কনা লাকই হায়হুনা কোইন, অমুক য়েংথোকইপোনি। ময়াম্ন হাংনবম্থ মহুম তায় বর নুপাসি মী য়েংএনেহে।

ইনাক্ত নুপিহু পুশিল্লক্লগ, ঐভোন্দ নোম্বরপ তৌরগা চায়ফেত্তং খুরুম্লকপহু পুক্লিংসিদা চাংথোকচবা অমা পোকই-পাংনি। ঐগী ওইথইননা ঐভোন্দ ওনশিল্লগা মাবু ফংথলে। শহুদগী মাম্থ বামোন্ন করি করিনো খরা তৌবিরে।

ঐখোয়নিগী খুৎ অনিত্ত নপিমচা অম থোরক্লনা কুশ মনানা মতাম ওইনা মুংশিনহন্নগী মওঙদা পুনশিনবীরে, তংন খান য়াদ মতাগুম মুঙাইথ্রপোংনিনে ইবুঙো কুম্মনিনে।

অদিদি কমদৌরে তাতোমাল?

অদিদি কুজপোৎ হাপ্ল কম্বীত্ব ঐখোয়নিগী খুৎ মথক্লা থাংগৎলকএ। হৌজিক্তি ঐখোয়নি শুরবনিনা খুদিংমক ঐখোয়নি পুন্ন ৱারবম্থ ৱানা তৌমিন্নরনি হায়বগী মওঙনি। ঐনা খুত্ত মখা থংবনিনা অরুম্বত্ব ঐভোন্দ পুল্লপ পীথরকঅবোই নিংই। শাউনিংমনহুনা মতৌ য়েংলগে খন্দুনা খুদোম্বীসিনা মাগী খুৎনমদা কক কক শিকপনিনে। মহাক খজিক্তং শুগৎলকই।

ঐঙোন্দ লৈ খুজোক খুজোক চাইদুনা তরুকলক কোয়বদু মোন্দা ফনা মুঙাই। বেন্দদুসু মুংশিনা খোংগৎলকই তাম্বা ফনা চানা থা ই মখোঙদু। "খিত্তা খিন্তা খিন্তেন তা"। কাং মতমদা চালিগী জগোয় হেক হেক শোয়দনা শারমগদোবা মাল্লি। খোঙসু কৈসু ফিনা চোন্ন কুপশিল্লবনিনা ঐসু খেঙনা লৈবাক্তা তপ্প তপ্প তান সুম থাই। কনামত্তদি উপোত্তে।

অরোইবগী দুদা মানা ঐঙোন্দ কুণ্ডে পরেং অনিদু হুক্লকপদা মোন্দা ফনা মুঙাই, পুক্লিংসি ইনৌ নৌথোরকই। মুংশিবা ফনয়াম্না হেনগৎলকই খুদক্তদা। ঐসু মঙোন্দ পরপ পরপ হুক্লিংলক্লনা কুণ্ডো পরেংদু অমা ইত্তোমতা লৌথোক্লগে তৌবদা শেন্নরিবা অহন্দুনা তুমিন্ন "এ ইবুঙো ঐ তৌগে" হায়দুনা মানা লৌথোকপ। ময়াম নোকখিবদু ঐ অহম তায়। কৈসু ইকায়বীদে।

কুণ্ডো পরেংদু মাগী চকশমদা হুকপদা মকোক্ত থেৎপা করি করিনো অদুদা পল্লি। থবায় মুঙাইতদুদা ফনয়াম কুইনা শেম্মি। ভাবোক ময়ামদুদি পুক্লি পায়নবসু য়াওরবজাংনি ঐগী কুম্মদুদা।

অদৈদি, মাগী ফিজিগা ঐগী ইন্নফিগা তৎন থানরোই মতাগুম কিশিন্নরে। মানা মাঙ থাহল্লগা ইমুঙদুদা চংঙে কাংগুবী লান্নবা। কাংগুবী লান্নবদু ওন্থোক্ল মুঙাই মাগী খুত্তা ঐনা অমুক হাপ ঐগী খুত্তা মানা অমুক হাপ। হেক লোইবগা বনা কনানো কা লাম্বা চংলকই ঐথোয়নিদা। বর পীরম্মী "মুঙাই য়াইফনা পুন্সি মুংশাংনা পাল্লুকো"।

মৌনকা খর চিন:ফন ফবী মাল্লি, হায়বার অপাকপা। য়াল্লি অমদি ঐঙোন্দ চেপথরগা ফন কুইনা য়েংই অহুগা হায়রকই "ইয়াদি ফজখ্রেদা তনৌ তনৌরদনা"। মাগীহ ঐঙোন্দ লংনরকপা শোয়দনা ওইরমগনি। অহুবু ঐ কৈস্নু ইকায়বীদে কৈস্নু শাউদে। মতাঙহুদবু ময়া নিপা নত্তে হায়বা য়ারিব্রবা'বা।

ঐখোয় নুপা ময়ুমগী মীয়ামহ হান্ন য়ুমদা য়ৌরকএ, নুপিদি থিল্লক্তি। ঐস্নু ইমান্নবা ময়ামগা মখা শঙ্গোয় অদোমদা চা-নুং থকমিন্নহুনা লৈ। ইমান্নবা ময়ামহনা ঐঙোন্দ লংনবোই করিবোই হায়রকই ভাই ঐখোয়না হায়জগদবা হায়নবু অনি নএগা অহুম্না হেন্দবা ঐনা খচনা খঙনা নোক্তুনা খুম্মি "করিবু ভাই"।

শঙ্গোয় মাঙ্গেলন মীনা পিক থল্লি। মরাঙ মরাঙ তৌরিঙৈহুদা নুপি ময়ুমদগী অহন অমা চেল্লকই। ফৈজেমহ কৌরপ তাখৎলগা শুমাং মতোন্দুদা লেপ্লি। ময়ামস্নু কৈদৌরে হংনৈ। খর চনিঙ চমাং শন্নদবমখৈ পাউহু তম্লে "কৈন্যাহু থিনগে হায়বা য়াহৌদ্রে"।

অহুদি কমদৌরে তাতোমাল ?

তা'তোমালনা বারীহু মখা তানা লীথগে তৌরিঙৈদা "ইবুঙো ভোমাল নত্রাও"? খোঞ্জেল অমনা মরক থৎলকখি

তা'তোমালহু সাইকলদগী ফৎ কুমথখি। ঐনা হন্ন য়েংথোক্লবদা ইতৈমা কৈন্যাতোম্বীহু লীগী বাস্কেট অমা পায়রগা তপ্লি তপ্লি চৎতুনা লৈরম্মী। মাইথোঙহু নুংশুক নুংজানবগুম

টই। ঐ ইচেমা কৈন্যাতোম্বী মশক মুন্ন থডই। মহাক্তনবু ঐদি মশাক মুন্না থডলমদবা য়াই। ইচেমা কৈন্যাতোম্বী চান্নবগী ফনযাম শোললম। মিংথান্দ চিংলিবা কাজলগী মমিহু ফংযম মথক লানা উপত্রে মহাক ঐখোয়গী মমাংদা লৈবা তাদা কাকহ ইনা শৌরম্বনি। তাকাক্লাই লুংশাংবা মতুঙ চরি ফাত্রিইডনা লৈখিদবনি। তাকাক্লাই লৈখিদবগা শোরাং হেক লোইগা ইচেমা কৈন্যাতোম্বী মপামদা অহম চংখি।

মপুরোইবা নোংনা কায়নখিবগী নিঙবা থংদবী অমগুম থাভিগী ভমুনা চন্দন থিল্লি। অহুবু হৌজিক্তি অমুবা চন্দন মরক্তা অংগাংবা শিন্দুর অমত্তংদি ময়েক শেংনা নম্লম্লি।

তাতোমালনা সাইকলদগী খুমথবগা নোকমি নোকমি হংখি 'ইমাদি নংগোমনা'? তাতোমালনা মঙোন্দ ইমা কৌখিবদু ঐহাক থরদি চকই। চহিশি হেংঙক্তরদি ইচেমা কৈন্যাতোম্বীনা তাতোমালদা তামোমক পোদম্মু তাদ হায়না কৌবদি য়ারহনি।

য়াম্মক লাপথোক্কবদি নত্তবনিনা ঙাওনরিবা ব্রাতু অহন তথয়। ইচেমা কৈন্যাতোম্বীনা শককম হঙ্গিল্লগা হায় লতমহু মশা ঙমদে হায়হনা লৈরম্মই, ঐসু মাগী হিদাক লাংথক খর লৈবা ওইনা পোংফমগী পোং তিক্কে হায়হনা লাকপনি। কুইরে পোংফমসু থোকপা ঙমদ্রীবা ঙাস মাৱনিরোম শুরে।

মাবু মশা ঙমদ্রবা — তাতোমালনা শোম্থানবা শোল্লি। অংগা ইতৈমা কৈন্যাতোম্বীদা হংই—"কয়ামক কন্ন ঙমদ্রবনো? ডাক্তরকদি অমত্তা য়েংহন্দ্রবরা"।

খঙদে খঙদে থবুঙো হিপ্পুনতা মরৈ। নঙসু ঙাইহাক্তং

ওইরম্বু মশং থাগদকউ। ফনম্বু থুইরে লাকখিদবা লান্নম্বু মনাক্তা অমুক্তা চঙলম্মু হায়রম্বু নঙনদি ইকায় হেক্তা মহায়দো। নচন্নদি নঙবু অমুক্তা ওইরম্বু উন্নজগে হায়বনা মহাকনি। নোংফাদোকম্বু নচন্দুগা বারী বাতায় ঙাইহাক্ত ওইরম্বু মশারোলাউ "থঙত্রেদা নখোয়নিনা তৌরিসে অমনা ইমুংহৃদা চঙলক্কেদা মহায়, অমনা উন্নবা ইকায়তা মহায়"। নঙম্বু নোংনত্তম্বু লাক্তনা সেগা-মাইগা সুকহায় হায়রদে নুপা মান্দেদা লাইনদা।

ফরে ঐ ঙসিদি হেক্ত চঙক্লগে — তা তামালনা মাই-থোঙহ লুবথরগা শোন্দাংননা হাযখি। কদি করিনো ইমানা লৈখিদৌরিসে চৎমিন্নগ্রসির ? হিদাক হায়ত্তু লৈমিন্নখসি। তাতোমলনা ঐগী ইনাক্ত খজিক্কুং চঙসিন্নরগা নকোং মযাদা তুমিন্ন হায়রৈ ইবুঙো ইয়াম্বা ঙসিদি স্বাইন সুম লৈহৌবা তারে, নঙ চৎত্রে। ইয়াম্বু ঙাইক্ররম্বু থাংংসিনদি মখোয়দা লেকখিদবা হাদ্রে। মহাক্তম্বু মশা ঙমদেয়ে নগানমখৈদি মশক-ফাও উন্নবা ফংদে। মশা ঙমদে হায়রিসে ঙইগাক্তং ওইরম্বু চঙলমদ্রদি মমাসিনা ঝারৌখিবা তারে।

ঐ ইঙক ঙকই, তাতোমালদা হাই "তুপিসিবু কনানোনে তা'তোমাল ?

নোকখি নোকখি তা'তোমালনা খুমকই—"ইনেমপোক অতোম্বী" হায়তারেদনা হৌজিক্তি।

তাতোমাল লেহৌরে নিত্যাইপাং চুথে ক্রুদা। ঐ ইতোমতা য়্যোমদা সাইকলহ্ থৌথরকএ। লম্বীদা ইতোমতা খল্লি—ইতৈমা কৈন্যাতোম্বীগী করম্বা মচানুপি। মহাক ঐখোয়গী

মমাঙদা লৈবা তা'কাহ্বাইনা লৌরম্বনি। তা'কাহ্বাই লৈখিদবগা চহিগী কুমণ্ডন ওইদ্রিবৈদা মপামদা চংখিবনি। হৌজিক্ক মপামদা পোৎকম ফমহূনা মমা হন্নুবীতুগ্গা হিংবা ওম্নবা হোৎনহূনা লৈরবনি। অদুগা ঙসিনা অমুক তাভোমালগী মনেমপোক অতোম্বী ওইগ্রবা?

----

## " থাইনবা তম্বা "

রোসন,

ঐখোয়নিনা পামজনা থোনখিবা মিংনি। হল্লকপগা ফি রোল হোংনা হোংনা কৌই রোসন্দু। কদায়দা লৈব্রে, পঙথেঙস্থ থেঙব্রি তূমগ্রবরা ? ইতোমতা স্থম ঙাঙই। কনামত্তা খুল্লক্তে।

পর্দা অমত্তননি খল্লিবা থংনবা কাহু মৈস্থ ঙান্ন থাল্লি। মী লৈবগী মখোনস্থ হায়ফেং তায়। ইতোমতা অমুক ঙাংই— "কনামত্তা লৈত্রবরা তৌরিসিবু, রোসন কদায়দা চৎপ্রে" ?

"খুম্মুন্থ রোসন, নঙ হেক খুম্বদা হোরেন ইমাগা তুম্মিন্নরোই-দবনি খুম্মুন্থকো"। অঙাংহুদা মহাক্না ইনশিল্লীবহু তুমিন্ন হায়বা ওইরবস্থ নক্কবা কানিনা অহুম তায়। অমুকস্থ কৌই "নঙনা ঙসাই তপ্পা বিস্কুটতু লৈরক্লেনেহে ল্লৌররোনে। রোসন্ন হৌনা ঙাঙথোরকই — ইমানা খুম্বা য়াদে, বিস্কুটস্থ চাবা য়াদে হায়রিবা বাবা।

থংনবা কাহুদনি মমা মচা লৈরিবহু। অঙাংহু মহাক্না ঐগী নাক্ত চঙদনবা খাম্লিবহু অহম তায়। মমা মচা ঙাঙনরিবহু তাবা নুঙাইহুনা কাইমদা ঐস্থ অহুম লৈরে। মখোয়গী মনাক্তা চঙলুব্রি। পুক্রিংসিদদি খল্লি "ওন্থোকপা নিঙাইনিদকো মাগীসে"।

পদ্'াহ্ খজিক্কং হায়গত্ত্না য়েংলুই। মহাক্ আদমিয়াহ্দা কৈনোম কন্ন থিরি। মনাক্তা থাবা কাংথোলহ্দা রোসন মখোঙ যান্থরগা ফম্লি। তুমিন্ন য়েংলহ্নগা মনাক্ চঙলুদনা সোফাহ্দা অমুক ফমথৈ।

নিউজ পেপরত্ত পান পান অমুকস্থ হংই রোসন নঙবু বিস্কুট চাররোই হায়রিরো? চাররোই হায়রগা লংথোকখ্রগেকো। হয়েং ইমা লৈবীগে চানিংদে হায়বু হায়হ্না অঙা হ্দ্া ইনশিল-লীবহ্ ঐহাক তানবা হায়বা মাল্লি। অমুকস্থ হংই হৌনা ঙাঙহ্না —রোসন নঙ নমাগা ববাগা কনা হেন্ন নুংশি?

ইমানা হেল্লি হায়্যু, ইমানা হেল্লি হায়্যুনেহে বুহ্ অঙাংহ্দা মানা পঙইন্থ ইনশিল্লি। হন্দক্তি ঐ নোক্লিংবা অমা য়াপ্তরে। নোক্লিংমনখ্রহ্না মনাক্তা চঙলে। পদ্'াহ্ হায়দোক্লবদা হায়-ফেত্তং য়েংখোরকই, অমুকস্থ ফংলৈথোকখি।

বিস্কুট পেকেটতুমা রোসন্দা পীরুই। অঙা হ্না মমাদা অমুক য়েং পেকেত্তুদা অমুক য়েং তৌহ্না লৈরে। সেনে চারানে নঙনা ঙস ই তপ্প বিস্কুটতুনি নঙবু কাউরব্রা? রোসন তিঙক-তিঙক য়েংলম্লগা তপ্প লৌশিনখি।

অঙংহ্না লৌজখিবতা ডাইরি মহাক্ চারুন্থ হায়না মুল্লগা টেবল মথক্তুদা লংথোরকই। ঐখোয়নিগী মতৌহ্দা অঙাংহ্ তিঙক তিঙক য়েংহ্না লৈ।

"নঙনা তৌরিসিবু করিনো"?

ঙাঙলিবা হংলিবহ্ খুমদনা তুমিন্ন লৈ। অমুকস্থ হংই "নঙনা ঙসি তৌরিসিবু করিনোমি"?

মচিন্দু পৈথোক্লগা ফেং ফেং হাইহ্না খুম্মকই—"কৌবিরক্কন্থ অমত্তা, ইকায় খঙদেদা মীঙোন্দবু কৌবিরকইসিবো"। মীঙোন্দ

নত্তেনে ঐনা কৌরিসে নঙোন্দনিনে নঙান্দ, হংলিসিস্থ নঙোন্দনি 'নঙনা ঙসি তৌরিসিবু করিনো'বা ?

ইনাক্কা চঙবিরক্কনু নঙ ঐগী কনাস্থ নত্তে করিমফাও থোক্লদে স্থকৌ কৌবিরক্কনু মত্তা। কনানি খন্দুনা কৌবিরকইনো ?

মতৌ য়েংনিংলহুনা ঐনা হায়রুই কৌবা ঙাইবকা খুম্মোইদোওইরদি নপাম চংলগেরা নঙ নুমিদাংসিদা হা ? ইরাই লাইনা খুমদোরকই—চংখনি ইয়ুম য়াম্না নকই, কৈস্থ কনাস্থ কিদে ইবুঙ ইপা ভারিদা লৈ ইয়ুমদ।

"ফে চংলো থিন্নগে লাকও"

"থিম্বীনু ইতোমত চংচখিনি"

"ফরে চংলোকা অতুদি" হায়রম্লগা মনাক্তগী থোরকএ। সোফাহুদা অমুক ফমথরে। গ্যান মেন তাদ। কোকসি উরু উরু লৈখংলকপগুম তৌই। ইতোমতা খল্লি মানা শাউরিসিগী মরমবু করিগীনানে। মরমহুস্থ হংদে ঐস্থ, মাস্থ পঙশাউত মশাউই। নুতিগী ঐঙোন্দ মাগী হোনবী খংনবা হেক্তা হৌরকই। নহানমথৈগা ঙসিগদি ইমান মান্নদে। ঐদি মহৌশারা খন্দোকলই। অহুগা মহাক্ল পাম্নীসিনা করি, মতুমক ওায়দোক্তিবনা করিগী।

ফি ময়োম মচা অমা পায়রগা অঙাহু পেশিল্লগা ইনাক্তা চঙলক্তুনা লেপ্লরে। শোন্থাংননা হায়রকই—"লাকও থিল্লরো"। মতৌ য়েংনিংলহুনা হায়রকই—নঙবু নয়ুম য়াম্না নকই, নতোমতা চংকে হায়বদাইনে। নক্লবস্থ নক্তুবস্থ থিম্বা তাবনি। নহানবাই ঐনা য়ুমসিদা লাক্পদা ঐনা হেক্তা লাকখিব্রা নঙনা পুরকখিবা নত্রা ? নঙনা পুরকখিবনিনা চংলো হায়রবদি অমুক থিম্বা তাবনি—লাকও চংলগে থিল্লরোসে।

অওইবওইনা তকশিল্লকপত্থুদা ঐ মিপাইবা অমা য়াওরকএ। মরমত্থুদি খঙদ্রি। ঐস্থ মরমত্থুদি হংলুদ্রে। খ্বর অমতং শাংনা হোংদোক্লগা হায়রুই—"অঙাংত্থুফাওদি থনম্মু"।

তনওক ওক্লুনা খুম্মকই—নঙগী নগা নত্তে ঐনা পোকপনি, পুখিনি পুক্ষম থোকপনি। ননাক্তা ঐগী ইপোৎ অমত্তস্থ থনম্লোই লোইনমক পুখিনি। ক্ষমুং কাংখোল ময়াম অসিস্থ হয়েং নোং হেক ঙান্বগা ইমা পাবুং থারক্লগা লৌহল্লনি করিমত্তা থনম্লোই ননাক্তা।

কৈ লৌহল্লো কৈস্থ কায়দে। ঐ কৈস্থ পামদে নপোৎ ময়াম অসি, উপাক মতেকশিংসিনা কৈদৌরুনি। লৌজরো অত্থুবু অঙাং-ত্থুফাওদি থনম্মু।

"থনম্লোয় ঐগী ইচানি ঐনা পোকপনি সিবু নঙনা পোকপ্রা কৈদৌবৈ থনম্লনি থনম্লোই"।

মথা তারুবা ঙমদ্রে ঐস্থ—চুম্মি অঙ ংসি নহাক্লা পোকপনি।

"কৈ খিল্লগে লাকও"।

তুংথ-মাংথ থোরকএ। মানা মাঙ থাত্থনা প্রপ প্রপ চংখি। ঐস্থ তুংদা অত্থম ইন্নি। মহোৎনাগী হৌখিবা ৰারি কয়া নিঙশিঙ-লকই। মা ঐ পাখঙ লৈশারিঙৈগী, থুতিগীনি মানা মাঙদা ঐনা তুঙদা করিগুম্বা কান্দ নকশিন্ননা স্কুল অকা অকুম চৎমিন্নখিবা নোক খেবা ৰারী কয়া শান্নখিবা।

শকখঙনবা কুইদ্রিঙৈ, নোংফাদোকস্থ কৌনৈ স্কুল কারক্লব্রা? নোকখি নোকখি খুম্মকই "অঙ"। মতমত্থুদা মথাতানা ঙাঙবা ঙম-দত্থনা ঐ ফনয়াম ৰায়। শেম শাত্থনা ৰাহৈ অনি অত্থমদংগা ঙাঙ-লুবত্থ হুমাং অনপ্পি ফজনা কাংই। খরা লৈরগদি করম্বা মতাঙ-দগীনো খংহৌদনা নকশিন্নরকখি। তশেঙনমক ঐখোয়নি অমত-তগুম লোয়নখি। হায়নিংবা ঙাঙনিংবা ইবানিগী মরক্তা অথিংবা

লৈখিদে। হায়নিংবা অতুম হায় ঐস্থু হংনিংবা অতুম হংখি মাস্থু। মুঙাইবা মুংশি ৱারী কয়া অতুদগী হেন্দোক্লহুনা য়ুমদা ইস্থাং থুম য়াকপদগী ৱারীফাও পুথোক্লুনা শান্নে।

মুমিদাংতুদি লম্বাইহ পূমচিক চিকই। ৱা অমতা ঙাঙনদে। মাস্থু পঙচত্ত মচৎলি ঐস্থু মতুঙদ অতুম ইন্নে। চৎপগী মখোলদু-মখৈদি অতুম তায়। থাবলস্থু খর খরদি ঙাল্লি অতিয়াদা।

মনঙ্গন্দা পোরিবা রোসননা অচিকপতু থুগায়হুনা মমাদা হংই ইমা কদায়দনো ঐখোয়না চৎলিসিবু ? মানা শাউরংননা খুম্মকই—তুমিন লৈয়ু রোসন তানিংদে।

থোঙ্গালতু য়োরগা ঐনা তপ্প হংলুই—লৈহৌবা য়ারেদনা সিদগীদি ? তুমিন ঙাইহাত্তং লৈরুরগা শোন্থাংনা তল্লপ খুম্মকই য়াদ্রি।

করিগী য়াদ্রিবা সিদগী চংহৌবা কিখিগদ্রা ?

কিবগী ৱা নত্তে,

কিদ্রগা করিগী ?

য়ুমদা চংমিন্নখিদৌনি !

করিগী চঙমিন্নখিদৌরিবা ?

ইমা পাবুং উন্নরমখো।

এ নখোয়গী ইমা পাবুঙদি কৈদৌবগী উন্নখিদৌরিবা ?

পাউসি হায়রমখো।

করি পাউ ?

নঙগা ঐগা খাইনরিসিগী

নঙনা অতুম হায়বা য়ারোইদ্রা ?

য়াদে। নঙনা হায়রমদৌনি।

নঙনা নহানৱাই ঐখোয়গীদা চৎলমদাইদা ঐনা নখোয়

ইম পাবুঙদা নচাম্নপিসে পুরগে তাক্লব্বা নত্তে, নঙ নতোমতা লাকচবনি। নতোমতা চঙহোগদবনি।

"অহ ওইরম্ব হৌজিক্তি তাক্লব্বনা চুম্মি"।

চইবা চঙদবা হায়না ফনা কুইনা ইবানি মখোয়গী থোঙ্গাল-হদা খৎনহনা লৈরে। ঐনা অচুম্বা শাইনা অমুক হায়রুই "নুমি-দাংনি, মীনা উরগা ফজ.দ চঙহোরো"।

অচুম্বহগী মথক্তা অমুক্ক হেন্না চুন্না মানা মখা তারকই নহান-বাইতবু মীনা উরগা ফজরমদবদি। হৌজিক্তি উনিংবা মীনা উজসন্নু কনানা কৈদে জরনিংগে মীগী মতৈ মনাউ ........ হায়বা লোইফাত্রিবৈঙদা মরৈহ খিত্তং তিংথোরকই।

শোয়দোকখিবা র হুদমক মানা নোকখিবহ থাবল মঙালহুদা উ.হাই। অচুম্বা রাহদ মানা করম লাল্লি খন্দুনা নোক্লিবা।

মীগী মতৈ মনাউ কৈদোবা হা? চঙহোরো চঙহোরো কান্নপোৎ নত্তে ঐ চৎলগে হায়রম্লগা মনাক্তগী অহম লাক্লে। ইকায় খাঙদগী মাম্ব লেপ্তুনা অহম লৈহোরে। হন্ন য়েংলমদনা ঐম্ব য়ুম্লোমদা অহম লাকএ।

চৎনা চৎনা খল্লি লম্বীহদা ইতোমন্ত—করি মরমগীনো মানা শাউখিবহনা চৎলগে হায়রিহনা করিগী। ঐনা চৎলো হায়বহুগীরা মানা বারৌখিবগী মরমহুফাও হংহৌদেদা। হয়েং অমুক হংলুখিদ্রনে ঐবো। তনদি তনখ্রেদা মখোয় পাবুঙহ উন্নদোবা। ফরে অহুবু "মাগী অপাম্বহুদি থুংহল্লয়েদনা"।

লৈরক্লু ফাওদোরক্লে। কোয়লাস থাবা লম্বীহু তারে। রাখলসি ইতাও তাউই খনফম খঙদে। টিউপ লাইট লঙালহুদা পুরিংসি মুংশিন্নকই। সোরোঙ্কী নাকলদা হৌবা মতম অমদা

ঐনা মাবু ঙাইবা ওইনা হেক হেক লেপ্লম্বা খোংনাং পাম্বীদু অদুম তুমিন্ন লেপ্তুনা লৈহৌই। হাইথরম্বা খোংনাংগী মশাদুমদি কনানা য়াম্বৎপ্রবনো য়াওরমদ্রে। খোংনাং মশা মরক্তগী উচেক অনিথক চিক্লরিরা করিনো ফদৎ ফদৎ মখোল খরদি তাই। মথরেমদা য়েংখৎলুবদা উমাই শেকপিরা কৈনো থাবল মরক্তদা পাইথোকখিবদু উই।

"বাবা"—তুংলোমদগী রোসন্ন কৌরকপদুদা খঙপ্রক খংই। হন্না য়েংথোক্লুবদা রোসন্দু পোরগা ময়োমদু পায়রগা ঐগী তুদা তপ্পী তপ্পী ইন্নদুনা লৈরম্মী। পুমঙক ঙকই। ইতোমতা খল্লি মহাক কৈদোবগী অমুক লাক্লবা। বা ঙাঙনদে। ঐসু অদুম চৎলি মাসু অদুম ইন্নরকই। চয়েংনবা রাখল অমনা থম্মোয়সিদা লা-তক্লহন্বা হৌরে হৌজিক করিনো ঐনা অমুক হংদৌরিবসিবো

"অঙাংসি অমত্তা পম্বীয়ুবা য়াম বারেমি"। ঐসু চঙক্লনা অঙাংদু মনমগন্দগী লৌদুনা পম্লে। বাঙাংবা ঙমদনা মঙান্দ য়েংথোকলুই। থাবলগী মঙালহৎদা মাসু ঐডোন্দ য়েংখৎলকই। অমত্তুং শুগৎলম্লগা নোঙহুনা মচিন্দু খুমজিল্লগা নোকখ। ঐগী উপাই লৈখিদে।

কোম্বোংদু য়েবগা মানা মাঙ থাহ্না পোৎয়োমদু পায়রগা পরপ পরপ চঙখি। মাঙ্গোলগী সিড়িদু কাখৎখি।

লালটেন থাউমৈ অমা পায়রগা ইমাসু ইমুংদগী থোরকই পুমঙক ঙক্লা হংই—ঐখোয় অনিদা নখোয় কদায়দা অমুক চৎলুরিনো নখোয়নিনা তৌরিসিবো ?

নোকখি নোকখি তৌদুনা মানা খুমখি—"থাইনবা তম্মুবা"।

ঐসু ইঙক ঙক্ল মাঙ্গোলদু কাখৎলে। রোসন্ন বিস্কুট পেকেত্ত হাংদোক্লগা বিস্কুট অমা লৌথোক্লগা ঐগী য়াদা ইল্লকখি অদুগা

মমিং অনিহু লাওথোক্লহনা মঙক্কু পৈথরগা ঐগী ঙকশমদা মখুৎ-তুনা চেৎনা কেল্লগা হায়রকই—"বাবা ইমাদি পীজগুমশিকো" উম পীজগুমসি। রোসন মমাগী মনাক্তা চঙখ্রে হৌজিক্ত মমাবু শাউনিংবগী মওঙদা ঐঙোন্দ ৱারী য়াম্না লীরম্বনি অহূবু ঐগা তম্পাক্তা ফম্বমথৈ ফম্লম্লগা মমানা অমুক্তং কৌবদা তুমিন্ন ঐঙোন্দ হায়ফেত্তং য়েংলম্লগা চঙখি। মমাগা মচাগগী মরক্তা লৈরিবা তৎনাইদব' মরীহু খন্দুনা ঐ লৈগেই।

ঙাহাক্তং লৈরগা ঐবু কৌ কৌহুনা ঐগী ইনাক্তা অমুক লাক্লে রোসন্দু। ঐগী নাক্ত পরপ পরপ চেনশিল্লকই। মখুৎ য়েত্তা বিস্কুট পেকেত্ত পায়রি হন্দক্তি মখুৎ ওইরোমদা চে ময়োম অমা য়াওরকএ। বাবা সে ইমানা পিরুচো হায়রিবা ঐগী খুত্তা পীরকই। করিনোনে খল্লি হাংদোক্তুনা য়েংলুই রেজিয়গা নম্মীন্নখিবা ফোটোহু য়াওরম্মী। মাগী ইংলিশকী খুইদা পোরপ পোরপ ইবা চিঠি ময়ামহু শুরু শুরু নৈশিন্দুনা য়াওরম্মী। ঐদি ইচম চম্না খল্লুবতনি তৌববুদি ঐখোয়নিগী ফোটোহু মানা য়েংবদদি শাউনিং-লম্বা য়াই লেঙ্গেন্নরগা নম্বনি। ঐদি পামদবনি রেজিয়ানা কোন-শিল্লকপনি। চমখৎলুবা চুরুটতু চিংবা কাউবমথৈ ফনয়াম কুইনা খন্দুনা লৈরুরবজাৎনি তঙ্খায় হেঞ্জিন্ন চাক্লম্মে তাম্থিহু কন্থবা কাউ-বমথৈ খুরক্তা চপ্তুনা লৈরম্মী। ট্রেদা গিৎ নমশিল্লম্লগা মনাক্তা থৌ ৱা শাদনা চঙলুই কাংখল মন্নুংদা লৈরম্মী। কাঙখলহু হায়দোক্লগা ঙক্তমক থিংজিল্লগা হংলুই- "হয়েংখৈদি হৈরনিদনা" মরৈহু খিক্তং তিংথোক্লগা শুগৎলকই।

---

## মহাক্কাদমক

ইনম্মা—

হুম,

পরেংসে অনিনিকো লেংদোরিসে,

মানিনে, কৈদোরগে ?

কৈস্নু তৌদেদা।

অচাইবা মাঙদা তারিবা কুণ্ডোশিংহূ অমমমতা লৌখত্তুনা বালা লৈ পরেং লেংলি। পোমশাংনরিবা কুণ্ডো খন খন্দুনা লেংলি। চিন্বালদা মোমোন নোকই মিৎলু অনিহুদি নিক নিক লাউবা পিরিক অনিখক্তং নাম্ভগদবগী ঙাইরি। বালাগী মিৎলুদা পিগী ঈরা চেম্বত্তু উবদা মনম্মনা তপ্ন হংই মেম্মা কৈদোরে ? চিন্বালদা মোমোন্তমক নোকই মনম্মদা খুমজে ইনম্মা ঐ ················। মখা তাবা শুমদে কৈদোরগে নঙবো ? ইল্লিবা ফিগী মচিহূনা মিৎলুগী পিহু নাম্ভরক্তিভৈদা তৈথোকচে। তুমিন্ন স্নুম লৈ করিমত্তা ঙাংদে খুমদে, পোমশাংনবা কুণ্ডোহূত পরেং ফানবা শাংকায়বা ময়াম মরক্তুদগী চাইথোক্তুনা খল্লি।

তপ্ন বারীহ্ লীরকই, ইনম্মা ঐ কপ্পরোই হায়হুনা চাম্মরক্তা নংত্তে লিশিঙলক খল্লবনি হেক্ত কপ্পি করিগীনো খঙদে। ঙসিফাও ঐ করিগুম্বা মঙলান অমদা তাউবগুম তৌই। ঐ তৌফম খঙদে হৌজিক ঐ কৈদোরিবনো খঙলক্তবা য়াওরকই, ইশানা ইশাবু কাউথোক্লকই। ঐ হৌজিক কৈদোরি ঐনা লেংলিবা কুণ্ডো

পরেংসে করিবি দমক্কো ইনম্মা ঐ খঙনা খঙনা কাউথোকহল্লে। ইনম্মা ঐ হৌজিক নচোন্দা বারী লৌরিকো চুম্ন স্থম লৌবনিদা নঙনবু তাবিরিব্রনে। ঐ ঙসিদ স্থম লৌগেকো।

মাগা থেংনশিংহু করম কান্দনো ঐ নিঙশিঙবা ভুমদ্রে নিঙ শিঙবা ভমদবনি নত্তে কাউথোকপা ভমদবনি। নোংমা থেংনাখ পুন্সিসিদা নুমিত্তুনা ঐচোন্দ লৈচিন মরক্ত পাইবা উচেকুম ইতাউ তাউহনখি। পুক্লিং হকসাং লৈতাফম খঙখিদে। শকখঙনকবত্তনা ঐচোন্দ কয়া বাহল্লরবা মাপ পুন্সিসিদা থেংনরমদ্রস্থ কয়াদা ফরমগদবা অদু মাগা ঐপা পুন্সিচুপ্পা লোইনবত্নমক ফংখিদ্রস্থ মতক খরদং তিল্লংহনদি ঐচোন্দ কয়াগী মতিক য়াইফহল্লমহনব ইনম্মা মহাক্কি ইচম চম্মী মাগী পুক্লিং মাগী বাখলদা ওইদব মীনন্থগী মচু শংখিদে ইচম চম্মা বারীত মশাই তোথোরকপা খুদিং ইচম চম্মী অত্নবু পুংচম চম্মা মহাউ য়াওদ্রবা থুম থাক্তবা ইঙ্গং-গুম্বরা হায়নস্থ কারহন কান্দ মথল্লই অত্নবু মরক মরক্তস্থ মান ঐচোন্দ ওন্থোকপা বাহংগস্থ হংনকপা য়াওরকই। ঐ খঙই ইনম্ম মহাক ইকায় থৌগল্লী মীঙমদে। ঐচোন্দ বা অমত্তং হায়বা নত্রগ হংবা মতমদা মমায় ভাঙশিল্লি লৈয়েং ফাইবা মীগুম মতং মচু ভাঙই ঐ নোক্লিই মাগী মতৌহু। মহাক পঙনা শাউগন্দে শাউ রক্লবদি কৌবা ভাঙবকা খুমদবী জাংনি। মানা শাউরক্লবদি মাগী হৌনবী মৌনত্রত্ত ৎথাক কল্লি।

বারীসি অস্থম তাখো'বা ইনম্মা অহুগা ঐথোয়নিগী মরক্ত কনানা লাল্লিবা অত্নমত্তং তাকপীয়ু ঐদি কনানা লাল্লিবা খনফ-খঙদ্রে। ঐদি খল্লি মানা লাল্লি মহাকস্থ খলমগনি ঐনা লাল্লি অত্নবু ঐদি লানখিদে ইশানা ইশাবু লাল্লি হায়নিংদে করিগুম্ব ইশানা ইশাবু লাল্লি হায়জব তারবা নোরোক্তা তাই হায়নব-

দাইনে মরাল লৈবা কনাসু মশাবু লানৈ হায়নিংদে নত্রনে ইনম্মা ? ঐ লানদে ইনম্মা ঐ লানশিদে।

মতমহূদা ঐনা মাবু অফবহূত ওইহল্লিংখি ইশাগী পোৎ ফৈ হায়রগা ইস্তোমতা মুঙাইজদবা কনাবু য়াওবগে ? মুঙাইবা মঙলান অমদা তাউরম্মী মতমহূদা হৌজিকসু তউরি অবা মুঙই য়ান্নবা মঙলানমদা ঐ খনফম খংদে হৌজিক ঐনা খল্লসবু করিনো করিবু খল্লোইদোইনো। ইনম্মা ওঙ পোক্ত পোক্রক্য ঐ কৈনোমা হায়গেদা ঐদিনে শপানা য়ু থকপা নিশা চাবা সুকপাম পামদে নিশানা ওখায়গা কোক্তনা করম্বা অফবা শাজৎনো চৎকদবা। নোংমনে ঐখোয় তাচৌনা য়ু থকচিংগা হল্লকপদা করিসু মরম ইার লৈতনা বেবীচা ফুবিদনা নঙোন্দসু য়াম্না চৈখিদনা ঐসু লাইরিক ওরাইরিকৈঙদা তাখি তুমিন্ন সুম খাঙখি ঐ মুঙাইখিদে কপ্লিংখি শাউলিংখি তচৌনা চো শিন চোং-শিন ফুনিংখি অহূবু ঙমখি দ ঐ ইতোমতা কপ্পনা খাঙখি বেবী-চাগী পামবোমদা তাখিনা চৈফমহূ উবদা ঐ লৈবা ঙমখিদে। ঐনা ইনাক্তা বেবীচানা—নেনেচা নেনেচ, হায়দুনা কপ্পনা চংলক খ-রহূ ঐ কাউদ্রি মতমহূদা রাশকখি, রাশকখিবদ নাও ইনম্ম নিং-জখিবা হায়বা তাই তশেঙনমক চেৎনা নিংজখিবা, ইনম্মা ঐ কৈনো'মামুক নিংশিঙলকএ—নোংমখক ইবানিতা সুম চংমিন্নরুই করি মরমদগীনো হায়বহূ ঐ তশেঙনা নিঙশিঙবা ঙমদ্রে মানা হায়খি "রাশকবা হায়বসি থাজদে রাশকপগী মহূৎ ইশা ইতোমত নিঙজবসিনা খুাইদগী হেল্লি রাশকপা হায়বসিদি চিন্নানথোংতগী রানি" ঐসু খুমখি—থাজদে। নিংজবনা শরুক চামা হেল্লি।

ঐগীসি নাকোয়ননামুক চংগ্রমালে রারীহূ কদাই য়োঁদ্রে ইনম্মা, ও অদৈদিনে ইতোমতমক নিঙজখি ঐগী মহাক্তু নিশা

চাবা অমদি ওইহললোই। মহুগীদমকনু- ঈশ্বরদা নুতিগীনু থুরুমজে। মহাক মশাদসু ঐনা হায়খি নিশা চানুকো মহাক ঙাকখিব্রা থল্লি। মাসু হায়খি ঐঙোন্দ ঐবু থাজহন্বগীরা অহ্নদি খঙদ্রে—"নিশা চাবা মীশক্লুফাও ওইবা পামদে"। মহাক মমাংইদগী চুরুট থক্লম্মী হায় মমান্নবা ময়াম্না য়াদবদগী, অদুবু থক্ত্রে হায়রকই। ইনম্মা মানা ঐবু নুংশিবদগীরা খঙদে মহাক য়ু থকখিদে নিশা চাখিদে। মাগী নুংশিজবা মীশক্লুনা হায়রবদি নুপাহ্নসু অদুম য়াবনি, হায়নবদা য়ানদ্রদি নুংশিনহনা তিন্নবগী অর্থ করিনা নঙসু তাচৌদা য়ু থক্কনু থরা হায়যুবা ঐখোয়নগু কয়ারক হায়রবনি ঐখোয়না হায়বদি তাচৌনা তাশিন্নদে নঙদি ইশায় হায়-দমাল্লে। অহ্নবুদি মশানা ফত্তে খঙলমক্তদা খঙনা খঙনা তৌরম-লদি খঙদ্রে মশাগী পুক্লিং মশাগী রাখল মশা মতোমতগীনি মী কনানসু খপ্পীক্লবা য়াবা নত্তে। তাচৌনা করি খল্লিবা ইনম্মা। করি খল্লিবা ঐনা খঙবা ঙম্ব্রদা অহ্নবু অমুক্লংদি হায়যু তাচৌনা অম্মা তৌবসি ওন্তোক্না নুঙাইতে। ঐদি করিগুম্বা মহাক্লুনা হয়েংরাই য়ু থকচিল্লগা য়ুমদ হল্লকপদা চঙহন্বগী দাই লৈতে। অদুগনে ইনম্মা নোংমখক্তি চুরুট অমা চিংলগা চৎপা উরম্মী ঐতনা উখিবা নত্তে মাসু ঐঙোনলোমদা খেংলকই ঐ উবদা চুরুট অহ্ন হায়ফেৎ লোৎশিনখীবদু ইতোমতা নোকনিংখি। ঐসু য়েং-শিন্নদবা শাহনা অদুম লৈখি। নুপা হায়বা জাৎশি নমথাক ওথাক হৈবা জাৎনি সুকথা থাজদে মখোয়না ঐখোয়বু সুমহৎলি ওইদবা কয়াদা থাজহল্লি। সিদনি ইনম্মা নুপিশিংনা রাজরিবা মশা মতোমতা খন্থবা রাৎপননি কৈসু শাউনিংঙাই লৈতেদো।

ইনম্মা, মহাকসে সুম য়েংবদা ওন্থোক্লা পঙলমগদবা মাল্লি পঙসু পঙই রা ঙাডবা হৈতে কৌজিক্কালগী চৎনবী করিমত্তা খঙদে

মাগীদি মানা থোকপা চুমত্রিং কনানা করি খনখিদোবা মহাক থোইনা খল্লমগদোবা মান্দে। হৌজিক্কালগী চৎনবী মুকয়াও য়াওদে, পুরা লৱাইনুপা কেবোলো লরাইনুপা? খঙদেসে ইনম্মা ঐ মুকহৈ হৈনদে। অহুরুনে ঐগী থম্মোয়দা মাগীদমক হায়কম খঙদবা কৈনোমা পোকই। মাগীদমক ঐনা খনখি কয়া কয়া অহুবু করিগুম্বা মিকুপ্তস্থ মহু খল্লগুমসিরা খল্লকপা মতাংঙস্থ য়াও-রকই। খঙদেসে ইনম্মা মাগা ঐগগী মরক্তা করম্বা শকখঙদবা মরীনো লৈরিসে সিবু কনানা লৈহললীব ?

করিগুম্বা কান্দস্থ লাইরিক ঔরাইরিঙদা করিগুম্বা কান্দনা তুল্লমদাইদা নত্রগা কৈনো'মত্তং তৌরিবৈঙদা মরক মরক্তা নিংশিঙ-হলকই নিঙশিঙলকপহুনা ঐঙোন্দ ৱাহল্লি ইশা ইতোমতনা ৱাজবনি অহুবু ঐবু ৱাহল্লসিদা মাগীস্থ শরুক থরদি য়াওই। অহুবুদি নিংশিঙবীরুদ্রগা হেক লোইরেদনা নত্রনে ইনম্মা। সিস্থ ঙমদে মাবু থীনা চৈনিংলকপা মতাঙস্থ য়াওরকই ৱাখল খন্থহৌদবরা, মাগা ঐগা মতিক মপা চানদে হায়না মহাক খঙখিদবরা। মথিক নেম্বনা থা লাম্বা হায়বহু মহাক তৌরে অহুদি ইনম্মা ঐ.স থাজ তারেকো—"ঐবু থাজ মাম্ব্রনে ইনম্মা" ?

খঙদেসে ইনম্মা, মানা ৱাখল খজিক্কং খম্থহৌহুনা ঐঙোন্দ চৈনাসিমত্তং পিবিরমদ্রদি ঐ পেল্লমগদবনি। মহাক ৱাখল থেন-মনল্লি মতিক মপা চাদবা ঙাক্তা থল্লি। অহুবু মতোমতা থল্লগা ঐঙোন্দ শরুক থুংবিরমদ্রস্থ ফগদবা ঐঙোন্দস্থ থুংজিম্বীররে। মতোমতা ৱাজগদবহু ঐবুস্থ য়াওহম্বীররে। মহাক ফত্তে ইনম্মা তশেঙনমক ফত্তে হায়নিংই। অহুবুদি ঐনা য়াওবিরোই খল্লদি অহুম ঙমফম থোকপনি সিস্থ ঙমদে করম্বা লিচীংনো ঐ হায়কম খঙদে, ইনম্মা।

মাগী ফিবমতু হায় খঙলমম্ভু সুঙাইগদবনি ঐ পেল্লমগদবনি লিপুন্দুনা চেৎনা পুনশিনগ্রবা ভুংদা খঙলকই হৌজিক্তি কিশি থোকপা ঙম্মোইদৌরে। ইনম্মা সুংশিবনা ঐবু তাইবঙসিদা মঙলারুহনগদৌরে। অদুবু মাম্ভ সুংশিবদি খঙলমগনিকো খঙলম্মোইজ্রনে? ঐতনা মাগা নকশিন্নরুবদগী থাগ্তোরুবা ঙমদদুনা রাজবগী রাতনি মানদি ঐঙোন্দ হেন্ন নকশিন্ননিংই অদুবু মহাক পাঙ্গল থোকপদি ঙমখিদে মরম হায়ববু ইনম্ম নঙম্ভ খঙলগ্রনি ঐখোয়নিগী মরক্ত' খেন্নবা অমা লৈ ঐনা মঙোন্দগী হেন্নি হায়বগী বাদি নস্তে অদুবু করিবো অমদি ম'ঙান্দগী ঐশা হেন্ন উহল্লি। মাগী অরাৎপা থয়া লৈ অরাৎপভু ঐনা মেনশিন্নোংই ঐ সমাজবু কি অদু ওইদুনম্ভ মাগীদমক ঐ শিঙনবদি ঙমগনি থল্লি।

ইনম্মা, ঐ শিমিংলকএ হিংনিংদব ফাওয়ে পুন্নিসিদা ঐ অমা পোকপদগী ইমাখোয়ম্ভ কয়াদ' রায়বা সুতিগী ঐ:ঙান্দ চৈবা নঙম্ভ তারিদুনি—"নচেখোয় ননাওসু'পখোয়গ' নঙগ' স্তুকমান মায়দে, নঙন থল্লিদু করিনো নঙম্ভ কৈ কস্তে খঙলিবা নত্র মূম থল্লু সিমা কৈ সিন কস্তে নঙবু অফ কস্তু মশক খঙত্রা' ময়ামসিগী মমাঙদা নঙবু ইকায়দ্রা" হায়রিংদু ইনম্ম' ঐম্ভ জ্ঞ ন তা' করম্ব মথা মপান' মচাবু কহন্নীংদবা য়াওবগে অদুবু ঐ মদুগী পাওখুম পীবা ঙমখিদে করিনো ঐনা খুমখিদৌবা। ঐ হৌজিক কনাদা শাউরুনি কনাদা তাইমনি রাখল থেনবী তাহনবম্ভ মানমি হায়নিংই। মতমদুদা মহাক সি থোকনি হায়বা খজিক্তকাও থনখিদ্রা। হৌজিক্তি ঐনা মঙোন্দ ময়াল থৈজিনখিনি মাগীদি অমুক থৈজিনকম লৈতবনিনা মস্তোমতা রাজবা তাবনি অদুগা মানা রায়গা ঐনা করম থাঙবা ঐ ম্লেংবা ঙমলোই ইনম্মা। নোংমম্ভ নচিনময়া ঐবু

করেম্‌না লংনথি" হয়েংবাই ঐখোয়নিস্থ চেন্নগা নখোয় ইমাখোয়না থাইদোক্লনি হায়রবদি কম্নদৌবা ?"

পুন্সিদা ওইখোকনি থাজবগদবা কয়' গুসিদি ইথাংকন্দা তশেংনমক থোক্লরে। নোংমস্থ মানা মাইথোং মকশিন্না হায়থি ঐ নিঙশিঙলি পুন্সিসিদা থাজয়মদবা ঙাক্না অওইঙ্গম থোক্লমক্লা পুন্সিসিবু করম থাজসিগে ঐ হায়কম থঙত্রে। ঐ জ্ঞান তাথিদে ঙসিতা থঙলকই। পুন্সি থাজনিংঙাই লৈতে সুক্রে লৈতে থাজ-দবা ঙাক্তনা থল্লি।

ইনম্ম', মাগী অপঙবা থযোয়ত্থুদা থল্লমীবা ময়ামত্থুগী থনবদা ঐ নোক্লিংলকই। মাস্থ করিঙুবা মীকুপ্ত ঐঙোন্দ ওইমবগী মঙঙলা বায়োরকই। মহাক থম্বল চাউই। ঐঙোন্দ কনাগুম্বনা কোইগে নত্রগা মুংশিনসি হায়বগী মওঙ উক্তুন চিঠি পীরকপ। নত্রগা কনা-গুম্বা অমগা চৎথিন্নবা উরবা ঐসিবু মাগী ওইদ ওইরবদৌনা শাউ-রকপ। য়াওরকই। ঐদি ইথস্তু শিথ শিথনা নোক্লিংলকই অদুবু ঐ নোকথিদে করিঙুম্বা নোকথোকলুবা তায়বদি মানা কম্নি থন-থিনি মাগীস্থ থম্মোয় পাল্লীবনি। কম্নিবুদি থনজুনি ঐগী অথিঙ-বদা মানা করিদা য়েৎলদৌরিব' মতিক কম্নিবু লৈহুনা নত্রনে ইনম্মা। অদুবু মোংমতং মানা বায়োথিবা তায়বা য়ুবদা হল্লকপদা ঐ লৈফম থুঙথিদে সিবু করিগীনো ঐ থনকম থঙদে ইনম্মা।

পুন্সিসিদা মাবু লাম্না থনবা থক ঙম্লোইদৌরে. ঐনা মাবু লাম্না থনবদি নত্তে মাগী অশোয়বত্থুমতং মঙোন্দ থঙহম্লীংথিবনি। শকথঙবত্থু কুইন্নিতৈঙ মহাক মশাদা কজনা হায়বীগে তৌবনি মতৌ উবদা হেক্তো ঙমথিদে সিনা কম্নি লাইবা হৈবনো থঙদে মহাক্তো অদুবু মাগী পুক্লিং মাগী বাথলনদি ঐঙোন্দ লানথিদে মাগী কমদা ঈহৌনো অমদি ঐঙোন্দ মক্লাদ লংশিন্নে।

ঐখোয়নিগী পুন্সিদা অসিমতংদি হায়দুনা নিঙশিঙনিঙাই থৌদোক অমত্তা লৈখিদে অদুবু নিঙশিঙলকপা খুদিং কাউঙমদবা মীকুপতমা পিক থল্লি। থম্মোয়সিনদি মাতগী ওইনিংখি পুন্সি সিনদি ওইয়ু য়াখিদে। ইনম্মা, "ঐনা ঙসি চৎকদৌরিবা পম্বীসি ইমা ইপাগী য়াথং ঙাকপনু নত্তে মহাকপু নুংশিদবগীনু নত্তে ঐগী য়াইফবা অদুতগীনি"। নখোয়নসু ঐঙোন্দ ভৎতনা হায়বদাইনে মফমদুদা লৈরুরবদি ঐ শোয়দনমক য়াইফরুগনি অদুদি ঐগী য়াইফবদু উরবদি মহাক শোয়দনমক পেনগনি মহাক্তি মতম লৈবা খিবিক্তা ঐগী য়াইফনবগীত থনখিবনি ঐগী য়াইফবদু উরগা মহাক পেনগনি শোয়দনমক হয়রাউগনি।

নোংমদি থম্মোয়দা লোত্তুনা থমজরম্বা নুংশিবা মঙোন্দ পীখোক্লুই ঐনা পীগে থম লানথোক্লুবদি নত্তে মানা নিয়বগী পীগনি। হৌজিক্তি মঙোন্দগী করম অমুক লৌখোক্লুনি। ঐবু লমচৎ নাইদবীনি থনখিরোইজ্জা? ইনম্মা নুপিশিংদি লমচৎনা মরু ওইবনি মাসু হায়খি—'নুপিশিংগীদি লমচৎনা মরু ওইবনি করিগুম্বা পুন্সি লম্বীদা খোঙথাং অমত্তং শোয়বদা পুন্সিসবু লায়া থমখিদৌরিবা, হৈনা চৎলু, ঐদি মাতনা হায়বদা ইন্দুনত্তা লাকখিবনি ঙশিনু ইহিংলি। ঐ ঙম্মোই ইনম্মা মানা পামদবা থবক্তুদি ঐ তৌবা ঙম্মোই মাসু ঐঙোন্দ হায়খি, "নঙনা পামদবা থবক্তুদি ঐ থক তৌরোই"। মা তৌখিদে ঐনা য়াদবা থবক্তু মহাক তৌবা ঙমখিদে। মাগীদী ইনম্মা করিগুম্বা অমত্তং তৌরমদাইদা ঐঙোন্দ ভাক্লম্মী। মানা তৌগে খল্লম্বা লৈরম্নু ঐনা পামদে হায়রদি মহাক তৌবা ঙমখিদে। ইনম্মা ঐ মাবু নুংশিনু হায়ঙমদে অদুবু মাগীদমক থনদবীদি ঙমখিদে মানা ঐগীদমক লেপতুনা ঐগীদমকনু করা থনখিবা।

মাগী অনিঙবা লৈজরবদু ঐনা কয়া থিংখিবা অদুগীদমকত্ম মহাক শাওখিদে হেন্নদুম হয়াউখি অদুবু ইনম্মা" মানদি ঐগী-দমক খনবা ঙমদুনা ঐনা পামদবা কয়া থাদোকপদি ঙম্নগা মাগী অনিংবা কয়াগী মায়য়োক্তা ঐনা চৎথবদা মান' থিংবা ঙম্নোইদ্রনে অদুগা করিগীনো ঐগী পুন্সিগী অচৌব' থোদোক সিমত্তুংগীদমক মাগী অনিঙবা লৈরম্লোইদ্রা। ঐগী পুন্সিদা মাগীস্থ শরুক যাওত্রব্রা? মানা ঐবু "লুহোংনু" থিংদ্রিবা করি-গীনো? মান্থ খনদি খল্লমগনি ইনম্ম' অদুবু মাগী অয়োনবা থম্মোয়দুনা নিংজরবস্থ চিনবালদা থোকহনবা ঙমদবা শোয়দনমক ওইরমগনি ঐ খঙই ইনম্মা, "নোংমত্তুস্থ মাগী মকালাম্বা থম্মোয়না ঐঙোন্দ লাকশিনবা থক ঙমখিদে"। মহাক মীঙমদে মীঙমক্ষমস্থ থোক্তে থেম্নবসিমত্তুং লৈরমজ্রদি ঐ কল্লক পেল্লমগদবনি। করিগীনো মাগা কয়াদা থেম্নবা তাইবঙ সিদা লৈমিম্নহল্লম্লব, ঐ ঈশ্বরদা নিন্দা ভৌনিংই।

মাগী পুন্সি মহিংদুগীদমক ঐ মুংশি ইনম্মা, ঙসিগী মীনোক খোলতনা নিল্লবা তাইবঙসিদা মাদি পিরাংলক্তা হিংখিবনি। ঐ খনকম খঙদ্রে খল্লুরগদি মঙোন্দ কয়ারক হন্না চৈনিংই মাবু খোঙপাকসিনা নেত্তুনা হাৎনিংই মানা ঐঙোন্দ ভশেঙনমক লানখিব্রা? ঐদি হায়নিংই মহাক ঐঙোন্দ শাথীবা মঙঙদা সাল্লি মাগী মরাল য়াম্না লৈ ইনম্মা অদুবু মরাল ময়ামদু মহাক মশানদি খঙজরম্মোইদরা অদুবু মাদি পুকচেল চাউনা ঐঙোন্দ লংজৈ নোংমস্থ হায়খি— "নঙোন্দ লংজবা ইরাল কয়াদুনা ঐহাক নোংমদি শোয়দনা নোয়োক্তী কোৎদা তায়নি খঙই অদুবু ঐদি মদুমক স্বর্গগুম খল্লগদবনি।" ভশেঙনমক মাগী অনিঙবদুনা অচুম্বমক ওইরম্বা থোক্লবা মহাক শোয়দনমক স্বর্গদা কাসস্কো

ঐগী ওসিগী মিকুপসিদা মাবু অমুত্তংদি উম্নিংবনি অদুবু ঐ উম্নবোই মাগী মশক্ত য়েংনিংদে উবদি ঐ শোয়দনা খোয়্‌রাং খোৱশাউনরক্কনি। মাবু চোংশিন্দুন ফুক্ৰগা ঐ শোয়দনা চোপ্পা মাই ঐ ভুমিন্না সুম লৈখোক্লগেদা ইনম্মা, অদুবু অসিমত্তদি হংনিংবনি "নঙ ভুমিন্না সুম লৈখোকপা ওয়দর ?" মা করি খুম্নকনি ইনম্মা মহাক খুমকম খঙদো মান্দে অদুবু মহাক ঐ উবদা শোয়্দনমক্তদি কপকনি মানা কন্না ঐ উানংদে ।

কায়দেসে ইনম্মা, ঐ ভুমিন্না সুম লৈখোক্লগে ঐগী মাইক ভাবথা মুরিৎসিদা ইশা ইতোমত্তন ইশাগী লশী থঙনা থঙনা লমলৈমনা পুডুনা ঐ লম্মাংনদোরে। মাসু ঐগী মাইকবু উবদা মহাক শোয়দনমক পেনগনি মিকুপ খুদিংগী হায়খিবনি "নঙগী মাইকবুগীদমক থল্লি" মাবু ঐনা ওৎপিডুনডা লাকখিবনি মিকুপসিমত্তংদি ঐসু মাগীদমক থন্দুনা মাগী পেন্নবা অসিমত্তংদি তৌমম্বা মাইনা। মানা অমুত্তং মীমান্ননা মোমোন নোক্ল মালেমসিদা হিংবডু ঐ উনিংই ইনম্মা। মানা নিংবদি নত্তে মানা তৌ হায়মকপন্থ নত্তে ঐতনা মাগী পেন্নবা তৌনিংলুবগী বাতনি "ঐ মাগী পেন্নব অসিমত্তংদি তৌরম্নগেদা ইনম্মা"।

অচাইবা কুণ্ডো মরক্তদা মিৎলুদগী পিম্নিক অনিখক্তং ভাখি বডু খঙহোদে। চিনবানডুদদি মোমোন নোকই মচিন্দ মতোমত্ত মুরুব মুরুব শোল্লি—সিবু কমাই তৌ লেংদোইনোমি।

"নঙ থরা লেংবিয়ুবা ইনম্মা"

"মীনা লেংবাবা তোহৈদেহে, মশানা লেংজগদবনি"

"অদুদি নহানবাই মখোয়না লেংলকপডু কমাই লেংলনো থরা ভাকপীয়ুবা ইনম্মা, ভাকপীবা ফাওবদি মাইদনা"।

মনম্মা সোবিতানা ভাকই মখোকলোমদগী অমমমত্তা ওইনা লেংউ পোমশাৎনবডু ভাক্ত, অদুনা ফজদো মান্দ্রো ?"

র্খর অমত্তং শাংনা হোন্দোক্লগ মনম্মদা অমুক হংই, "ইনম্মা পরেংসে অনিনিকে লেংদোরিসে।"

# তির্থদগী হল্লকপদা

রিক্সে' গাড়িদু সুমাং মতোন্দুদা খায়ত মঙাইরি। অঙাং ময়ামদু পুম্নাং লাঙই ঐখোয় ইবোক লাকএ ইবোক হললকএ ইমুংদগী মমৌনুপি অহমদু থোরকই উমরুত্রবা মনেমবোক উবদা মমৌ নুপি অহন্দু মপি ইরা চেল্লি। রিক্সোদগী পোৎ ময়ামদু থাংথৈ। তির্থ য়োরুরবা মনেমপোক্কু উবদ খুরুমলৈ। ইবেচাওবিনা হায়লৈ এ জলদা খুরুমউ, জলদা জলদা। জল পত্রা রিম্না মথক্তগী থাংথরকই। মমৌ নুপি ময়াম গ্যান মেন ইতা তাদনা মনা পায়া পাত্রদুদা চওশিনদুনা খুরুমলৈ। মশু ময়ামদুসু মমাপিংনা খুরুমদুদা হোচিন্দুনা খুরুমলৈ। ময়াম মরক্তুদগী খ্রাইদগী ঙাওবা মশুনুপা, মচানুপা রাইমাগী মশুনুপ ইবোয়াইমনা হায়রম তৌওমদবা মবোক্তা চওশিন্দুনা হংই-ইবোক কৈনো মখোয়না খুরুমলিসিবো? ইবেচাওবীন অমুবা ময়' ময়ামদু উবমথৈ নোক্নুনা খুম্মি গঙ্গা জলনিনে অঙাওব খুরুম্নুনে গঙ্গা জল পল্লকপদুদা ইবোয়াইমনা মখোয়গী ভুগোলগী ওঝানা তাকখিবা গংঙ্গা তুরেলগী য়ারৌদু নিংশিলক্তুনা খুরুম্নু য়াখিদে।

ইবেচ উবা মরু কে'ক্লে নবদ্বিপ্ত কোক্লকপনি। থা মসিগী মতুংসিদদি শমদু থর থরমু লিংখংলক্লে য়েংবদা অকিবা অমসু য়াওরে। মচানুপ্পা অতোম্বগী মচানুপি অতোম্বী মশুনুপি তোম্বোম্বীদি মবোক উবদা কপ্তুনা ইমুংদা কিজরে হায়দুনা চেনশিনখি। ইবোয়াইমনা মবোক্ত, মুম য়েংলগ হংই ইবোক নঙগী নশমদি

কদায়দা থনম্লে; মখোয়না খুম্মি অতাওবসিদে ময়াং শাপেৎনা লৌহোরেনে।

সুমাং ময়'ইচুদ পুমলাং লাওব: মরক্ত্ দা ইবেচাউবী ফমা কুইন। লেপ্তুনা নৈ। ইবেচাউবী শাউনিংবোই করিবোই কললপ শাউরকই থাংজি মচাসা মখোয়বু মৈ খরা পুথোরকউনেহে, গুক অমতংগা পুথোরকউনে।

থ্বাইগী মশুম্নুপি অহন মচান্নুপা অহন ইবোহনগী মচান্নুপী অহল ইবেমহলনা চক্র খুদাপ অমা পুম্নক্ না মৈ চুখৎখি। ইবেচাউবী মৈচু তপনা কাম্থোক্লে, মৈনা থম্লোবা গুক্ অমুক কাম্থোক্লে। মাঙ্গোন্দা কাখৎলকই।

হয় য়েংথোকখিবদা ব্রিজোবালাচু বেরি মচৈ অমা চিংলক্লুনা শজোয় মচিদা ফমচুনা নৈরমবচু উবদা ইবেচাউবীনা ইখং খংনা লাউরকই ইহে ত'ধা পীজিরেহে নপায়ানিমচা ময়ামশিনা লাওবদা গ্যান মেনকা অমতা তাজ্রেহে। মাঙ্গোলচুদগী লেপলাউ লাউরকই ইবুংঙো কমা লৌনি? ব্রিজোবালাচুনা ক্না চামমবতদা চুমবা অতাংবা ময়া ময়ামচু উবমথৈ ইথি খিগৎচুনা থুম্মকই ঐরু কুমৈ মুতাইমনসিদা সুম কমচুনা য়েংলগা নৈরবনি। ফনচুম মুতায়রিনে ইকোলগী ইশু ঙাকয়া তৌরিসিবো? মানিনে ইবুঙো ইশু ঙাকনি ইচান্নুপা অহমগী। সিদা নত্তে কনা য়াম্ব বাৎলি কদাই কদাই চৎগ্র'নো থগুদ্রে। ইকোলম্ম ময়ামসিগী থনবদা অা লাইকমদম্ম লাইকা থুক্রুমকম লাইকা নিঙকম থঙপোৎ নত্তে। তির্থ চৎচুই হায়চুমতাই হল্লকপগা ঐবু পাপ অমুক লঙশিনবীরদৌনি। ঙাওনা চাওন ব্রিস্নো ভাবাচু পীখি। ব্রিজোবালাচু চৎত্রে। মপুরোইবগী

ফুন পুচুনা বৃন্দাবন চৎলুবনি,। তির্থ কোয়রবা, মপুরোইবা মাঙোলজাউনা সংসার থাদোক্লমদাইদা ইবেচাউবী কৌশিন্দুনা

হায়রম্মী "নঙদি নচা নশু মরামসিগী মপান চাদুনা মুঙাইনা লৈহৌখে। অদুগা হয়েং নঙনা ঙস্বা মতম অমদা ঐগী ফুনসে পূদুনা তির্থ অমুক্তদি য়ৌরু ঐগী লাইবক্তী ফুনসে গঙ্গাদা থরা থাখরম্মু ঐদি শ্রী ধামদু অমুক্তন্ন দর্শন ফংবা ঙমখিদ্রে"।

হন্দক্নীসিদি মাগী মথাম্নবী ম্নাইমবীনা হৌরকপদুদা মতাং চারে থন্দুনা তির্থদ চৎলুবনি চৎত্রিদৈঙদা ম্নাইমবীনা ইবেচাউবীবু উমবা থুদিঙগী হাই নঙবু ঐনা চৎলিদৈঙসিদা অমুক্তদি চৎমিন্নরুসদা নোংমৈ য়ৌগ্রদি অহন ম্নাম ওইশিনখিদুনা শোনজিনখিদুনা ঙমদবন্ন ম্নাই থন ঙম্নৈঙদুদা চৎহৌসি। পাঙ্গলদুনা ম্নাত্রবদা ইরল ম্নাম্না লৈরে হায়দুন ঙম্ব পোৎ নত্তে। তৌববুদি ইবুঙো মাগী ক পানি হন্দক্তি থোঙবুম্ন কৈ অগ্যা কৃষ্ণদাসন পূগদৌরিবনি। গাড়ি ভারতনি থন্না ম্নাম্না লূপা চামন্নি য়াঙ্খে। লাইদা কৎপা থোৎপদুদি থোকখ থোকঅবা অদুম মন্নাইনা লাকচবনি। তিথন্ন মুনবা কোম্নগনি ক্ষেত্র, নবদ্বিপ জয়পুর, হরিদ্বার অা ম্নাম্মে। থা থন্না কন্নপ চৎলবা য়াই। ঐদি হন্দক্নীসিগা অহুবলক শুগদৌরিবনি দর্শন ফংজুবাস।

শকক্ষম হর্জন্দুনা ইবেচাউবীনা হায়জৈ নঙদি নন্নায়বক কৈফেনে ইবেম্মা, নচাম্নুপা অনিদং পোকপদু চঙ চঙ লাউবা মী ঙাক্তা পোকইনে। ঐগীদি মহাক্না অহুমদং থম্বীমম্লীনেনা তৌ ন্নিসে থঙজ্রেনে। মানা শিন্নমদাইদুদি ফুনসে পুদুনা অমুক্তা চৎলু হায়ন্নম্লীবনি। অদুবু ঐদি হৌজিক তৌন্নিসদা ঙমগদ্র ঙম্লোই-দৌরিব্রা থঙজ্রে। চত্তি ওথোক্ন চৎনীংই হন্দাক মতাঙসিদা ওথোকপা লাইবক হায়দুনি অদুবু লৈখিদ্রবা লাইওইগ্রবা মহাক্তী কৃপা হায়দুনিদনা। ম্নাইমবীনা ইনশিল্লি ইবেম্মা নচাম্নুপা অহমদুদা

মুপা চানবা চানবা পুথোরকবা য়াদে থোক ইঙ্হোকউনে। ভলব চারবা ঙাক্কা মত্রা ? নঙনা নপঙদি পঙজরগা ন্নম ভুখিম্ন লৈথোক্লবদি ওইবা য়ায়রোই মথোয়দি তির্থগী আশা লৈপোৎ নত্তে। মরাইনা ঙম্নবা হোৎনজরকনি। চত্তবা য়াদেত মহায়রু।

ঐগ্যা কৃষ্ণদাসনা পৃত্থবা বস অশাঙবা অমদা মথোয় মী য়াংথৈম্নক চৎলুবনি। ঐগ্যা কৃষ্ণদাসতি চহি অমগী মমুঙদা বৃন্দাবন অকম্লক্তি চৎলি। মাগী ভারা তিংদে। ইলমজিং লম-তাকপীবা ওইনা চৎপনি। মরাম্নদি মঙাংবৈ অগ্যা কৃষ্ণদাসসে বৃন্দাবন চৎপসি থর থরদি মকাম্নমাম্নে মাগী লাইগী মাঙোপসে জিঙ্খনা শিন্দোকখ্রে। ইনাকন্থ ফনম্নাম খুনগৎলকএ, অচত খুদিঙগী লমজিং লমতাকমন ঈশ্বরনা থর থরদি পীনবীরবা তাই হুমিদাংবাইরম লৈপুঙ কথা নহারোলশিংনা ঙাংলৈ ঐগ্যা কৃষ্ণ-দাসতি থবক অমত্তা শুদনা বৃন্দাবন লকোল্লগা চাবা ঙম্মী। ঐথোয়স্থ বৃন্দাবন ললোনবদুঘ চৎলসিরদো। মরাম মরক্তগী অমনা হায় মোরেহ ললোনমবুদি বৃন্দাবন ললোম্বনদুম ফরনিকো। লাইকম খুদিঙগী তির্থ যাত্রি খুদিঙগী লাইদা কৎনবা থাইগৎখিবা শেন্দু ঐথোয়গী ঐগ্যাগী শরুক্তি থরা অদুম লাইদুনা থাইদো-রকই। লাইকম খুদিঙগী লাইগী মুর্ত্তিশিংদুনা মনাক্ত ঐগ্যাবু কৌ-শিন্দুনা মনাকোংদা কনামত্তা তাহন্দনা হায়রকই ইতৎতত্তুনা লাক উ থরথর যাম্না পুরকউ মঙগী শরুক শোয়দনা থাইগেকো শোয়-রকহ্ন। মুক্তিশিংদুনা তাক্লকপা য়াথংদুমক অগ্যা কৃষ্ণদাসতি ইত্তৎ তত্তুনা ঙাকই। মগুন লৈপ্রবা বাযোম্নি মঙোন্দ লাইনা বানোম্নিবনি।

ক্ষেত্রদগী পুরকখিবা জগনাথ দেবগী বালবুক অথুম অহাও মরামদু পুথোক্তুনা মশু মরামদা য়েন্নি। ঙসিদগী থা অমগী মমাংদগী য়াওরক্লবনি পোৎয়োমদুদা। চেকসিন্ন পুরকই ফি মচা অমদা য়োমদুনা হংই অস থুমখ্রেদা অবোক কৈনো সিবে ? থংদেদা ইবেচাউবীনা থুমবৈ।

মমৌমুপিশিং চংলক্‌না মনেমপোক্কী পোৎখোম মন্নামহ্ন হাংদোক্লে। মনেমপোক্ক হংজৈ ইমা সিনা কৈমো সিনা করি-দৌনবা। ইবেচাউবীনা অমমমভা ওইনা তাকই সিনা ইবুংঙো ইবেম্মা অনি রাস লিলা শান্নরম্মী হায়ব মকমহুগী লৈঙোইনি মহেং ঐনা শিবদা খাঙেনকমদা পুখোক্লমদাইদা শুমাংদা খন্না চাইবিয়ু। চেকশিন্ন খন্নভিল্লু অভাঙবা পোৎনি। সিনা গবর্ধন চিংগী লৈপাক্লি। সিনা বৃনাবন্দগী লৈরকপা চন্দল মূর্ত্তিকানি সিনা কেশরিচন্দলনি, লাইরিক মন্নেক য়ান্ন ইবা কিসিনা নন্নাবলি হায়বহুনি, ঐগী চন্দন উপুদা হাপচিল্লু। অয়েকপা লাই খন্নম্ন পুখোরকই। জগনাথ ক্ষেত্রদগী লৈরকপা প্রভুগী চিত্রবটনি, চন্দন উপুদা হাপচিনখো। নন্নাবলিদো খোঙনা খুৎনা শোকনি ভৌইহে।

মগু মখৌ মন্নামহু ইবেচাউবীনা মানা তির্থ চৎলুবগী রান্নী মতেক মতেক সুম লৌ। ক্ষেত্রগী জগনাথ ইবুঙোহুদি চাউঝ্রেদা ওখোক্ল নিমঞ্জে মূর্ত্তিহু। অহুগা নহানরাই ইবুঙোনা পোপঃ মন্নামপা মন খেল্লম্মী হান্নরিবা মকমহুনা কজরিবা। মহুদা পালহৌবা বো-রোইহুদি চাউঝ্রেদা। ইবুঙো ইবেম্মা অনিনা রাস লিলা শান্নকমহুনা কজরিবা। মহুদা তাব' লৈঙোইহুদি মুংঙৌ মকুপতৌনা লংক্রিক লংক্রিক হেক লংবনি। কজঞ্জে কজঞ্জে য়েংবগী পেনবা মাইদে।

হরিদ্বারগী খৈদেন্দা খোকহৌবা পোক্তুদি মহা জমকান্ননি লম্বীসিনা অমদা অমুক চৎলি, সুম কোয়রখৈ কৌরয়গ হান্নগী মকমহুদা হেক্তমক তারকই। খৈদেনহুনা চাউরিবা। লাইকম শুরে ঐখোন্ননা চৎলিবা। দিল্লিদা লৈহৌবা ফুরাহুদি কজঞ্জেদা সুংঙৌ ভাক্তা ওহোক্ল চাউনা শাঞ্জেদা। য়েংবগী পেথ্বা নাইদব' ভাক্তনি। মন্নুঙদা চঙবা য়াই হান্নবহুদা মমুঙদা চঙহুনা য়েংলক্‌ই।

পুন্নাং লাংই । খুভম অনিথক লৈমম্মী ময়ামনু অয়াওবা পৈশা পুখোক্তুনা কৎনমম্মী অছুদা ঐগী পৈশা কৎলম্মী। ঐগ্যা কৃষ্ণ দাসভা ঐখোয়না হংবদা পাঙল সিবগী মোংকমদা শাবা ফুরানি হায়। মহারানিনে শিখিবহু মছুগী মোংকমদা নিংথৌছুনা কচ্চবা ফুরা ওইরমাগে ওম্বোক্লা কজয়ে।

ত্রিবেনি শঙ্গমছুনা ফজরিবা ঈশিংছুনা শংত্রিক শংনা লুরিবা। থকপগী পেনবা মাইদেনে খুজোক খুজোক থকপসি থক্লিবনথৈ পেন্দে। ভাচুসু কনামত্তা চাবীদমাগে ওম্বোক্ল চাউরবা ভাকাসু য়াওহৌই। থাইরম্বন্দ খৈদেন্দকা কাছুনা পুররুগা য়োনম্বোক্লবদি শেন কনয়াম তোংদৌবা জাৎনি।

ইসে, ইশুশি·গী চরিক খুজি লৈরকপনিনেহে ভরং মনুঙদা য়াওখিবনি। অমুক্তা পুখোরকউনে জাহ্নবী। মমৌশুপি অতোপী জাহ্নবি ভরংহু মনেমপোক্কৌ মনাক্তা থাংজিল্লকই। হাংদোক্তুনা মানা লৈরকখিবা চরিক খুজি ময়াম মশুশিংদা য়েন্নি। শুগিক পরেংহু মশুশিংদা অমমম য়েনবী ছুপা হায়কৈ- মাঙহনখিনুকো অভাওবা পোৎনি দশা লাংকম কোকদৌরিবনি। য়াইমবীসু লৈখিবনিনে ফন য়াম্না মশুশিং অমমম শিহনগে হায়ছুনা অমদা মথায় পিবরা কৈনো কাউবু কাওয়ে।

ইবেচাওবী তির্থ কোয়রুংগী বারি মশু মমৌশিংদা লীবা বারছুনা "হায় হোমেল মুমিদাং অমুক অবোক ফুজা মনাক্ত লিবীগে"। য়াম্ন বায়ে অমুক্ত ইশাসে ইরুজথোক্লখিগেসে। ইমুংদা ওনসিন্দুনা মমৌশুপি য়াইমছু কৌছুনা হায়রকই যমুনা ঈশিং থরা পুখোরকউবেহে ঈরুজনবা।

মচিন্দ মতোমত্ত শোল্লি হরে কৃষ্ণ রাধে শ্যাম নোংবৈসু দর্শন

ফংলুখিবা ভাব্রি। নোংমৈদি মখোয়না শেন পুখোকপীয়ু য়াক্ল- স্নু ঐগী লো শঙমদুমা য়োম্নেক্লগা চৎপা ভাব্রি কুপ মেলা নংনবা। কুংসিদি কুঞ্জ মেলা য়েংবা ফংলক্লে দো। নোংমৈন মাই মিৎ থন্নদি শিংলনি, কুমসিদি গ্যান মেন ইতা তামৌদে।

মশুশিংনা হায় ইবোক হোন্নেন মুমিদাং ফুঙ্গ মনাক্ত অমুক লীবীয়ুকো ব্রাব্রিদে', য়াম মুস্তাই। মখোয় মশেল ওনশিন্নব্রগা হংনৈ মুস্তাইত্রনে ইবোক্কী বিনাবোনগী ব্রাব্রিসে ইংচাউশীনা মশুমুপী তোম্বোনবীদা ওনাশল্লগা নোকথি নোকথি হায়ব্রকই নোংমৈদি ইশু তোম্বোম্নিদুম পুঁভাব্রিয়ে বিনাবোম্ব, মাদনি ঐগী চন্দলউপুকা থাংদোকপীগুনা লাইদ কৎনব নৈ শুকা মুতিগী হেক হেক থিবিন্নীবা।

তোম্বোনবী নোকফেৎ তৌদুনা মবোক্ত চেৎন কোনশিনৈ

# বীল

নুংতিগী চাক হেক তোকলগা ক্বা মতম অচৌবা অময়ম চাওরগা অতুম হোরে কুম্মৈজু। মসি লোংখত্তুং তৌকৌদবদা মখোয়নিমক নুংখত্তুবগী ওইনা হকচাং ইমুং নুঙাইনবগুম লৈকম চাকপ খঙনদে ক্বজু চথেংম চাউনা চাদৈ মুবা অচৌবা অময়ম কৈম্রে উংখোকতেন থা ব্রাদা থাজুনা কৈম্রে নকশিন্নদে, ফি ইন্দে ফিদোন চিংখত্তুনা শেংলি ওকো শিরিব মেক্রেস শিংজু কময়াম যাম্ন প কই অমনা ওাওবা অমন তাপ হেক্ক ওকই শুকহন হন্নদে খুত্তি শুকথা থানদে মুর অচৌবজুদা লেম্ন লেম্ন কৈম্রে নুপি অহন্দুনা ময়াং থর কংলপ তৌই অতোপ্পীছুদি য়েংবদা নোয় পেম উই। ফুনবা তারবদি অতোপ্পীজুনা শাথিনা ফুখিদৌবা যাগ্নি। কুম্মৈজুগী তাবোক্তি থনজোয় মতোমতনি।

থনজোয় থবক চাউনা তৌব ঠিকাদারনি। ময়ল মথুম ময়াং কায়। চহি য়াঙ্খৈমঙারোমদি ওইয়মনি অজুবু রাথলদি পাথঙ মচানি। থনজোয়গী পূম্নদ অনিজুনা মেনশিম্পীবা ওমজ্রবা অরাংপত্তুগীদমক মথম্মোয়দা নুংনাংবা থমদি মপোকই। অরাংপত্তুমতং মেনশিন্নবদি থন্দুনা যাগী নুপি অতোপ্পী সনাতোম্বী যাইস্নাম মুহোন মোহোরিনা পেম্বীজুনা লৈশাবিতৈদগী লৌখিখনি। অমুবু লাইবক্তা তম্মথনি থন্দুনা ওসিকাও হিংখিন্নি।

বিল কংলকপা খুদিঙগী সুপি অনিদুগী স্নাগী নেক্লেস, খুদোপ, খুজি শাবা অসিতনি। শেন পায়বগী হৌনবা ধনজোয় কনা লিকপা মীতানি অদুবু সুপি অনিদুনা হায়রবদি মহাক তোমোই থক হায়জবা ঙমদে। ঐগীদি কৈন্সু কায়দে হায়দুনা মাগী রাউথাংনবা ফুরিৎ টুইন অদুগা থাদিগী রেসকোট অদুগা মতম কুইনা শিজিন্নরকপগী পাথরক্রবা স্নুপরকাইনগী কৈজোম অদুদগী নুকহোং হোংদে।

ঙসি ধনজোয় বেঙ্কতগী বিল কায়বা চৎকদৌরিবনি। লুপা লিশিঙ য়াথেরোমগী বিলনি, লমলাইদা শারিবা রাটর রিজার্ব-ভোয়র অদুগী বিলনি।

সুপি অনিদু সুমিত্তু মদি য়াম নেনা তানা থবক তৌনৈ। অয়ুক য়াহৌ ঙনবা ভাৰ্মৈ। নহানমথৈ নঙ হায় হৌগৎলু ইনশিন্নমখু ঙসিদি অতোপ্পীদুনা হৃম্ন হৌগৎকই। য়াহৌবগা শুমাং মাজোল রাই ভৈথোকপা হেক লোইবগ নিংথমথাগী উন মরক্লদা ইংগ্রবা পুম্রিদুদা ঈরুজথোক্লুনা চাক ঙম থোংনবা চাখুমদা চঙথি। মৌ অতোপ্পী মনাওসুপি হৌগৎখ্রে হেক তাবদা অহন্দুন্নু হৌগৎলকই। ঙমাং সুমিদাংদগী হৌনা হেক য়াহৌবগা তোগে থম্লগা থবক অয়াম্বা স্নাতোপ্পীনা লোইনমক তৌথোক্লম্বদুদা সুপি অহন ইন্দু-মুখিন্নু করি করি থবক্লা থা রাং চেন্দুনা পঙতোত তৌই।

ধনজোয় মিকপ থোক্লকপদা মাগী সুপি অনিনা তৌরম্বদু উবদা থরা ঙক্লপ তৌই। থম্মোয়দদি কায়কম থঙদবা সুঙাইবা'মা পোক্লকই। ঠীকাগী বিলসি সুমিৎ খুদিঙগী কংজয়বদি থমৈ থম্মোয়দা। কাংথল মসুঙদগী খোদেমদুনা হৌগৎলকই। নাতোন য়েৎ ওই অনিমক পায়দুনা শ্বর য়েংই। শ্বর লৈবা মাইকৈদা মথোঙ থাংথরক্লুনা হৌগৎলকই।

মাঙ্গোলদা থোরক্লুনা বৃন্দাদেবী থুরূপী। নহানমধে মুপি অনিদ্ধ লৌভানদুনা অমুক্তম তৈবীথিদ্রবা মুমাংদু ৱাই শিং নাম তৈথোক্লুনা লৈরম্বদুদা থনজোম ডক্তূনা কোয়না ক্লেংই। মপুক্লিংদা যোযোন তৌজে।

মুপি অহন্দু চেম্থোয়ক্তূনা য়াম্ন কেথরদুনা হায়জে "মখোয় পাবুঙগী হকচাং শেঙদোক্লবা ঈশিংদো মনিঙদা থমজরবনিকো" থনজোয় নোংমজম মঙোন্দ কৌহনবা ডমজখিদ্রীবা মিঙ্গৌদু ইয়াম লাইনা কৌরকপদুদা থরদি ঙকপগুম ভৌই। অসুক কূইনা লৈমিম্নরকপসি মিঙৌদু অমুক্তম তাজগে কংলক্লিবনি অদুবু কৌক্ষম থোকপা মিঙ্গৌরা থজে।

ইমুংদা চঙলকপদা স্নাভোম্বীদু মুগা কনেক মচু তাবা অমা শেৎলদুনা চন্দোল শিম্রিদুভমক নাভোন্দ থিল্লগা হৌজিক্ত চিংহি লুজরুবগী কংদ্রিবা শমদু মচুম তোপ তোপ তাবমথে চাকথুমদা চাক থোংদুনা লৈরম্মী। থনজোয়না হায়জে শমদুদকাও পুনশিল্লগা থোংউদনা চাক্তো শম—না য়াওরমনি। সনাভোম্বীনা যোযোন তৌদুনা হায়রিবা অদু ইতা ত'দবগী মওঙদা হায়রকই "করি ইঙ্গাংবু থোংসিনো থঙদ্রেদা, করি ইঙ্গাংবু চাবীনিংগে"? মখোন হায়রেৎ লুমথনা থনজোয়না থুমকই "ঐনা চাগনবা ইঙ্গাংকাও মশক থঙজিব্রা, অসুক কূইনা লৈমিম্নরক্লসিকাউদা" শেখোৎ মাইরেনবা থোং লাক্লবু হকচাং ইমুং মুংঙাইতেকো। ইঙ্গাংকাও ঐঙোন্দ হংই অরৈবা করিনো হেক থোংউদনা। অদুদি শোই-বুথসিগা ঙরাং মখোয় পাবুঙনা লৈরকপা ঙাক্রাসিগা থোংবা তারেনে হায়দুনা ঙায়োক চফুদগী ঙাক্রা থুদুপমুক শাংবদু অনিথক কাদুনা পুখোরকই।

থমজোয় থবায়না পামজবা লাইথক্তদি তম্নমত্রবগ্না থজেরবা মিঙ্গৌছ মখোয় অনিমক্তগী ঙসি তাবদা শোয়ত্রবা মিঙ্গৌবা থনবৈ। হায়কম থগুদবা মুঙাইবা কয়া পোকই। থনকম হায়কম থগুদনা স্নাতোখীদা ওনশিন্নগা — ঙাছ নচে শেমগে হায়রগা শেমহল্লুদনা চাক থোংনা থোংনা ঙা শেখবু হৌনত্রা ভৌরিসিবু হায়স্থ শেমদোকহৌদন' হায়রম্লগা মনিঙলোমদা চঙখি। হায়নখিবছ তাবদা ইন্দুমুখিনা ইনাউ ঙ'ছ ঐ শেম্নবে হায়না ঙাছ শেম্মী।

অমনা চাক থোংই অমনা ইঙ্গাং শেম্মি, কয়ি বাৎলি হংজুনা অয়াৎ অপা লানশিল্লি। অসিমস্থ থোংলি হায়জুনা আলু কোবি মরাম'মন্ন শোইরি।

মওম মওন থনবমথৈ থল্লুরগা মুঙাইবা রাগ অথদা থাইনা মহাক্লা পাখঙ ওইখিবৈঙগী অয়িব ঈশৈ অমা ঙংজুনা থমজোয় ইমুংদা চংলকপদা তৌরম্নিবত্ত উবদা নোকফেৎ তৌরম্লগা খেঙ-জনিকো হায়রম্লগা মপানলোমদা থোকখি।

মাঙ্গোলদা মাইস্ন'মগী তাদ মুহোন মুহোরীম্ন কমজুনা লৈরম্মী। থনজোয়না কৌই —তাদ ঙস্তা'না য়োবিরকএদা। ইবুঙোনা ঙাইরম্নি হায়জুনা ঙস্তানা হেক্ত চেজরক্লবনি। ইমুঙদা ওনশিন্দুনা থনজোয়না কৌখি তাদস্ন য়োরকএ তাদগী চাকা থয়া লোল্লকউ।

মুহোন লাকএ তাবদা ইন্দুমুখিছ ইমুঙদগী থোরকই তাদা য়োবিরকঅবোইরে হায়জুনা কৌই। মতাঙ চারে থন্দুনা ইন্দু-মুখিনা মথা শমথরকই চাকস্ন লোইরে চাগী মহুৎ ইচিল ইপবা ঐখোয়ময়াম পূম চাখিম্নরসিকো তাদ। তাদসি ঐখোয়দা

চাক অমুক্তা চাসি হায়বদু অমুক্তা য়াদে ওসিদি চাখিদবা য়াব্রে। মুহোন থরদি ওকই, ইন্দুমুখিনা নোংমতত্তু মতোন্দ হরাউ কৌখিবা তাব্রিবনি কৌদবা য়াদবগী ঙাওদবা য়াদবগী থর ঙাওবদু মতাম। মুহোন মুহোত্তিনা ধনশ্লোইদা সনাতোম্বী শেমজিন্দুনা পীরকপনি হায়বসি ইন্দুমুখি চপ চানা খঙই। অদুগীসু মথক্ত মুহোনগা সনাতোম্বীগা লৈকায় অমত্তদা লৈমিন্নরকপনি।

মিতিক মিয়ৌ হৈবী ইন্দুমুখিনি বাদুগী লোইশিন্নকপদা মচেক বৈনা ঙাওলকই—ইনাওন্নপি সনাতোম্বী লাকৌওদগী ঐন্নু খজিক্তংদি শাকরে তাদ। ইতোমত নুমসিদা লৈবদা ওম্বোক্ত নুঙাইরমদবনি অদুবু হৌজিক্তি ইচিন-ইনাউ সেগা মাইগা তাম-দুনা লৈমিন্নবা কংবসিদা ওম্বোক্ত নুঙাইজরে ঐদি। মসিমক তাদগী নপান্দগীনিদো। কৈদৌউ শিংদৌনো খঙদ্রে তাদগী সমনসে। অদু অদা খঙদে তাদা ওসিদি ইচিন ইপরা ঐখোয় মরাম পুম চাক চামিন্নখিদবা য়াব্রে, সনাতোম্বীনা থোংবনি হন্দোইব্রনে ? হঙ্গোইকম থোক্কেনকো তাদা। বাদু হায়রন্নগা ইন্দু-মুখি ইমুঙদা চঙখি। মুহোন কম্বিমত্তা খুবা ন'হৌদে। ইকায়বা কনয়াম খঙদবা মুহোন্নী অদুবু ইন্দুমুখিগী বাতাহুদা মাইদু হায়কেৎ ঙাংশিনখিবগুম তৌই।

ইকায়খাঙদগী নমদুনা মুহোনসু চাক্ত চারে। চাকথুমদু মহাক অমা য়াওশিন্নকপদুদদি পুমথন থম্ম উরে। অরাৎ অপা হংলন্নগা সনাতোম্বীসু কমথরক্লে। চাক চানা চানা ইন্দুমুখিনা মতোমতা মুম ঙাংজৈ—ঐখোয় ইনাও সনাতোম্বীসে চাক ইপ্পাং থোংবদি মহৈবনিদা তাদ, হাউব্রনে ? চাখা ইয়া য়াব্রনে ? মুহোন্দু থুমকম খঙদনা হায়রকই—"ঙাক্রাসি ঐখোয় ঠিকাদার বাবুনা ওয়াং ফুমিদাং লৈখিবদুরা ?

চাক তোকপগা য়াম্না য়াতায় তৌরিবৈদা মতমসু থেঙজিলংলম্মে। ইন্দুমুখিনা মপুরোইবগী খোঙ্‌পতু পুথোরক্লুনা কাপ থাই, পূম্নং লংএ। নহানমথৈ অরুম অমুক্ত লংদবা খোংউপনি। অচুম্বস্তু মথক্তা ধনঞ্জোয় মশা নানবা কৈনবা মীভা নত্তে। ইন্দুমখিনা খোংউপ শেংদোকখিবা উবদা সনাতোম্বীসু মমাঙ সজোইদা লৈরিবা ওল্ড মোডেলগী বোদি য়াওদবা জিপতু ফি অমা পায়দুনা কনয়াম কম তকই। অনিদুগী সেবাদা ধনঞ্জোয় মকোক ভাওরে। ইওন ওম্নবা মতৌদুদা ধনঞ্জোয় ইকায়কম খোক্তবা ইকারবদু থাঙবা ঙমশিল্লক্তদুনা মুহোন্দা ওনশিল্লগা হায়রকই তাদ লেঙথোকঅসি।

ধনঞ্জোয় হেক খোকখিবগা অনিদু মুম্না অচৌবা অমমম মশা মশানা পুথোক্লরক্ত্‌না মাঙ্গোল অচৌবদুদা খা-য়াং থাই পরুক নকশিন্নদে। কাপোক অচৌবদু থাংদোরক্ত্‌না মশা মশানা পানা মতপ চাউনা চাউনা তপ্তুনা চানৈ।

সনাতোম্বীনা হায়া হৌরকই—"ইচেগীদি নহানমুক্তী বিল ফংবদা মোহোর তরুক্তী নেক্লেসমি শাখিবা। ঐগীদি সুপ্নতগী য়ুমদা লৈবসিদা সুঙাইত্তে হায়দুনা লাইরেল মকোইগী লৈ সিমতনি শাহৌবা। অসিসু য়াম্বা নত্তে মোহোর অনিতনি। হন্দক্তি ইচেগী তৌবা তৌদবা ঐগী নেক্লেস টেক্তর অমতংদি শাদবা য়াদ্রে"।

"নপামদা থৈগেরা' ইন্দুমুখিনা খোন্দু কল্লপ ঙাঙলকই। পানা কোদাংদু অমুক্তং ওথোক্লগ। সনাতোম্বীনা মখিৎ অনিদু উইরুম উইরুম তৌরদুনা খুম্রকই "ইচেনা করিগীনো বাঙাং খুদিঙগী নপামদা থৈবা নপামদা থৈবা পিথোকপা

হায়বীসিবু ঐবু ইপাষদা কয়া য়াম্না তৌগ্রবগে ?" নহাক নোংমা ইপ্রাম্বুপা অতোম্বদুনা লুহোংবদা মুপ্নতগী লূপা লিশিঙ অমা-থকনি পীখিবা সিদগী হেন্ন ঐবু করি তৌখ্রবগে ? ঐমা পী-রুদ্রম্ন মখোয়ম্ন অহুম হিংবা ঙম্মি। অদুবু হৌনৈ হায়বগী অহুক তৌরুবতনি।

অদুদি করিগীনো নঙনা ঐগী পাংখোমফাবীসিমতংগা লাইরেন ময়াগী খুদোপসিমতংগা কোনগে তৌবদা য়েখাইবীরিবো "ইচেগী তৌবা তৌদবা কায়না" ঐসে বচেনিনেহে নঙোনদগী হায় লৈমিম্নরক্লবা মুপাসিগা।

"ঐস্ন ইচেনি খঙই। মুপাসিগী সেবা তৌমিন্নদুনা পুন্সিচুপ্পা লৈমিন্নগদোরিবনি অদুবু ইচেনা য়ুমসিদা খন্ন' হান্না লৈরম্নে হায়দুনা উশিৎ খৌঙইবিদবদি য়ারোই। ঐস্ন মুপিনি মুপাসিগী সেবা তৌদুনা পুন্সিচুপ্পা য়ুমসিদা লৈগদোরিবনি।"

"এ! ফুবিগে হায়রিয়ো ?

"ঐনা ইচেদা ফুগেমক্তি হাবখিদেনা চুম্নত উশিৎপীদবদি য়ারোই হায়জবতনি।"

"ইনাওদা ব্যবহার কায়বদ তারেনে ঐগীসে, হে তৌওবী ওখাইবী। মীওৎপী! মঙনা য়ুমসিদা হেক লাকপদগী য়ুমসে কাংথোং চাইবমখৈ ওখাইব'রেনে, চৎপীগ্রোনে মীওৎপী।"

"নতিক করিবু লৈরদুনা চৎগ্রো কাইনা, হে য়াঙ্গংবী নঙ ঙসি নশমচু খুদাংদা য়েত্তুনা হাইয়ুরা ? নশমনেনা মনা অনি'হুমথক হৌজরিচু কোরুবা কোইদৎলুরা ?"

"কোইদৎলরোনে সেনে" হায়দুনা ইন্দুমুখনা হৌগৎতুন সনা-তোম্বীগী মনাক্তা চঙশিন্দুনা সনাতোম্বীগী মপামবোম পায়রুবদা

সনাতোম্বীনা ভাপ লামহুন' ইন্দুমুখিগী মশমহু চিংই। মথাং কংজরবস্থ ইন্দুমুখি মরিল থাবী সুপীনি মশমহু পওফোইত কোইনৈ। খুভুমনা পওথাদ থানৈ। ওসিদি থাবী-বা লেত্রব-নিনা কন কজনা কোইনরে খুদাপ খুদাপ ফুক্কৎনরে।

পৈম্না শিন্ডুনা লৈরম্বা মথারোমগী খুন্না চাউভলহুমক লৈরম-দ্রবদি মখোয়নিগী মরক্ত থোকঅবা অমদি য়াওরমগদবনি।

সুমিৎ তাপিল্লকএ বা লান অমত্তা ওানদে তুম্বন তুমিন কমহুনা লৈনৈ। মল্লি মল্লি তৌব মরক্দা সুপ অমথক গেটতু হাংদোন্নকই। সুপী অনৌহু লাকখবোই নিওহুনা হন্নাওজে।

মাঙোল য়ৌরকপহুদ মৈওালহুনা মশক খঙলে মোহোন মুহোরিনি। লাংতক্লনা হান্না হংজৈ সনাতোম্বীনা ভাদা য়ৌরক্লবর ? মোহোন্ন য়াম্না তম খুন্নকই "ইবেম্মা য়ৌরকএ"। "মহাক্তি কদায়দা লৈতৌরে" ইন্দুমুখিনা হংজৈ চাক হাপ্লুরম্নু হায়গে লাকপনি, এস, ও, বিরমঙ্গোলনা চাক কৌরি য়ুমদা হল্লকখস্নু য়াই হায়হুনা পাউ পীগে লাকপনি। চৎলগে হায়রম্লগা মোহোনম্নু চৎখ্রে। অনিমক করিমত্তা হংবা মংঙৌদ্রে।

থারিকসনাগী পোৎকমদা শোয়দনা লৈরমগনি কোথা শোর-দনা তৌরমগনি। ইন্দুমুখিনা মচিন্দ মতোমত্ত মুরুপ-মুরুম শোল্লি। সনাতোম্বীদি থারিক্সনা মশক খঙদে, ইন্দুমুখিদ কমানো হায়হুনা হংবস্নু ওমখ্রে। তুমিন্ন অহুম লৈরে। পুক্লিংদদি খল্লি মতোমত্ত থারিকসনাগী পোৎকমদা কৈদৌরমদোইবা। কমলমবদগী ইন্দু-মুখিস্নু ওসিদি মী থিক তৌরুদবা য়াদে হায়হুনা লালটেন অমা পায়রগা অমমম্বহুদা চৎখি। সনাতোম্বীস্নু লাগুক্ল ইম্নকই। থম্মোয়দা থজৈ থিক তৌবদা মাগীস্নু শরুক য়াওকম থোকই।

হায়না হায়না ফন খেঙলড়ুকাও থারিকস্নাগী পোৎকমচুদা কমচুন কোথা তৌরম্মী লাণ্টেন মৈরিচু শিক্ল লৈথরগা অমচুদা পোৎকম মরুমচুদা মখোয় অনিমক চঙ শন্দুনা লেপ্লে। বাদি অমত্তা ঙাঙনদে সনাতোম্বীদি থরা ঙকপগুম তৌই। ইন্দুমুখিদি মকৌশাগী মহৌশানি অতুম মখন্দে কই মোহোনসু মকমচুদা য়েংরম্লে থংজে য়ন হংই মহোন্দা —তাদা পাউচু পীরম্লবর মোহোন মঙক নেম্লগা খুম্মী পীরম্লে। মখোয় নিগী রামহুদা থারিকসনান চুম্ন হংজে—তাদ করি পাউনোনে? মোহোন ওয়াক্লগা খুম্মী ঐখোয়গী থবক অমগী মীঙোন্দ হায়রুবনিদা ইবেম্মা। থারিকসনা তুমিন লৈজে। ইবেম্মা পোৎকম লোইশিন্নোদনা খেঙলেনে ঐসু থিনজিনবা য়াওরমগে। থারিকস্নানা মোমোন নোক্লুনা খুনজে—"ঐগীদি লাইবক ফবনি অচুদা" ঙাংবা ঙাংনা পোৎকমচু লোইশিন্নি চৎকদবগী।

পোৎকম মরুমদগী মকোক্ত খুমজিল্লগা সনাতোম্বী কৎ খোয়কই। মঙাচৎপী অমা পুখোরক্লগা হায়জে ইনম্মা পোৎকম লোইশিল্লবরা শিংজুগা কংঙোগচু লুপা অনিথক্তগী লৌহৌখিগে। সনাতোম্বীনা তৌরিবচু উবদা থনঙ্গোয় শ্বাই লাউই, বাদি মচেৎ অমত্তা ঙাঙথোকপা ঙমদ্রে। মোহোনসু ফমচুনা অচুম লৈরে। গ্যানদি মরে থারিকসনাদি শিংজুগা কংঙোগচু লৌথোক্‌নবা তমথি। চৎখিরমদাইচুদা সনাতোম্বী হংলম্মী "ইনম্মা পোৎশিৎসিবু ইকৎ কত্তুবর?" থারিকসমানা খুমহোই "থঙদ্রে ইবেম্মা ঙসিগীদি লোইশিনবদা মতারে।"

থনজোমচু মুংগী মুর্ত্তিগুম মনাক্তা থারিবা কান অচুদা ফমচুনা মঙ মঙহৌরে। ইন্দুমুখিগা সনাতোম্বীগা লানটেন মৈরিচু চাউরপ লৈথংলগা চৎখিবচু মোহোন্দী লৈথোক্‌না য়েংহৌই।

মাতোন নাকচিদা হুমাং মরিক মরিক কারকই থনখোয়হ। মথু-ক্তদা মথুৎ নামনা নয়গ তপ্প হায়রকই "পুক্সি থিনগুম লাকুম তৌরকএ তাদ ঙসাইগী মোরোক্ত হেনজিনগ্রমায়ে ঙসিদি য়ুমলোমদা চৎলসিয়া?"

য়ুমদা অমুক লেঙবিথিত্রস্থ ঐগীদা সেবা কজনা তৌজরগে ঙসিদি লেঙপ্রমুবা তাদা। ঐখোয়না তৌজবা সেবাদা তাদনা পেনবীরোই হায়বগীদি থঙত্রেদো। ঐখোয়গুম্বীনা তৌজবা সেবাছনা তাদদি মতিক চাদবনি অচুবু তাদগী আশানি। থাঙ-থক্কি পুন্সিনি ঐহাক্তি কনানস্থ শিঙথানবীদ্রবা অচুবু তাদগী সেবাছু নোংমত্তুং ওইরস্থ ফংজরদি কয়াদা লাইবক কপ্রবা।

লেঙপ্রমুকো তাদ অহিঙসিমত্তঃদি নচলগী থাঙপোক মচাহুদা তুমিন্ন কনাস্থ তাহন্দ অবা সুঙাই বারো শামিন্নরুসিবা।



# হায়দোকপা

কৈবি থমজেৎ মমাই পাক্তক তৌবা অহুল সাইকলগী হেন্দলদা য়ানশিল্লগা পোইলা তারিখ কী মাই গাকপোইনা লল্লকই মধু। লমীদা হিসাপ শুই চৎখিবা শেল কংলক্লীবা শেল পুম জমা তৌশিল্লি। পাখোক্লক্লরগা ইলেম লেমদে। থাক্সুমগী মনুঙদা শোৎচিল্লুবা চুকানগী শেল্লোন, অফিস মমাঙগী কাম্বোনবী ইবেন্নৈগী বাকী, পুম লুপা মরিফুমঙারোম তাই অচুবু লুপা চামাসিদি থাক্তবা য়াদে। তলব অকং খুদিঙগী লুপা চামা চামদি য়াশকপা অমগ লোয়নবা হেক হেক থাকই। মচা নিঙোল অনিনি মং মং নৈথাবী কাদুনা নৈরিবা। নোংমা নত্রগা নোংমদি নিঙোলগী লাইবক্ত তম্লগা কর্ম্মত্ত পাঙথোক্তবা ইয়ামক য়ায়রোইদবা। নিঙোল পোকপা মীঙোন্দগী শেল পুরুবগুমনি হায়না থাইন ইপাইপুশিংনা হায়নবচু চুম্মিদা থম থম হল্লকই। লুপা চামসিদি থাক্তবা মুকয়া য়াদে।

মচাম্নুপি অহন্দুনা মধুনা অফিস কাবা থোক্লকপদা হায়হৌই "কৈবি থমজেৎ মানবী থোংবা চানিংই বাজি।" অতোম্বীচনা হায়হৌই, "ফিশাবগী লং লৌরুদবা য়াদে বাজি।" শেল্লোন ময়ামচু শিংদোকত্রগা কোয়দে। মথঙগী থাম্মী তলবতা লৌহনবা তামে থম হল্লকই।

য়ুম য়োমকপদা মুমিৎ পূঙতা তারে, মল্লে। সাইকলচু ওমাংদা থাম্লগা কৌয়কই, যমুনা নৈ অমত পুথোমতহে কমিমত্ত উত্রে।"

নন্দিনা থাউমৈ অমা পুথোরকুনা সাইকলদা কৈ লেংথি-রগা কিরকপা পয়াক্ল মপা মচা কিশি থোকপা লাক্লে। নচেমা চানিংই হায়রুদা লৈরকপনি পুশিনখো মাদি চাক থোংলিব্রা কৈদোৗরি ? মধুনা নন্দিদা হংই। নন্দি কল্লিমন্তা থুম্লমদে কথি থমজেৎত্তু পুশিল্লগা ইমুংদা চঙখি।

সাইকলত্থু ইমুঙদ ইনসিল ইনসিল্লক্লু মধুনা হায়রকই—নচে চানিংই হায়দুনা লৈরকপনি কবিদো। নঙগী কিশাবগী লংহুদি মথং থাদা লৌরোকো ইবেম্মা হন্দক্তি পৈশাশি কোমত্রে; জুপা চাবদি থাকবা য়াদে। ইমুংদা যমুনা উদবহুদা অমুক হংলকই—নচেদি কদায় চৎত্রে ? মুমিদাংসিদা লৈকায় কোয়প্রব্রা ?

পাউত্থু পাক হায়দোকপা ওমদে নন্দি চুমিন্ন উংহুনা লৈ। মপানা কদায় চৎত্রগে নমহং হংজিল্লকপত্থুদা থুমদবা য়াদবদগী পেরি পেরি থুম্মকই; "ইচে হৌজিকফাও হল্লক্ত্রি।" মধু ইঙক ঙকই. কদায় চৎনি হায়রমগেনে ?" নন্দিনা থুম্মি, "অচুকা কল্লিমন্তা হায়রমদে করম কান্দ চেনপ্লিনো থঙহৌদে।"

মধু গ্যাম মম্মি। মপুক্লিংদা নিঙজিঙ মাঙজিংনৈ, চেম' চোংবা হায়বত্থু তৌগ্রব্রা থল্লি থাউমৈ অকাপ্পাত্থু পায়রুগা ভনচেন চেন্দু-না যমুনাদা হংলুই; "ইবেম্ম নঙোন্দ নত্রদি ইপাগী হংকম লৈদ্ভে অচুনা নঙোন্দ হংগে লাকপনি। লুমা তিম্নবা হায়বু মথোয়-নিভনি। ইচা' নিদি মিংস্নু চপ হেক মা'মৈ মাগী বাদি নঙনা থরদ ওইরম্ন থঙলমগনি ইপাদা ব্রালোৎকমু, মওঙসি ম্নৌমক্লবদি শেংনা হায়দোকউ মাগীসি কল্লিদি থাজৈ কনাদা মাল্লি ? যমুনামু পাউত্থু ভাবদা মথরাই মুঙাইত্তে হন্দক মরক্কী মাগী মওঙ মতৌহুদা চিংনবদি য়াম্ন লৈবনি অত্তুবু মত্থমক্তি লোইনমক শেংনা হায়-দোক্তে ইশম শম্ন থুমকই, মাগীসি বাজি ঐনা থঙবদি কোংবদগী

অমদি লৈবনি অদু নত্তবদি ঐন্থ থাজদে।" মধু্ মথা তারমদে অদুম চুমক্লে। কদায়দনো হায়বা চপ চাবতুমতংদি থঙনিংবনি অদুবু থঙবা ঙমক্তে।

মুমদা হন্নরুগা থাবলদু য়েংন য়েংন উথোক্তেন্দ ঙায়গা বেরি মচৈ অমা চিংতুনা ফম্মি মধু্। লাকদোবা পুস্তি কয়া ভাবনা শাগৎলিবৈঙদুদ হৌখিবা পুস্তিগী বারী কয়া মতেক মতেক নিঙশিঙ-লকই, থম্মোয়দা ইপেন সেন্দবগী মওঙওঙম তৌই মচিন্দ মথন্ত অমুক শোল্লি—"নঙমক হেক লৈজরম্রদি থরম্থ মকগদবা............ মুংশিদা মতমদো........."

(মুমিন্তুম্থ ঙসিগীসিগুম থাবল কৈ। মধু্ থবক চৎথোক্লু্বগী থেংন হক্তিমকপতুদা ঙাইহাক হকচিক লাংবোইনা মাঙোলদা মতোমঙ ফম্মি। থয়োশঙবীম্থ মচা অনিদু পুথোরক্ল্না মাঙোলদা থোরকই। মচাশিংগা পুম্ব থা য়েংমিম্নৈ।)

কয়থ বাহৌদগীনো'বা থয়োশঙবীগা মথ্গা য়েংনখি। কুইনা য়েংনরবা মতুঙদুদা মথ্না করি বাথন্দগীনো থঙহৌদনা খুমদোকখি, "নিঙোল হায়সিদি পেন্ম নঙগী ঐগী নত্তেনে অতোয়্য মপু অম লৈরিবনিনে।" থয়োশঙবী শাউখি, মথ্গী বাহৈদু য়ানিং-খিদে, শাউন খুম্মকই "নিঙোলম্থ ইচানি কৈনো, ঐদি পিবা ফত্তবা পোক্কৌ শরূক ইচা নিঙোল অকবা ঙাক্ত তারিদা পোকচগে।" অদু হেক য়াবা নত্তেনে হয়েংবাই মতম'মদা মথোয়না য়ুমসি থাদোক্ল্না চৎখিবা মতমদুদা নঙ ঐনা খিংবা ঙমগত্রা?

থয়োশঙবী মুঙাইতনা খুম্মকই, "এ-হে, হৌজিকী মতমদদি নিঙোলম্থ পিবাগুম হক চাউনা লৈরেনা, ইয়াম্থপা অকবা অমা খিরগা য়ুমসিদা কোক থমলগা লোইরেদনা।"

ফন কুইনা য়েংখৈ। থয়োশঙবীগী য়াড়ু মধু য়ানিংখিদে। মখোয়নিগী ময়ক্তা খেৎনবা মত থয়দি লৈনরে। য়ারিম্ভুগী লোইশিঘত্থুদা থয়োশঙবীনা মধুদা ওনশিন্দুনা হায়খি, "নঙনা পোক্লীংদ্রস্থ ঐদি ইচানিঙোল ঙাক্ত ভারিদঃ পোকখিবা তারে।" মধু খুমফম খঙখিদে মানা লায়বঙম খঙখি —" পোকউ ইবেম্ম নঙনা হেক পোকনিংবমখৈ পোকউ, ঐদি য়াওরোইকো।" থয়োশংবীমা মোমোন মোক্তুনা খুমলকই; "য়াওদবা য়ারোই নমত্থুনা য়াওহল্লি"। য়ামীত্থ কাগী তাত্থুনা তোক্লখি।

(ইকায় মুংশি য়ামনা থয়োশঙবীসু মতম্বাক্তা পয়গা খোম ইল্লম্বা অঙাংত্থুদা শিং শিং নামবী। লাইবক্তা হাইথয়কপা শয়াং থয়ত্থু খোমগৎ খোমগৎনা মধুদা অমুক ওনশিল্লকই "অত্থু-গনে ঐদি খায়ব্রিসিনি, হয়েং মতম অমদা ইচাশিংসিমা চাউরক্ল-কান্দ নোংমা মথরায়না পাম্ব নিপাত্থুদা চেনখিবা খোক্লস্থ চাউমা লুহোংদবা য়াদে।")

থয়োশঙবীগী বাহৈশিংত্থ নিঙশিঙলু খুদিং মধু হেম্ম নিঙম-লক্তে। মহাকথক্ত নিঙমদনা হৌখিবত্থ মচা নিঙোল অনিসিগী হাক্তক্তা লমন শিংগে থনখিবনি থয়োশঙবীনা।

(নোংমা, থয়োশঙবী থাজখিবগী পাউত্থু তাবদা মধু মুঙাই-খিদে,, অত্থুক কুইমা মুংশিনয়কপা অয়েম্বদা থক তাহম্নিংখিদে মধুস্থ।)মপা মমাগী অনিংবগী য়াংমদা থয়োশঙবীস্থ মধুগীদমক থন্দুনা লেপখি।

হায়নখিব। মুমিৎকী অহিঙত্থুমক্তদা থয়োশঙবীগ্ন মধুগী মতুঙ ইল্লকখিবনি। চেম্ব চেমপ্রদি লুহোংদবী থয়োশঙবীগী মপানি। মপানা চেল্লকপগী পাউ হায়দোকপা চৎলুবদা হায়য়কই, "ঐগী ইচা নত্রে নখোয়না খোকপা তোম্রো।" মুমিত্থুদগী মপানা

থরোশঙবাবু হন্ন য়েংবীরকখিত্রবনি। মমাতুগংদি মরক মরক্তা মপা তাহন্দনা থরোশঙবীগীদা হেক হেক লাকই। অদুবু মমা লৈ-খিদ্রবা তুংহুদদি থরোশঙবীগা মপাগা মরি স্নক্রে লৈনত্রবগুম থনখি। মচা নিঙোলগীদি মমা নত্তনা কনাম্ন লৈতে হায়বদো থরোশঙবীদদি অচুম্বা ওইখি।)

মধু ঙসিফাও মচানুপি অনিদো মমা লৈখিদ্রে থলহন্দনা য়োক্লকপনি। মনিঙ তোৌহল্লি, সুঙাই য়াইকবা ইমুংমক নত্রম্ন মচা নিঙোল অনিগীনি হ'য়রদি থবায় ফাওবা পাম্নদনা হিং-লিবনি মধু। থাগী তলব অফং থুদিংগী তুংশিঙ্করকপা মচা নিঙোলশিংগী অউনপোৎকীদমক্লি।

(মধু থঙ্গানৈ হৌজিকী মতমদা লুপা লিশিঙ মঙারোমতুনা কৈদৌরুনি, অদুবু মশা মিনায় ওইরফাও মচাগী মবুক পেলহন্দবদি য়াদে। হৌখিব: কয়া লাক্লদব. কয়াতুগী করম্ন থোক্লগবা থনব-মথৈ থলুবগা ঈশ্বরগী নোংদম্মি থন ইমুংদা চঙশকই।

যমুনানা, হায়রকপতুনা ইপেন শেন্দবগুম মনাওমুপিং নন্দিদা অমুক হংই, "ইবেম্মা নঙদি নচৌগী সি করিমক্তা থাজবা লৈতব্রা?" নন্দি কপ্লম্মী, মমিৎ অনিতু ইপোম পোমলে। কপ্ল কপ্ল থুম্মকই, "ইচে যমুনাদা হংলুরদি অচুম্বরু থঙবম্ন য়াই বাজ" হংলুরবনি কোংবদা অমা লৈ হায়রকই অদু নত্তবদদি থাজদে হায়রকই মাম্ন কয়া মুম্ন থঙদমাল্লে।

খুর অমত্তং শাংনা হোন্দক্লগা মধুনা হায়রকই "ফরে যোঙানবা ঙাইবা হায়তুনি, করিবু থোক্লগবা?"

ফন থেংলতুফাও মপা মচা তুম্বা য়ানদে। তুমিন তুমিন থঙানতুনা লৈনৈ। সুমিত্তুগী মুমিদাংহুন মধুনা মচাশিংদ অতুক কুইনা লিরক্লবা রারিতু লৌরকই —"ইবেম্মা, নমাদো মানা

নোংমা হায়রবা রাহৈশিংচু ইপাদি কাউবা ঙমদে। নমানা মহাকথক্তা নিঙমখিদবচু নখোয় অনিগী মতমদদি অমুক্তং হায়-চুনা থঙখিবনি! নমাচুদং লৈজরম্লদি থরস্থ মকগদবনি।" মধু কদোমদগীনো মপি তারকই।

মমাগী বা পল্লকপচুদা নন্দিন্নু কপ্পি। হয়েংমথৈদি য়ুমচুদা মতোমত ঙাইহৌরনি থল্লুবদা শুঙাইতে। ফন থেঙলচুকাও মিৎ ককলা অমত্তা উইশিনবা য়াখিদে হৌখিবা কয়া নিঙশিঙ নিঙশিঙ ফমুংচুমত্তদা তুম্মিন্ন, তুম্লমদাই খুদিং শান্নখিব য়ারি কয়া কৈজুপ শুপ্প থুংনদবগী শাউনচুনা কৈজুপ চিংনখিবা কয়া নিঙশিঙলু খুদিং নন্দি তূথা য়াদে। মচিন্দ মতোমত শোল্লি, "হিংচাবীদো ঐঙোন্দনু তাক্লমদে, কদায় চৎলিনো থঙদে মাগী লুহোংবকা অমত্তা য়াওরোই থঙনি……।"

(হৌখিবা কয়া নিঙশিঙ নিঙশিঙ তুথা য়াদ) তুমিন মথন্তু কপ্লিৎঙহৃদা মঙওই হাওই খোংদা খিল্লকপচু তাই। মচে হল্লক্ল-বোই নিঙচুনা চেম্ম্নোক্তুনা খোং হাংদোকলুই। হায়বগা তৌবগা খোং হেক হাংদোকপচুদা মচে লেপ্পম্মী। নন্দি হয়াউবনা পন্দোম লোমখি, ইপ পাখংবা হংই "হমা, ইচে নঙদি ঙসাইমথৈ কদায় চৎলুরিবা? বাজিদি নঙ চেনগ্রে হাধচুনা……।" মচিন্দু যমুনামা তাপ মেমখি বা হৌনা ঙাংনু মী তাখিনি হায়বা মতাঙুম মথুৎ হায়রকই। অদুগা নাশোন পিক্ল হাযরকই নন্দিদা, "তুম্নিন লৈয়ু মী তাখিনে'ব।"

ইচোক চোকথরে, মশাচু, লেপ্প ঙমদবঙুম ইহাই হাইবঙুম তৌরে। চুম লেপ্পশাও বানা উরে। মশম মনাচুন্ন ইফা কারে ইল্লিবা কিচু মচি অমনা লৈবাক্তা চিংলে চেকশিন্ন ইনশিব-

লক্তবগী মওংনি। তহা তহা চেলসকখিবগী মতৌম্ন মাল্লি। মতুংদা মী ভাম্নরকপগুম তুংহন্ন অমুক অমুকস্ন য়েংই। মচেগী মতৌদুদা নন্দিদি পুমওক ওকলে। মচেদা মুন্নত ময়েংই হায়-নিংবা হংনিংব কয়া হংবা ওমদনা তুমিন অদুম লৈরে। ইমুংদা চওলক্লগা যমুনানা য়ান্দুনা পুন্নকপা বেগতু লৌথোক্তুনা ফক্লাংগী য়োংপীদা য়ানশিল্লি মন্দি য়েংগে ভৌবদুদা মচেনা তপ্লপনা হায়্নরকই, "য়েংলুস্ন নন্দি।" চিংননা খন্ন কল্লপ ওাংওলকই নন্দিনা; "অদুবু কন্নিনোবা সিবো?" "বাজি তানিনে য়াদু তপ্ন ওাংওুনে নওবো নন্দি, ঐন হান্নন্নিসিনি য়েংদ য়েংলুস্ন।"

"লাকও তুন্নসি. বাজি তুমপ্রবা নত্রা?" তুমিন হংই যমুনানা। নন্দিনা মওক নোম্নগা তপ্ন খুম্মি, "উম"।

ওাইহাক্তং নেনা তানা ওাইহাক্তং পোথাজবদু ফংবদা যমুনা মুওাইজৈ অদুবু য়াখলদুদি পল্লেফম খওখিদে ইচাই চাইবগুম ভৌই। হাযচৎ হাপোইনন্নবা ওসিগী সমাজসিদ মুপিগী ইজজৎপু কৈস্ন নৈতন খনবশিংদুগী মাইয়োক্ত কন্নিগুম্বা খন্নদি উংনীংবগুম ভৌই। নিওখা তন্ন শ্বন্ন ফাওবা হোজবা ফংত্রব খুন্নাইসিগীদমক অমুকস্ন খল্লি হিপ্লি চাযদুমওাই মিৎ উইশিনবা য়াদে। অমুক কন্ন উবা ফংনি থ জদ্রবা মনাওই মাইথোংদা শংত্রক য়েংই অমুকস্ন নন্দিদি মুওাইনা তুংথত্রে।

নোওানবগীদুদ মপানা হৌদোন্নকই; নন্দি হৌগৎলোনে ইমুং লময়ান্নদুদ চৎন চৎন ওাংই, "ইমুং মাঙ্গোলসি য়াই-রুম খন্ন মতৈথোকউ মী লাক্লগা নোক্লখনি। নওসমা ইবেম্ম য়াহৌ থেংত্রেদা নচেথোম্নন হেল্লিহৈ মশা খিও খিও লাউবা

নন্দি মিকপ খওথোক থোকই। হৌগৎলকপগা হংই; 'বাজি ইচেনি?"

"ইহে ঙরাংদগী তৌরিসি নঙবু ভাব তাদ্রব্রনে তৌরিসিবো? অা মুপা ময়ুমদগী পাও হায়দোকপা লাক্লনিনে রাইরম শিতোক নাপ্লোক্লুনা থবক ইনখাংসি থর লোইশিল্লুনে। মী লাক্লগা নোক্লখিনিকো।"

নন্দি ইঙক ঙকন খুম্মকই, "ইচেদি ঙারাংত হল্লক্লম্লছুবো"

"কৈনোনে মসি অঙাংসি ঙাওরত্র।" মধুনা চৈরকই।

"ঐগা ঙরাং তুম্মিম্নরম্মী ফমুংসিদা অহিং ঐনা থোং হাংদোকপদা হল্লকপনিনে।" ইথা থাজদবগী মওঙগুম মথন্থ ঙাংই নন্দি।

"হায়দোকপা লাক্লনিনে' রাইরম তৈথোকউ হায়রগা মসি অঙাংসিবু তুম্নবদগী ঙাওরত্র কৈনো" – মপানা চৈবী নন্দিদা।

মথন্ত খোইরাং খোইশাউবৈ, মপুক্লিংদু ইচিংত চিবৈ পুক্লিংদ মওল মওল পঙথন্ত থল্লি — ঙরাংত তুমিম্নরম্বদুবু .....

মচেনা য়ানথংখিবা বেক্তু থঙনিঙ নিংশিঙলকই চঙশিন্দুনা লৈ রিত্র য়েংলুই। য়োৎপীদু ফক্লাংদগী খিত্ত' পৈথনা যুংদুনা অদুম লৈরম্মী। ঙরাংগী মচেগী মওঙ মতৌদুদা চিংনদুনা অদুম হল্লকই, মশা মথন্তনা মশাবু থাজদবগুম ফমুংদ চঙশিন্দুনা অমুক য়েংলুই লৈরমদে।

যু যু শাত্তিব' অণা ম'খ'ংনা নেৎপত্তদ নন্দি থঙ্গ্রেক থঙই তিনথাক অমুব ওইরবোই 'নংই। মুশুক মুবত্তনা মতু জাম জোম লাউনা প স্বদু উবদা অমুক্ক কম কিশিল্লকই — কৈ:নোনে সিবে? মুম য়েংলুবদদি থঙলকই অহপ্ল .কোই অম। তাদুনা লৈরম্মী। ইথং থংমা কৌরকই —হো বাজ, বাজি কৈনোমা লৈরে।

মপা মচ' অমনা অমুক পায় অমমা অমুক পায় মুম য়েংনৈ। কনাগীনোনে সিবো হায়দুনা হংনৈ। নন্দিদি করিগুম্বা

থর নিঙশিঙলকপগুম তৌই। মপা মচা ঙকচাননা লেপলি ঙৈস্কুদা থোঙালেলাযদা হৱাগাড়ৌ অমা থঙথাম থামথিবস্থু তাথি। মধুদি হায়দোকপা লাকঅবোই থল্লি। কনাবু ওইরিগবা থন্দুনা লাংভক্লনা মপান্দ থোকখি।

খুৎলায় পায়বা সিকাই কাঙবু অমা মরি মরি চঙলক্লগা তমাং মতোন্দুদা চপ চপ লেপ্লি। মধু শাই লাউই। করিগুম্বা অমত্তা ঙাঙথোকপা ঙমদে। মুঙগী মুত্তিগুম চপ লেপ্তুনা লৈরে।

সিকাইশিংদুমু রা-লান অমত্তা ঙাঙনদে মঙক্তমক ইয়গা ঈঙ্গিৎ ভৌনৈ।

---

## "হিং মিন্নবা"

মহৌশাদি মসিত ভৌবিম্নু হায়রদুনা ফনরাম কয় থিংজরবনি য়াইমবীম্ন ময়াশিল্লকত্রবদুদদি কৈদৌরুনি উপাই লৈতে থিংলূবদি লায়রদুনা মহাকম্ন য়াওশিল্লকএ। মপুরোইবনা অতুক প্যান্না অতুক থবায় য়াওনা ভৌরক্লবত্তুদা মানা মদু পামদে করম্ন হায়রুনি। য়াইমবিনা হায়জবা খুদিং চাওবনা "নসিদা মুপিগী মথৌ কৈম্নু লৈতে চয়েৎনরক্কম্নু অহৈ অপা শায়কম্নু" অসিতনি। য়াইমবী মথা ভারুবা ঙমদে খুমদ খুম্ন্বগা ঙাংদ ঙাংলুরগা মনম চৈ চাজগে তনি। মীফু থৌগ্রবা মপুরোইবনি থঙই। হৌজিক্তি য়াইমবি ঙাঙদ্রে থিংদ্রে মানা হেন্নদুম মত্তেঙ পাঙশিল্লপগুম ভৌয়ে।

পৈথরবা য়ুমথক ইহো হোরবা পিশক পিকপা খাঙপোক মচাদুদা মচা ময়ামগী থৈনকম খিত্তকাও লৈতবা জগাদুদা মখোয় মঙা লময়াইদু হেক থনবমথৈ ফবদুদা ইমুংদু পমথন থনলে পুমফুল ফু'ল্ল। মখোয় ময়াম হিদাক্ত, মোইখৎপা য়াও খম্বোকপা য়াও ব্রাম্নিম্নু ঙাইহাক্ত লেপতে। নিঙাই চাউগ্রবা মচা অতো-স্বদুম্ন মমানা চাক থোংলিঙৈত্তদা মমাগী সেগাদা খোম থকে পম্নিয় পোবীয়ু হায়না নিঙাইদুনকা ভৌশিল্লকপনে চফুগী চখোন দুনকা শোগৎলকপনে চাকথোংবই মৈশানে হুমাং জি জি কাং-লিঙৈ তাঙ্গাদুদা অমুক ফম্নিবা মায়মদুগী সেবা তিকিসি থারকউ, কিহোমসি খোক্লকউ অদু ভৌমকউ অদা ভৌরকউ ঙাইহাক্ত হুমাং হন্দোকচব ঙমদে, পুক্লিংদদি খোয়রাং খোইশাউনৈ মাইমবী। অদুবু তুমিম্ন করিমত্ত ঙাংদনা তিকিদু অদুম থাখি কিহোমদু অদুম খোকখি।

মিশানা পাল্লক্লবা মতুঙ ঙাইরাক লৈরগদি ময়ামচু ঈশৈ শকৎময়কপা য়াও যারিদা উংনবা য়াও লোইরে। অমনা হৈ-জ্রাংগী মশোন্দুনা ঈশিং হাপলম্বা গ্লাসতুদা ঈশৈগী তান থাই। য়াইমথীনা থর'ই যাজে, কিনা হায়জে, "গ্লাসতু কায়খ্রনি তাম থাবতুবু অতুদা নত্রদি লৈত্রবরা কৈনো"। ফম্বদগী হৌগত্লনা কাংথদগী কৌটা অহাংবা অমা কোয়খি থিরগা পুথোক্লনা পী। চুম্ম পীবা নত্তে খোইদো শাউনিংবা'মা য়াও ময়ামতুগী মনাক তাম্ম লৈরং মথোঙতুদগী ক্রোং ক্রোং থোক লংশিল্লি। ফম্বা ময়ামতু তাপ তাপ মুমৈ কৌতাদু ঐ থাগে তান্দু নঙ হৈরোই, অমনা মুক ঐ য়াম্ম হৈ ঐ থাগে। ইমুংতু মুম্ম তাদবা ঈশৈতুগী খোনজেলনে তানদি চাদন, পংমৈত মৈবগী কৌতা মথোলতুনে পুমনিল নিল্লি। কামথোরকপা মৈথুতুনে চাকথুমদগী শীং চাক্তবই মৈথুনে পুম্মম মম্মী। মুৎশি মুৎশি থানবা পোদোন্দুদি মৈথু মরক্লদা তন্দে মান্দে অতুম চাক্লি।

থাইনই য়ারি কয়া পুথোক্লনা শানৈ। মখোন্দু লুম্নপ চাউরপ মযাম মরক্লদগী চহি থজিক লৈশিল্লবতুনা হৌদোরকই- থায়ন মযাংঙৈ হায় তারে ঐখোয়ন অঙাং ওইরিঙৈদদি মুংঙাইরমশ্র-বনিদা ফৌ শংবাইদ! শিকতনি পিরম্বা, লৌ পরি অমগা শয়েংগা ওরথোক্লনা চারম্মীবনি, ঙাতোন অভেকপা পৈশা মরিগী মী অহুম চাবা ঙম্নমদবনি। হৌজিক্তি পুমঙন ঙম্লেদা মতমসে অমনা অমূক বা পাংশিল্লকই হৌজিক্তি ঙাতোন কায়তু মথল তাঙবদি লায়য়তুনা চাগে হায়বদ: থিবধু থঙজে, ফদিগোম মকা অনি অহুমত পুনবত্তুম্ম পৈশা কুম্রা নত্রগা থিতং চাউরগা মথায়-নি'নে। মৈতৈ ঙমূকায়তু উথিম্রে দেশকী ঙানা থাইরথন্দ থৈদেমসে

পীক থল্লে । লৈবু লৈখিদ্রবাল্লে মৈ:ত ঙম্ কায়দো অতেকপদ চাবদা ঙমদত্নবা ভোঙ্গং শেমন্থন নত্রগা লীরৌ শেমন্থনা চানবম্মীবনি হৌজিক্তি মথক্ত অমুক্ত য়েংগে হায়বফাও থিবা খঙজিল্লক্তে । লুপ্রেদা মৈত্রবাকসে হিংদৌসে—পুম্না পুম্নানদা থাইনই অহম লমনশিংবা হায়নবত্ন চন্দ্রিদা । ধর্ম্ম কায়শিল্লক্লে ধর্ম্ম মাঙশিল্লক্লবনিনা চৎনবী কায়ক্লে । মচিন মনাউকাও নুশিনরক্তে অপোকপী মমাকাও হাপ্লোকপা ঙম্নরে । লাইনিং লাইশোল ওল্লে পুম্নমক পুমওম ওল্লেদ । অমসা মুক ঙাঙ অমনামুক য়েৎ অওক অথোম বারীত্নবা ইমুঙত্ন পুম্নাও লাঙই ।

য়াইমবী থোইদো চাকই ॥ অঙাংগী নিঙাইনে ঔশৈগী তান থাবগী কৌটা মখোলনে থাইনই রাথী রাকোয় ময়ামত্নবে য়ৌ য়ৌ লৈফম খঙদে । ভোক্লো হায়জবদি ঙমদে মভোমত থোইরাং থোইশাউনৈ ।

নোংমাই মতুঙ থেংজিল্লক্লবা অত্নদদি ময়ামত্ন হয়প্রে ইমুংত্ন উব-য়াইমুক চিকঅবোট নিংই । রাচেৎকী কাংথক্তুদা কৈবা য়াও য়ুংবা য়াও ভুমলিবা মচা ময়ামত্ন উবদা য়াইমবী পুক্লিং নুংশিরকই । ইঙাও ঙাওনা চাউবনু য়াইমবীদ নুতিগী ভোদবা য়াদ্রবা মথৌশুম ঙাঙবমখৈ ঙাঙলম্নগা হিপথপ্রে ।

য়াইমবী খুম্নবা ঙাঙলুবা য়াদে রা হত্নগী মইয়োক্ত করিগুম পাউখুম অমত্তং রয় জগী লিংথোকখিবা তায়বদি অহিঙত্নমা তুমকম খঙদমখৈ কপ্তুনা লেনবা তাবনি । থা চিক্তনা খাঙহৌই । চাউবগী মীচৈশিংত্নগী মরক্ত রাহৈ অমত্তংদি নিঙশিঙলুবা থুদিঙ ভুজুংলকই । উপাই লৈত্রবত্নদা য়াইমবী ঔশদা নিন্দা ভোজরকই “অমম অঙান থায়রিবা ঔশ্বর নঙত্নদি থঙলরমগনিকো” । মিৎলুত্নদা খনকম খঙদবা রাখলত্নগী ইচেল ওই পিরিক অনিথত্তং

নাম্বরকই। চেক্‌পা মুংকুপ হোনবতদা হুবাৎলবা খুৎশাডুনা ভপ্ন ভৈভেথোকচৈ, হম্বনা য়েংলুবদা পুক্লিং শুংশিন্নকই য়াইমবী মতম অমা ভনৌ ভনৌ ভবোব ভবোব লাউরম্বা খুদাং য়েংবদা কিভম মায়রম্লে মুংশা মরক্তদা থৎক শুবদা কাহৎলে। লৈশারৌচৈ মপাবদা লৈরিচৈ খুজিন্দু চুশিনখিনি হায়দুনা অবোৎপা অমত্তন্ন তৌরক্তবনি য়াইমবী। কোন কেংলদি খুজিন চুই হায়দুনা মমাগা খৎনরকপনি। করিগুম্বা মমানা চৈদুনা তৌদবা য়াদবগী কেংবা তরবয় হেক লৈ'ইবগ খুজিন চুই হায়দুনা চম্প্রানা ভকখোত্তুনা থমজরকপ খুজিলত্তবু পুমচু চুরে। য়েংবদা মশাগী মখুৎনি হায়জনিংদ্রে। মুমিৎ খুদিং শম্বে মনা, চম্প্রা, লালুকোক নবাব মকু হাপ্তুনা ফুৎচবা চিংহিত লুজরম্বা শমশিংদু হৌজিক্তি শমচেৎ য়াবন অমত্তনা নোংমত্ত হইদোক্তনা হাৎলুবা শংজদ্রে। ঈ খাংনা তৌরম্ব যাইথোং কুচু ওল্লে। নিঙশিঙলু খুদিঙ মতোমত্তা থোক্নাং থোয়শাউনরকই পুক্লিংদা খৈন্ন মথনতা "হায়ংদগীদি চৎলরোইদ"। অদুবু চত্তবা তারদি অম্নক য়াখা পুকয়াবসিদি করম থনবা। য়াইমবী মথনত মুরুম মুরুম শোল্লি, নঙবা খন্নোংবম খজৌ ঐ থবক শুবা চত্তবা য়াদ। মওল মওল চয়েৎনবা বাখল ময়ামদুনা লাকহত্তনা অহি দু হৌখি।

নোংঙানবগীদুদ চাউবা ঙনতা হৌগৎলকই। মফি মরোন তনশেৎ শেৎলগা য়াইমবীগী মোনপাক মথাদা মাশল্লকই। য়াইমবী কিন হংদৈ কৈনো খিবিব্রিদুবা? দুরিগী খুৎপাই খেন লৈত্রে খরা লৌখিগে তৌনি। নোখি নোখি ঙাংলকই, "কোন্ন' মুক শিংজনবিগে কৈদৌগে ঙারাংগী খুৎশুমন খরদি লৈজরমনিদা নঙগীম্ন পীরক্তবরা।" মরি মরি ঙাঙথরকই চাউবা। য়াইমবী খুমকম খঙদে তুমিন হুম লৈ, খাখা নংহৌদে মোন-

পাক মথাদগী পৈশাক্তু কৎ শংত্তোকখি। মাইমবী হৌগৎলগা খামগে ত্তৌবা নংহৌদে শৎত্তোকখিবদুনা হানখি। হোয়েনগী চেংদি কদা-য়দগী ? মাইমবী কিনা হংজরুই। ইশম শম্ম খূমলম্মি চাউবনা "ঐ পুমকে"।

ঙাঙবা শকপা নংহৌদে অপাম্বদু কংলবদুদদি চাউবা হুম্না য়েংলমদে ভুমিন চুমজিং অদুম থোকপ্রে। চৎবা চৎনা লাউরম্মী 'হোয়েন সুমিদাং ঐনা মরুপ মপা ময়ামদুগা চৎং-মরকপদা ঙসিসু শাউরং সুংলংবনা হেক ত্তৌরমলদি ঐবু কত্তে হায়রুকো'। ঐগী অয়ুকী চাক হাপ্লুসু হল্লকখরোই। মাইমবী খুমদে ঙাঙদে পুক্লিংদদি মওল মওল খলহৌই ঐবু সুম্ম সুম হিংখিদ্রনে. শিখিদৌ থরারনি হিংলিঙৈসিদদি ঐস্থ অখিকার খগুং লৈনা হিংনিই শিরগা শিঙ্গেদনা।

সুমিৎ তাশিল্লকপএ। সুমিদাং ওইরকনি খুনবদা ৱাজরবা মাইমবী ঙসিগী সুমিদাওুমদি য়ৌহম্মিংনা ঙাইরকপনি। সুমিদাং বাই ওইশিল্লকপহুদা ইমুংগী থবক কুপনোম ময়ামদু ভনচেন চেন্দুনা হোৎনজৈ. হিংমিরবগী অখিকার অমম্ভং লৈ হায়বদু চাউ-বদা খঙহম্মিংব কুইরবনি ডাঞ্জদু ঙাইরকপস্থ কুইরগনি ঙাসিদি ডাঞ্জদু কংলে।

সন্ধ্যাগী থুপ থাউমৈ কৎথেক্রুরে মচা ময়ামদু থেমদুনা ভুমহনপ্রে। মাইমবা নিংবা থুংবগী পেপ্পব মিকুপ্ত য়ৌরক্লে কাং-খদগী লুবাক মচাদু চিংথোক্লে। লমহাষদা কক মচ দু কৈনা থাজি প্লে মিকুপ্তু মক্তুংদি মাস্থ নিংখা ভম্ম খোঙ্গাই চন্দুনা কমথরে। মরক মরক্ত মপানগী খোংলোমদা কুকেৎ কাকেৎ য়েংই মখোয় য়ৌরক্লরা লুবাক মসুঙদুদগী অমমমত ওইনা লৌথরে কংক্র,

শাফি, গঞ্জা, হিদাকমনা মাঙদা থেন্দুনা থম্লে। গাঞ্জাদু মরু মখোক মহ্মোকপা য়াবমখৈ মহ্মোক্লে তনৌ তনৌবা খুবাক্কুদা হাপ্তুনা খুবৌনা নোইবা য়াবমখৈ নোইরে। হিদাকমনা কাপচিল্লে তখেল্লাঙ মচাদু পায়দুনা উকক্কুদা হৈবোই হৈতবোই ককই মুত্তিগী উথিবদুদা ইরায় লায়না হৈরমদৌবোই নিংই ইঞ্জাং শোইবগুম শোইবা য়ারমদে খুবৌগী মতোন্দ থাংনা শোকখি। চেম্বুরকপা ইদু নাচুংলুদে হিদাক হাপ্তে ফি মচা অমা শেত্তৎলগা কোক পুনশিল্লি হাই-দোক্কুনা লৈব খোংলোমদা হায়ফেৎ য়েংখোকই হৌজিকক্কাও মখোয় য়ৌরক্কে। মৈরুদু হাপচিলগা কংক্রুদা গঞ্জা অশেন্দু হানজিল্লে। তিফি মচেৎ মচা অমা পোদোনদা চুরে তপনা কং-ক্রুদুগী মথক্কুদা থাজৎলে।

ঙাইহাক লৈরগদি চাকথেক্লবা গঞ্জাগী মৈখুদু কংক্রুদগী মরি মরি কায়কই। মনমদু তাবদা য়াইমবী থম্মোয় তনিক তনিক্লকই। মৈখু কায়বা কংক্রুদু মমিৎ অনিদু শংত্রিক য়েংই। মচিন্দ মতোমত মরুম মরুম শোল্লি, “নঙগী রাখোত্তগীনি ঐনা অমুক য়াম্ন বারিবা নঙনা অমুক মীমুংশি থর্ত্ত্রবা করিগীনো? নঙনা ঐবু অমুক রাহল্লিবা করিগীনে? ঐনা ব্রায়গা নঙদি পেল্লরিনি মুঙাইররীন। ফে নঙ পেল্লো নঙ মুঙাইরো।”

কংক্রুদু তপনা থাজৎলে। মনাক্ত লৈরম্বা শাফিদু মনিংদা তপন য়োমশিল্লে। হৈবোহৈ হৈতবোই মথুৎ ওইনা কংক্রুদু পায়রে মথুৎ য়েকি খুৎশা হরিদুনা কংক্রুদুগী মনিঙদু ওইগী খুবাক পায়না য়োমশিল্লে। কংক্র মনিং মপাগী খুৎকী কায়ক অতোবদুদা লৈজবী থাদুনা অমুক্তং চিংথিল্লি থঙ্গং য়োবমখৈ। অহানবগী খুৎচিংদুমদি ফনয়াম শাথীন, হাগুম তৌই। পোকহৈদগী

মৈথু অমুক্ত শিজন্নরক্তবনি য়াইমবী। খুৎচিং অনিরক অহুন্নক শুরবদদি পঙচিংত চিংশিল্লে। মৈথুন্তুনা থমুংদা দক দক ফুন-গৎপা অমা য়াউরে য়াইমবী লেপ্তে লেপ্তনা চিঙশিল্লি পেনবা বাইদে, পেন্নাইদবীগুম।

চাউবা শাউরংবনা হল্লকই। চৎলুবা থবক্তু মঙ্গোল ওইরক্তে সাইকল অমনবক্তুম্ন মৈদোহোরে খোংনা তন্দে মান্দে খোইদৌ শাউনিং শাউনিং হল্লকই। খোইদৌ শাউনিং শাউনিং হল্লকপদুনা খোঙ্গাল য়োৗরকপদুদা তোম্বগী রাদু নিশিংলকই "তাচাউবা নখোয় ইতৈমদু হৎরেংদগী থবক শুবা চৎহল্লরমু মখোয় থবক শুকমগী ঠীকাদারদু নহানি লমচৎ কাম্বনি। মাগী রান্না য়ায় নৈ ইতৈমদু চৎহন লাকহল্লরমুকো।" ঙসাইবথে দুরিগী নিশানা উংলিতৈদুদদি থওইনা তারমদে তোম্বগী রাদু। তোম্বনা কাপি তৌ-রম্বদু থঙনিং নিঙশিঙলকই "নখোয় ইতৈমদু মশক ফজবল্লিকো।"

য়োৗরকপদা খোংদু ইহাং হাংদোক্লুনা নৈরম্মা করিগীনো থল্লি। খোংজিন কানশিন্ন চৈবা হোৗরকই করিগীনো খোঙসি অশুক লাউনা সেবাক ফাকপমথৈ হাংদোক্তুনা থন্নীসিবো কৈদৌরগে। খোংজিন কানশিনবদা উরকই য়াইমবী কক মথক্তুদা লোংনা হায়থদুনা নৈরে। মাক মরোল মফম খংদ্রে কাদোক্লবা শমন্নামদুনা মাইথোংদু তগ্রায় অমদি খুব-জিন্নি। মশাদু হুমাং মরিক মরিক কাই! চাউবা তৌরম-লিবা ফিভমদু হেক উরুবদা হকচাংগী মিহুন চোংলকই। নিংদোল তিং তিং চোংই। নিশা পাল্লবদু পুমহন হনগ্রবগুম তৌই। মনাক্ত চঙশিনে ফিভমদুদা মিৎ অনিদুনা মুম য়েংলুবা ঙমদে, মিহুন চোংবা সুম হেনগৎলকই। বা ঙাঙথোকপা ঙমদনা অদুম লেপ্তুবা নৈরে।

“নঙদি পেল্লরিনি সুঙাইররিনি, নঙ পেল্লো সুঙাইরো মঙনা মনাল্রা ঐবু অস্লক হাহম্বা অস্লক মীসুংশি খঙদবা……মতৎ মতৎ শম শম্নদনা চোইরোলগুম ঙালকই য়াইমবী।

মনাক্ত চাইথোক্লুনা লৈরম্বা গঙা, হিদাকমন', তুদ্বুনা লৈরিবা কংক্র, মনিঙদা য়োমশিন্দগী মপোপ কায়ন্ত্রিবা শাকি মুম য়েংই। মাদা হুমাং অনপ্পি কারকই চাউবা। চিংনরম্বদু হেনজিল্লকই। মচিন্দ মভোমত শোল্লি — “ওস্লোক্ল লাকচনবু তৌরমগ্রেদা, মখোয়-মক্লস্ত। মথা চিকই – কৈ অত্তবুদি খঙগনিদনা। ফক মথক্লুদা লোং-না হাইখদ্বুবা লৈরিবা য়াইমবীগী হকচাংহুদা অমুক য়েংলকই। নাতোন নাকচিদ; হুমাং মরিক কারম্লে। মচিম্বান প্রক প্রক কংল ম্লে। হেন্র মিপাইরকই মওল মওল খল্লকই। য়াইমবীগী চাইথো-ক্লুনা লৈরিবা লুমাংগী শমদু ভাপ পায়দ্রনা চিংখৎল্লি—“লমচৎ নাইদ্রিবদি নঙনি, নঙনি ঐমা চাম্ন লোইশিন্নমগদবা” মখৌরিহুদা মখুৎ নামনা কম্ন চপশিল্লি। ইক ইক লাউরকই য়াইমবী শ্বর ফুনগৎলকই। মমিৎ উইক্লুম উইরুম পাঙথোরকই মচিন্দ ঙাঙথো-কপা বানা ঙাঙলকই—“নঙ পেন্দ্রবরা মীওৎপা?”

চাউবা শ্বাই লাউই হেম্ন চিংনরকই মখুৎতু লৈজবী থাদ্বুনা মখৌরিদ্রুদা চপশিল্লি মসিত মহাংলগে। “সিরেনেহে হিংচাবা” মখুৎ ওইদ্রনা চাউবগী মমাম্বদ্রুদ ইম্নে'রকই। খুবিদগী চেনম্বরকপ ঈদু চাউবগী মথায়দা তৈরকই, ইং ইংলাউবা কাওরকই য়াইমবীগী খুবীদু ঈ ঙাক্ত ঙাইরম্লে।

কংশিল্লবা ঈবিক খরা লৈবাক্ত তাহনা লৈবদু উরকই চাউবা। মুম য়েংই। গঙা ককপগী উকক্ত ঈ লৈদুন লৈরম্মী। থাঙ্গৎতুনা মুম্না য়েংই।

মরোল কাইনা ঙাংলকই “কংক্রত্ত অমত্তং শেম্লকউদনা ঐ শেম্বা কম্না হৈকাম্ভে. হিংমিম্নবা তারদি সুম্না হিংমিম্নদৌনি।”

চাইথোক্লবা শমদ্রমা তত্মাব অমা কুপশিল্লবা য়াইমবীগী মাইথোংহু চাউবা শংত্রিক য়েংই।

# তামথ্রবদা

মতম কুইনদই কক্লক্তুব অশাঙবা শম, জবৌ জবৌ লাউবা শাংলবা খদাংগী কোই, চিম্বাল কুপ্শিন্ন হেম্বরক্লবা নাভোনশুমাংগী কোইয়াম সুংশা মরক্তদা চৎপদগী কাথেক্লব কুচু—মিংশেল য়েংবদা ইশাগী শক্তম ইশানা লেপচবা ঙমদে। শককমসিত হোংবত নত্তুমা পুন্সিসিন্ন ফময়াম হৌখিঙুম তৌরে। মতম্ন পুরকপা অহোংবচুনা ঐবু কনয়াম ওলহল্লে। হৌজিক্তি পুন্সিসে অস্তম্ন হিংবসিনন্নুম হেন্ন হৈনবা অমা কাওরে।

অহানবদদি কনয়াম ইকায়বা কাওয়ম্মী। হৌজিক্তি ইকায়-ক্লত্তুনা কৈদৌরুনি খন্দোক্লে অহাঙবা চাকখাউসিগীদমক খম্বদা ইকায়বা থাদোকপা ত্তাবনি। মুন্ন খম্বক্রুরদি হিংনবই লানকমদা হিংনবগীদমক ইশাগী হৈনবী থবক্তা অচোপ—অবেং থিরুবগী কান্নবা লৈরমদ্রে। হান্নদোকপদা শাথীনা ইকায়বা থবককাও হিংদবা য়াদবদগী অদুম মত্তৌনৈ।

অহাম্বগী মতম খরদি কিন মাই থূংনা য়েংশিন্নপা মিৎতমক কাম্ভোক্লগা ঐবু মীনা শকখঙনখিদনবা হোৎনরম্মী। হৌজিক্তি কিত্নুগী মহুৎ অশাঙবা কোইয়ামদুনা শিনদ্রে।

পিশক পিক্লিবৈঙদগী চাক পুখম অমত্তুদা চামিন্নরম্বা, ফুলগী ফাল অমত্তুদা কম্মিমদুনা তিম্ররম্বা ইমান্নবা কয়া উন্নবদা ঙক্তমক ইন্নরগা ভোক্লে। মাইয়োক্লনা থেংনখিবমক নত্রংদি ঙকফাও ইন্নদনা অদুম থৈনাখিবনু য়াওই। ঐগী ফিভমসিনা

ওইরম্নু য়াই। কনয়াম হোংলে হায়বসি ঐহাক ইশামক্ত নত্তনা মখোয়নস্ন খঙবীরম্নে। হৌজিক্তি ঐহাক নোং-কাদোক থেংনবা মরূপ্ন পুন্সিগী মরূপকুম খন্দোক্তনা অরা মুঙাই য়ারী কয়া লৌনদুনা হিংলে। খন্নরুরগদি ইত্তোমত্ত পুক্নিং মুংশিরকপা মতাওস্ন য়াওরকই।

মুংশাদু হাইকেৎ শাই। অশোম্বী হন্নবীদুনা থিন্দোকপীরুরগা কল্লকপদা লমলোং অহুম কাংবদা চৌরিবা খোংনাংবোট অদুগী মখোঙ উরুমদুদা ঙাইহাক হুমাং হন্দোকপোইনা পোখাই। রিক্সো গাড়িচু উরুমদুদা থৌজিন্দুনা খামজিল্লগা মনিংগী সিটতুদা কমদুনা খোঙ অনিমক শাবন মথক্ত থাঙ্গত্তুনা শাংনা তিংথোক্তুনা হিপথৈ। মাইদগী চেত্তরকপা হুমাংদুনা কোইয়ামদু পুমচোৎ চোৎলে। ফুরিৎখাউদগী রুমান্দু লৌথোক্তুনা হুমাংদু তৈথো ক্রুবগী রুমন্দু তিংথোক্তুনা স্নম য়েংলুই, কনয়াম শাথীনা থোৎলে। মচু ইথোক থোক্তে অদুবু শংবায়বা মচুগী ডেমসি লংবা লোলখিবা ময়েকতুদি অদুম লৈবি—'আশীর্বাদ'। পুন্সিসিদা মহাক্ত আশীর্বাদতুমক্তং পীরম্লগা চৎগ্রব্রা………… ?

চৌখিবা পুন্সিগী য়ারী কয়া হঙৎবা য়েংলুই, মচোই মচোই তায়রম্নে। শকথঙনরম্মী হায়চুমঙাইরে হৌজিক্তি থেংনরস্ন উয়বদা মহৌশাগুম কৌনখিনি ছায়বা থাজত্রে।

মুখিক্তুস্ন ঙসিগুম মুংশা ওথাক শাই। ওল্লাং ওনশাউনৈ, পোখাকম ইথঙ খঙদে। মুংশান ওয় শাবা হায়ত্থ থোকই। ঐগী অচিকপা কাচুদা অচাইবা য়াখল কয়া মকাং মকাং থন্দুনা ইত্তোমত স্নম কম্মী। কক্লাংদা ঙাহুনা লৈরিবা মচু শংত্রিবা ক্যেনভাসতুদা মিৎয়েংনরুই। বিলাগী অয়েকপা ফোটোনি, অসি-মত্তংদি লোইশীনবীগ্রসিরা স্নম থল্লুই। মচু থয়দং য়াৎপাদুদা

লোইশিনব ইচম ওমদনা লৈরবনি। ওসিগা অমুক লোইশিনবীত্রদি অমুক্তোইবা শাউথনা লোইরম্লনি। ঐনা হয়েং লোইগে হয়েং লোইগে হায়দুনা যৈখোকপীরকপা কনয়াম কুইরে। খল্লিদৈজুদা কদোমদগীনো বিলা ফৎ কাওরকই। মুমিৎতুমদি কেনা লাকই, নোকমি নোকমি ইনাক্ত প্রপ প্রপ্ চঙলকই।

"কদোমদা চৎলুইনো ? মঙগী অয়েকপা লাইসি লৌবা লাক-ইরো ? য়াম কেনা লাকইনা ওসিদি – করি থবক্তীনো ?" মরি মরি ডাঙথরুই।

ইনাক্ত ঙেক কমথরকই, নোকমি নোকমি ঐঙোন্দ য়েংই বা-লান অমত্তা ডাঙদে। বায়রৌরল্লনি খন্দুনা থেমতিল্লুই, "হংচিত্ত্ শোয়দনা লেংইরগে বিলা, নঙ শাউরম্লকো অদো শমক্র অমত্তংদি কদায়দা নমসেবা ?" ইশম শম্ল খুমদোরকই "নহুই বাকা লায়রি ওসিদি ইবানি বজার চৎলুদবা য়াত্রে, হোগে লাকপনি।"

"কৈদৌবা ! মুংশা অমুক শাবা মরকসিদা ?"

"পোৎ থরা লৈথিম্নরুসি' ভৌনি।"

ইচম চম মওঙদা ঐনা কাগি ভৌরুই, "লিপস্টিক্লা, পাউদররো লৈদৌরিবো নত্রগা নেল পোলিস হায়দুরো ? নখোয় মুপিশিংগীদি মকে শেম্নবা ওইরিনি লৈদৌরিদো। কৈনোমত্তং লৈৎগীম্ল বজার চৎলুসি হেক্ত মহায়, নতোমত্ত চৎচবা কৈদৌরবা হা ?"

"ঐগী নত্তে ইবুঙো লৈদৌরিসে।"

"এ ! কনাগী লৈবীরুদৌরিবা?"

"মঙগী।"

কৈনোনৈ বিলা নঙনা হায়রিসিবো? ঐগী লৈদৌবা পোৎ লৈত্তে ঐদি পৈশাম্ল লৈতনা, বজারম্ল চৎলোয়। ঐবু বজার

চৎল্লুনি হায়ব্রনে নঙোম্দবো ?"ইশা ইতোমতনা ইশা ইথস্তবু কাউথোকচরুবগুম হংলুই।

"কায়পোৎ নত্তে চত্ত চৎসি' নকি শেৎচিল্লো ঐ ঙাইগে"।

মানা নমদ্ধন পুথোকপীরকএ। লাইচম্ন চেম্বগুম ঐস্থ মতুঙ ইমদুনা থোমিম্নরকএ। লাইচম্ন চেম্ব মীনা অমুমুক জ্ঞাব লাক পগুম লম্বীদা ফাগি তৌরুই "বিলা নঙগীসি ঐঙোন্দ লংনদোই তৌরিরা ?"

"পুক কত্তবা তৌনগুমসি"—চিনবাল কাঙনা পৈথোক্ত্না খুম্মকই। মাগী অচম্বা থম্মোয় অচম্বা পুম্সিদ্রুগীদমক থল্ল্রদি ইতোমত কল্লকই। মাগী পুম্সিনা ঐঙোন্দ হেম্ন চম্ন লোইনবগুম তৌই। অদুবু মাগী মিৎয়েং মাগী মিনোক্ত্গী পাউথোংদি ঐহাক ফোঙব ঙমখিদে। লম্বীদা চৎনা চৎনা হোৗরকই, "ময়পানেনা রিক্সো অমত্তফাও ফারকপা ঙমপোৎ নত্তে।" হায়না হায়না মাঙদা লৈরম্বা রিক্সোয়ালদুদা মানা হৌনা কৌই—রিক্সো, হোরিক্সোয়াল......।

"রিক্সো, হো রিক্সো'র'লা ......, ফনয়াম কুইনা কৌরম্ন‑জাৎনি। হম্ন য়েংথোক্ত্রবদা ইনাক্ত লেপতুনা লৈরম্মী। পোগলস মনুঙদগী মিৎ অনিদ্রুগা মিৎচানরুই। ঙাইহাক্তংদুদি ঐ মঙলা‑রুবা মীগুম হকচাংসে খাই লাউরুই। নেভিল্ল মচুগী শারিদ্রুমক শেৎলম্মী। ঙকচাননা লৈরিগৈঙদুদা ইনাক্ত নক্ত চঙশিল্লগা হায়‑রকই, "বজার চৎসি, বজার বজার...।"

মঙলারুবা মীবু হোৗদোক্ত্না অমুক গ্যান ভাহনবগুম মহাক্তী য়াকৈদ্ধনা মিকপ থোকহল্লে। ঐস্থ সাখন মথক্ত্দা কাখত্তুনা কয়ে। ঙাঙনা ঙাঙনা রিক্সা মথক্ত্দা কাখৎলগা ঙেক ফমথরকই। নিপা মাখব মতৌদ্ধ হোংলমদ্রি। মতোমত

য়ায়ৌরপ ঙাঙখিবদু হায়কেৎ তায়, "মুপানেনা রিক্সো অমত্তকাও ফায়কপা ঙমপোৎ নত্তে।" ভৌরিসিবু করিনোনে থম হায়ফেত্তং য়েংথোক্লুই যাগী অমত্তুসু রিক্সোদুদা কাখৎকদৌ'গী মখোঙ নামা থাঙজত্না লৈরম্মী। মখোয়নিমক কাখৎপগা অদুম থৌরা হৌরে।

মঙদা, অহাঙবা অতিয়াদা পাইবগুম খুনেৎতু লৈবা কাউ-থোকপা য়াওরুই। কাউথোক্লুরবা হৌখিবা থৌদোকী বারি কয়া মিৎমাংদা উরকই।

মুমিত্তুগী রিক্সোবালাদুসু মবুক মপাউ ফৈ। বারা শায়বা মুঙাই। বিলা ঐখোয়নিগী বারোদা মাসু মরক থত্তুনা মতেং হেক হেক পাংশিল্লকই। ঐনা হংল্লুই —

"রিক্সোবালা নখোয় নোংমদা শেন কয়াদি ফংই?"

"য়াম ফংদেদা, লুপা কুনমুক্তি অদুম মফংই। অদুসু গাড়ি অরাইমল লুপা মরি পীথোকপ্রগা থরমুক চাথোক থক্তো-কপ্রগা লুপা তরামুক্কাদি অদুম লেম্মী। নোং-ফাদোক লুপা কুনমুক লেম্বসু য়াওই।"

"অদুদি য়াম ফৈনে, হা?"

রিক্সো'রাল'দু মোমোন নোক্লকই। ঐসু ইচম চম মঙোন্দ মুম হায়রুই. "ঐসু রিক্সোদুম থৌত্তারিয়ে"

"থৌরোহে নঙ ঙম্মগা, নঙনা রিক্সো থৌরদি ঐদি মুত্তিগী তোংত্তারিয়ে।" রিক্সো'রালা ঐখোয়নিনা বারি শায়ব মরক্তুদা ঐঙোন্দ ওনাশন্দুন ঙাঙলকই। ঐনা রিক্সো থোগে হায়রগা মানা হেয় শাউরকই। থৌদ থৌরবদৌন ঐঙোন্দ ঙাঙলকই।

মত্তৌ য়েংনিংলদুনা হায়রুই, "ঐখোয়দি লায়রবনিনা নঙ থাকপা ঙম্নবনি থৌদোইসে, নঙ থাকপা ঙম্নবা........."

"কনা থাকপা ঙম্নবমোনে রিক্সোরালা?"

তুংলোমদগী হংলকপা বাহঙচুদা জ্জান তারকই। ঐ চিনবাল লাম চোইরোল লোল্লুরে। ওহ! সোরি। অমুক নমহং হংজিল্লকই, "কনা থাকপা ঙম্নবা থৌরিনোনে?"

খুমকম খঙদবা বাহঙচু ঐস্ত ইশম শম লোইশিনখি, "কনাম্ন নত্তেদ।" ঐবু অঙাওবগুম শোয়দনা খল্লম্নি জ্জান মেন তাদনা মতোমত চোইরোল পঙলোস্ত লোনবগুম। অদুবু ঐদি খুদক্কুদা খুম্নিংখিবনি "নঙন সুতিগী তোংনবা থৌরিনি।"

খল্লুবদা ইত্তোমত হায়কম খঙদনা মুঙাইবা পোকই। নোংমত্তুংদি ডায়হুনা ঙাইরকপনি, ঙসিদি মহাক ঐগী রিক্সো-সিদা তোংলরেদনা। অদুবু ঐবুদি মানা শক খঙলমখিদ্রা? করি-গুম্বা খঙলমদবা থোক্লস্ন ঐন: খঙহনখিবা থোক্লদি কমদোরা? ঐগী কোইয়ামসিগা......।

খুৎ নামথাদোক্কুনা খদাংগী কোইয়ামদু হাইফেত্তুং নাল্লুই। মুমিত্তুদস্ন বজার হেক মোবগা হজাম অমগী মপাহুদা ঐঙোন্দ মুম মেংলগা ঙাঙলকই—

"কোইদু কোকথৎপ্রসি হজামসিদা, মেংবা মুঙাইতে।"

"কোকপা য়াদ্রি"

"কৌনো মীন মেংবা মুঙাইতে হায়রগ।"

"ঐগী অনিঙবসিনা হক খুংদ্রক্কাও থাকপা তরি।"

"করি অনিঙংনো? য়াম্ন 'নংঙমান্নেদা কোই থক্লগা নিঙবা হেকতঙক খুংনব্রনে? ঐখোয় মুপিশিংনা কোই হৌদবসিনা ওইবা তাই নিঙবা খুংদবসি, হৌরম্নদি ঐস্ন থাক্লমগদবনি।" মচেক হৈনা ঙাংবা হৌরকই। ঐ খঙই মানা কোই থাকপা মুকয়া য়াদে মুকপাম পামদে। অদুবু মুমিত্তুদি ঐনা কোইদু কোকখিদনবা হোৎনরুই।

ঐঙোন্দ মাগৌরণ ভাঙলকই, "ফজরে, অঙাওবা হেক মাল্লদনা! কোইদু কোকথংগ্রসেমি ।"

"ঐগী কোইয়ামগিনা নঙোন্দ য়ুমরত্রা ? নত্তে, য়ুমরত্রা'বা....

"কনাদনো য়ুম্বিবো রিক্সোয়ালা ?" ঙক্না হংলকপা য়াহংদুনমি ঐব অমুক মিকপ থোকহল্লিব' । ঐ হঙ্গিন হঙ্গিন ইকায়রে ! হন্দক্তি খুংকম থঙত্রে । থদাংগী কোইয়ামদু খুমকম থঙদনা অমুক নাল্লুই । ঐনা তুমিন্ন সুম লৈবদুদা মাস্তু মথা ভানদি হংলক্তে । ঐগী লাইবক ফবনি । হঙ্গিন হঙ্গিন হংলক্লম্বা তারদি ঐ করি খুল্লমগনি ।

নোংমা বিলা লূহোংখিদৌবে হায়বা পাউদু তাবদা ইঙক ঙকখি । থাজদনা সুম লৈরিবৈঙেদুদা মুপামচা অমনা লুহোংবগী বার্ত্তন চেদু থিল্লকই । থাজরমদবদু অচুম্বা ওইরমখি । এনভেলপ মমুঙদগী কার্ডতু চিংথোক্লুনা য়েংলুই পিশক পিক্ল খুপচিমব চে অমস্তু য়াওরম্মী । বিলাগী খুৎইনি —

ভামোচা,

নঙদি ঐখোয়দা লাকখিদবা কুইরে, কৈদৌয়ে ? ঐন্ন নখোয়দা হেক হেক লাক্লম্বদু তৌজিক্তি লাকপা য়াদ্রেদো । য়ুমদগী ঐব মপান থোকওনখিদরে । ঐখোয় ভামোচা বসন্নস্তু নঙ লাকপ্রা হেক হেক হংই । ভামোচা নঙ ঐগী বার্ত্তন চেদু উবদা ঙক্লম্লমি, নোক্লৌংলদ্রা ? মখোয়না ঐবু নমদুনা লাই-ফদিবী ওলহনবীরে । মখোয়না ঐবু তৌনিঙবা মওঙদা তৌ-বিরে । ভামোচা ঐ কপকদ্রা নোকদ্রা থঙদ্রেদা ।

উমখিদবস্তু কুইরে য়াম উম্মনিংই । ভামোচা নঙস্তু ঐগী লুহোংবগী মাওপ থনবসি খর য়াওরোলাওবা । কৈদৌঙৈ লাকনি ? ভামোচা, নঙ ঐগী লুহোংবগী করি পাংদৌরি ?

হৌজিক্কি তামোঁচাদগী মঙ্গল নীজবা নত্তুনা উপায় লৈতে।

নঙগী—

বিলা

লুহোংবা হয়েংনি হায়দুগী নুমিত্তুগী নুমিদাংবাইরমদুদা চৎলুই। মাগোঁপ খনব লোইশিল্লয়ে। বিলা ইমুংদা মথক্ত লৈরম্মী। ঐ উবদা বিলা মমিত্তা ঙৈরা হায়কেৎ চেনখি। নহানমথৈ লাক্তে হায়দুনা ঐবু বায়রোইরকই। মনাক্ত লৈরবা চৌকি অমদা ফমথ কমথ হংলুই, "বিঙ্গা করি পাংঙ্গে ?" করিস্ন খুমক্তে ইভা তাদবগুম তুমিম লৈ। করি পাঙঙ্ হায়রিনো নঙনা হায়রিংবা অমত্তংদি হায়রুদনা, মচু হংগে লাকপনি। মুংগী মুর্ত্তিগুম অঙ্গুম তুমিন লৈ। পিরিক অনিখক্তং মিৎলুদগী ইরং লংনা নাম্বরকপদু মথুৎ ওইগী খুৎশাদুনা তপ্ন তৈথোকখি।

বিলাগী অয়েকপা কোটোত্ত য়োম্লকপা চেচু লোঁথোক্লগা মঙোন্দ পীরুই। মুম য়েংলগা শোম্বাংনবা হংলকই, "শমত্রু অমা নম্নকনি হায়দুদি কদায়দা নমগ্রবা ?"

দোলাই মথক্ত উখিবদুনা অয়োমবা ওইবদ্রা খল্লম্বনি। নোংমত্তুস্থ মনাক্ত চত্তুনা 'কমদৌরি' হায়নফাও হংলুবা ঙমখিদ্রবনি। মভম'মগী পুন্সিত্থ মানা করিগুম্ব মিকুপ অমদা নিঙশিঙলবা থোক্রুদি ঐবু কয়াদা বায়রোইরমগবা। চহি মরি পুম্না কারে উম্নখিদবা। অদুবু ঙসিদি মশক উরকাও ঐবু করিমত্তা ঙাঙথোকপা ঙমহন্দ্রে।

নোংমথক মপামদ' লাকপদা ঐথোয়দা চঙলক্লম্মী হায়দুনা ইবেনা ঐ হেক য়োখিবগা চেস্থোরক্তুনা তম্মী, "ইচেলা লাকঅম্মী,

চিনারকাম্ন পূরকই তাবোচাগা চামিম্ননি হায়দুনা কনম্নাম ঙাইরম্মী। থেংজিল্লকপদুদা অদুম চৎখ্রে।"

"কদায়নোনে ইবে চিনারবো?" চেথারবমখৈ মুল্লবা চিনার অমা ঐগী কাগী টেবল মথকতুদা থরো থরো ওন্দুনা লৈরম্মী। নোংমা বিলানা মখোয়গীদা পানবা চিনারনি হায়দুনা পুরক্লগা ইবেগা ঐখোয় অহুম চামিম্নখিবদু ফনম্নাম হাউবনি। ইবেনা মখুৎতু লেক লেকতুনা নোকমি নোকমি হায়খিবদু নিঙশিঙলুই "ইচেলা হয়েংমুক্তি অচৌবা অমা পুরকউকো।" বিলানা নোকখি নোকখি খুম্লম্মী, "উম হয়েংমুক্তি অচৌবা অমা পুরকে।"

সন্ধ্যাগী ধুপ থাওমৈ থাবগী মখৌ চিঙরিবী ইবেদা ঐনা কোইতান তামদুনা হংলুই, "নখোয় ইচেলাগী করি হাপ্লিথি ইবে?" ইবেনা মাবু ন্নারৌবগী মওঙদা ঐঙোন্দ ন্নাকৎলকই, "ঐনা কোবিসি থেকখিগে পুখো হায়রগা মাদি য়াদে। অদুগা তামোচা মানা নঙগী কাদা য়ানব ফুন্নিৎ অরাংবদু মুম য়েংলম্মী। ঐঙোন্দ হয়েং খর ওদোকউকা হায়দুনা খোদারম্মীপোৎনি। ঐনা নঙ খর শুবীরকউ হায়দুনা ফাগি তৌখিবনি। অদুগনে তামোচা, নঙনা ম্নিক্সা থৌবদু নোংমত্তা ভোংতাম্নিয়ে হায়না খোল্লম্মী।"

"ম্নিক্রো, থাম্মো য়ারে…" অনিরক অহুম্লক হায়রকখিবদু তাহৌদ্রবজাৎনি। ঐগী নমগম মথক্তুদা মোন মোন লাংউবা খূৎ অমনা খঙটন টল্লকপদুদা ব্রেক থংকাউ কাওশিল্লুই।

"কম্না লৌনি ভারাগে?" বেক্ত হাংদোক হাংদোক্ল হংলকই। খূমকম খঙদনা লেপ্লিডৈঙদুদা মঙা চৎপি অমা লৌখো-ক্তুনা পীশিল্লকই, অনি লৌরো অহুম হন্দোরকউসে। হায়নিংবদু দং দং হায়দোরকই। লিপস্ট্রিক তৈবা চিনবালদু খিবং শুগৎ-

লগা ভাওলকই, 'মখোয় পাওন হায়'জাৎসি লিক্তি লিকথ্রজাৎনি কয়া হায়্, হায়রিনো ?" মরি মরি ভাওথরকই।

নোংমজুংদি অমুক্তা হংগে খনখিবা ব্রাহংত্নমতং লৈজবা শক্তি পুখা খোমজিল্লগা হংলুই, "বিলা কমদৌরি, মুণ্ডাইরিদনা?"

করি খুম্লকখিবনো হায়বদু খঙহৌদ্রে। ইনাক্ত লেপ্লম্বদু কদোমদ চৎখি হায়বদুদু উহৌদ্রে। মুপা অনিচৎপী অমথক মথায় মমৈক্র নল্লগা বেক সিটতুদা লৈরম্বদু উরকই।



## মতমদুবু লাকখিদ্রনে ঙাইঙমখিদ্রেদা

কদোমদৈ হোৎচিল্লক্কনা চিক্লরিনো খঙহৌদ্রে, কম কুইন তোংহনা মপুক্কু হেক পেনবমখৈ হোৎনয়ল্লজাৎনি। পাইখোক্ল-মদাইগীদুদা হাকৎচবা কাওরক্কনা খোৎকে হায়রদুনা তন্দে মান্দে খুৎ লামশিল্লুই। নাকোং মল্লাসিদা ঙেত্রাং ঙেত্রাং ঙংলল্লগা মাঙদা পাইখোরকই। মপুক্কু ইনা পিক থনলে, মশাঙ্কু লেঙম শাঙমদ্রে। পাইবদা মঙম ইশান শান্দনা উরে। হেক উবদা খোইদৌসি খঙশাউ শাউগৎলকই। ঐনা খ্বাইদগী শাউনিং-লুবদি মপুক্কুদা য়াওরিবা ঈচু ঐঙোন্দগীনি খল্লুবদা ঈ খঙকা কায়রকই। মসিমক্কবু মহাৎলগে খন্দুনা খুৎ অনিসে লাওনা হাইদোক্কুনা খঙফু ফুজিয়ে, শিং নাম্হোকখি। খোইদৌসি অমুক হেন্না শাউনিংলকই। কদোম্দা পাইখোকপ্রে খল্লিঙৈদুদা মাঙদা অমুক ঙেত্রাং ঙেত্রাং মশাঙ্কু খপ্প ঙমদমখৈ পাইখোরকই। মসিত মহাৎত্রদি খবায়সি ইন্নুঙ সুঙাইররোই খন্দুনা খুৎসিনা অমুক মপা য়েংলগ। কৎ কল্লি খঙচপ চপশিল্লি শুরু শুরু নোই-হৎলি, য়াওরবোই নিংই খুবাক মন্নুঙদুদা, তপ্প তিংখোকই। তিংখোক্কুনা য়েংলিঙৈদুদা মাঙদা অমুক থাঙৈ ময়াদুদা পাই-খোরকই। ঐঙোন্দ লংবমা য়াওরে মাগীসি খোইদৌসি খিৎপমখৈ শাউনিংলকই। থাসি ক্রক ক্রক চিক্লগা মসিতদি মহাৎলগে মসিতদি হায়দুনা খুৎ অনিসি লাওনা হায়দোক্লরগা "জয় বজ্রঙ্গবলী" হায়না লাউদুনা মপা য়েংদুনা পাক লাউনা

ফুজিনৈ ঙমজবী থান্নুনা। থাউনৈদু ফুৎ, পুম্মম। তস। কয়েদনা, করি থোক্লে থাউনৈ চুখৎপসিনা অমুক হেন্না তনগ্রে।

ইনাক্ত নৈখেৎনু লৈতে থাউনৈদু অমুক চুখৎলুবা তারবদি ফুঙ্গাগী উৎনৈদুদা নৈ হেক হৌদ্রিকাও নিঙ তেকপমখৈ কান্নবা তাবনি। হৌগৎলপা মদু তৌরুদৌত্নুনা হেন্না তনগ্রে। সিনিদো মীয়োল লৈজদবা ঐগীদি থাউনৈদু অমুক্ত চুখৎপীরকউ হায়নিং-ঙাই লৈজবা নত্তে। করিগুম্বা ইনাকসিদা মহাকতুদং লৈবী-রম্মদি অস্থক ময়ায় রাজরোইদবনি।

খোইদৌসি শাউনিং শাউনিং ইরম্বা থাতাদু মোন মথাদা শৎ ইনসিনগ্রগা, লোংনা অত্নুম হায়থরে। কোকসিপা মোনপা শমনখিবদা মঙাইরি চয়েৎনবা রাখল অমনা কদোমদগীনো কৎ হাইজিনবীরক্ত্না ওৎলরে।

ইগুং ইমায়বা থুদিঙমক শঙ্গোই লুকোইত্ত নত্তুনা ফৌগুখোং কাওবা তেক্লখিবা য়াওরে। ঐগীদি তেকখিবদি লাইরত্নুনা শাগৎচবদা ঙাইখিবা আশাগী অরাংশঙ্গোই মচাহু লোইশিনবা ইঙম ঙমদদনা অত্নুম নোংথাং চাইত্নুনা মাঙখিদৌরে; ইকিন কিম্বরে। নোংমনা হুমদাং অমা নাংস্থোক নোংমমা পয়া থর তৎ তুদৌরে। মসিগী থল্লুরদি লুগাসি শ্রিৎ নায় কোকথোক্লগা শ্রী-ধাম লোমদা থোকঅবা'মা তৌরুররাসি থল্লকপফাও য়াওরবনি।

মীওইব হায়বসে মনুঙ মতম হায়ত্নুনা হেন্দোরক্লদি ইকায় ইকি রাংম। লাল্লকই হায়নবদু চুম্মী মথারোমগী থোকচোমদা পাম্বোইবী অমা কাওই হায়বদু লাইবাও চুম্মি চুম্মি মহায়নৈ, হংনিংবা মরম অমগী হংবদা ওস্থোক্ল চুম্ন কাওই হায়নৈ। লাইদ কৎপগী পোংচঙস্থ অত্নুকমাম য়ামব নত্তে পরিজাত মপাল

অহুম, শেল মুপা অমা, সিতলি। থোকঅরবনি থনম্বা ইকায় ইকি বাংমা লায় পান্থোইবীগী লাইবাও তাবা চৎলি।

হন্দক মাইবী চঙলকপা মৌনহাদু য়াম নৌয়ি। চহি লেঙ্গাদুবা মাইবী চঙলম্মী থাজরুদে। মাগীদুদি শেল হন্দে ময়াম্মদগী নমূনা থর তোঙানি।

মী কনয়াম লাইবাও তাদোগী ঙাইনরম্মী। অহান অকোন লাইনা মৌশিংদুগী লাইবাও কাওথি। ঐগী পালি থোকপদুদা ইকায় ইকায় চঙশিল্লে লাইমাংদুদা। মাইবীদুনা ভাকই, "পারিজাত মপানদু ইমাইবেন্ম পান্থোইবীদা কৎলু, মুপাদুমা শেম্প্যাকসিদা থাথরগা ইমাইবেন্মবু চেৎনা নিঙজদুনা নমাইদু মথাং ওরগা থুরম্মু।"

পারিজাৎ মপাল অহুমদু লাইগী মূর্ত্তি নৈথবা মাইকৈ অদোমদা ফৎ লংশিনখি মাইবীদুনা। মমিত্তু উইশিল্লগা মচিন্দ করি করিনো থর মুরুম মুরুম শোনখি। মহু হেক লোইথগা লাইনা কাওবা শানা মথঙ মথঙ ঙাওথরকই, "ইবুঙো নঙদি নুঙাইথোক্কনত নৈদনা, লাংকম কনয়াম লিৎপ্রে হন্দক থাসিমগী মনুঙদা অচৌবা লাংকম অমা লাক্লনি, মসিমা লাম্থোকপ্রদি দশা কররনি।" মথঙ মথঙ করিনো থরা লোম্বরকই। অচুম্বনি থনব কনয়ামমু য়াওখি লালহম্নিংবা কয়াম্ন য়াওখি।

মমিৎ অনিদু উইশিল্লগা ঙাইহাক্তং থরুরগা মথা কাওথরকই, "নঙদি হৌজিক কাওবা নামা হাঙলিনা পুন্নিদো।" খাই লাওই লোইনমক হেক্ত কাওথরক্লদ্রা চিংনরুই। ইনাক্ত লাইবাও তাদোগী ঙাইনরিবা ময়ামদু তারমলত্রা থন্দুনা অমুকহ খিতং ইকায়রুই। হয় য়েংথোক্রুবদ: চহি থজিক নৈশীল্লবী নৈশাবী

মান্‌বী অমখক্তি ঐঙোন্দ য়েংলগা মোমোন ত্তৌরকই পুক্লিংসিদা খল্লুই মাস্থ ঐদোৌনা ইকাষ ইকি ৱাংমা লান্নবী অমা শোইদনা ওইরমললি। মাগীদমক থোইনা খল্লদ্রে অকোনবগী লাইকাওন্থুমদি ময়েক হাইকেৎ শেংনা লোল্লকই, "ৱারুম্থদা, নঙগীস্থ মতমদু লাকখিনি। থর ৱাঙনা মতৌবনি। পান্থোইবী ইমাইবেম্মবু থম্মোয়দা চেৎনা নিংজোৌহে। নঙগী পুন্সিগী লোইনবী ওইদোৌরিসিদি মবুক মপাউদি ফগ্রেদা, নঙবু শেমবী শাবীবা হায়দু হেক থোকই মশক মতৌস্থ লম য়ৌনা ফজবী হায়দু হেক থোকইদা। লমস্থ তূ-খোং লাম্ন লৈখিদে শাইতিন শায়' লোম্নবা হায়দুমকস্থ থোক্তে ····।" মথঙ মথঙ করি করিনো ফাওরকই। ঙাইহাক লৈরগা লাই কাগ্রে হায়দুনা লোইশিমখি।

মাইকৈক্তদংদি নিঙলম্বদুদা খিস্তং তায়োম্নবগুম তৌই। অতৈ অতৈদি থারকখিবা ময়ামদু চপ চানা চুম্মি হায়না খল্লি। মুমিস্তু লম্বীদা রাখলনা চয়েৎননা হল্লকখি। ফরে, পান্থাইবী নিঙদুনা লৈবদা তাযে অদুবু করম কান্দনো মতমদুবু লাকদৌবা ঙাইঙরক্তে।

"পান্থোইবী ইমা'বেম্মা মতমদুবু লাকখিদ্রনে ঙাইঙমখিদ্রেদা, মতমদুদদি শোয়হনবীদবা নাম্থোকহনবীদবা।"

মুমিদাংৱাইরমদু হাইফেৎ নাল্লে খঙদুনা হাইদোৌরকপনি ইত্তোমত। চৎকম লৈতবনিনা মাইকৈ খুঙদ অওনবা মাইকৈরোমদা অদুম চৎলে। ফন কুইরে অদুমনা কোয়বনিকাইনা চৎখিদবা। লোইনয়বা ইমাম্নবা ময়ামদুস্থ ফনয়াম কুইরে লোইনখিদবা মুকথেং থেংনখিদবফাও য়াওরে হৌজিক্তি লম্বীদু কাক চৎনয়ে। ঐনা কোয়বা চৎসি হৌরুনি, মচা পংদুনা

লৈরম্মি। ঐ হেক চঙখিবগা চাক থোংবগী শীংদু লৈরম্বু লৈত্রম্বু শীং লৈত্তে খরা অমুক্তা খায়বীরম্মু হায়রকনি অঙাং মশা ইঙম ঙম্দুনু নমদুবা অমুক নাহল্লনি। মখোয়গী মুপিদুনা মাইথোঙদু শুকথরগা ঐ তামবা হায়দুনা, "অঙাং মশা ঙমদে ঙসিদি চথোকপিগ্রনু মোয়ববা" হায়ধকপুদুদদি ঐস্থ অদুম ইকায় ইকায় চৎলগে ভায় হায়রম্লগা থোরকপদদি ইমাম্বদুনা, "অদুদি ভায় থিন্দোক্কে্রকো" হায়রগা, অঙাংদু পম্লগা মাঙোলদা লেপতুনা লৈহৌনি। সিনি হৌজিক্তি ঐনা ইমাম্বনি হায় শাদুনা কোয়থোকল্লুসি হৌরুনি মখোয়না মতম্না পুরকপা থৌরামদুনা পুন্দুনা চৎথোকপা য়াদনা লৈরম্মি। অদুদদি ইত্তোমতমক থৌ লৈতবা তাদুনা ভোকপা ভাবনি।

"মুংথিলগী পুঙ অহুমদা চাক চারম্বু চাকচামাঙখৈ অয়ুক্কি হায়দুনি, ঐ হৌজিক পাখঙনি।" ইত্তোমতনফাও পম্মিংদবা মখেক অমদি ঐগী মিং মমৈদা মম্নাম চঙদুনা 'সিংহ'গী মহুৎ শিন্দুনা তপশিনবীবদু ঐ নিনফুং নিনফুং ভাবা য়াওরবনি— প্রফুল্লো পাখঙ শরী। 'শরী' হায়সিদনি ঐনা খোইদৌ চাকইসি। প্রফুল্লো পাখঙদমক হায়রগা অমসিদং পনবীরমত্রদি মুঙাই-জগদবনি। অমসি পল্লকপাসিদনি ঐ ইত্তোমত খল্লু খল্লূরগা আত্মাঘাৎ তৌনিংলকইসে।

নোংমম্বু পুপ্রিদা ইরুজবা থোক্লকপদগী থোঙ্গ্রাদা থোঙ্গ্রাই চন্দূনা ইত্তোমত বাখলনা উংদুনা কপ্পমখৈ কম্নূরগা নোংদম থৌবা মপোক্লী হিংবগী কায়পোৎ নত্তে খন্দুনা পুপ্রি মপান্দ হৌব খাগী লৈহাউ পাম্বীদুদা কিনা কিনা কাখৎখিবদো। ক্রে ক্রে নোম্ব খাগী লৈহাউদু খুংপায় চেৎনা পায়রগা থুদৈদুনা

ঙক্ত কোঙ্গোই শেম্লগা কিশিল্লে। মচি অমনা পুশ্রি ময়াইরোমদা হাইথবা মশা অমদা চেৎনা কিশিল্লে। থোকঅরবনি খন্দুনা মিং-না চেজেৎ উইশিল্লগা কন চোংথবদদি খাগী লৈহাউ মশাদু পেক তেক্লগা পুশ্রি ময়াইদা জম। ঈরোয়বা হৈতবা ঐ ঈরাক্লদুনা কনয়াম য়াখি। ঙক্ত কিশিনর্খিবা থুদৈদুনা ঈশিং মপুংদা লাকশিনখিদুনা ইতোমত কনয়াম য়াখি। উচিন নাচিন হিংদি হিংহৌই। থোঙ্‌ঙ্গাদুদা কপ্লাক নিকপমথৈ কাখৎলক্লগা শিরম্নীদা হায়দুনা ইতোমত খঞ্জখি। পাম্বোইবীগী লাইবাওদা অচৌবা লাংকম অমা লাকনি হায়খিবদো খঙনিং নিঙশিঙ-লকখি। লাংকমদুগা শকচিন্নরসনু খন্দুনা শিয়থোকখি।

কুইরবগী মতুঙদুদা মুখিদাংবাইরমদু ওথাক নাল্লে খঞ্জদুনা থোরকই। লৈকায়গী লৈশাবীমচাশিংনা ঐ উবদা লংনরকই; “ভাপ্রফুল্লো ঙসিদি য়াম কেনা হাইদোয়কইনা কদোমদনো?” হাৎখিবা শমহাত্তু কায়খিনি খন্দুনা বাদু কয়ফাও ঙাওলমদ্রে, তেন্তক খুম্লমই, “ঙসিদি নথোয় ননম্মদু উম্মরুগে।” মুপিমচা-শিংদু বা রা নোক্ক্‌না লৈহৌই। অমনা লাউররই, “ভাপ্রফুল্লো-গী ইনম্মদু মশক খঙজনিংদ্রেদা।”

মুমিদাংবাইরম লম্বীদা মেলৈ লাংলম্বা শাবী শানৌশিংদু উরুবগা ইতোমত থোইমাং থোইশাউনরকই। ইতোমত খঙা-নরকই ঐগীদি মতমদু লাকখিদনা হেক্লোয়ক্লবা হায়দুরা। অমুকশু হয় মথক্ত য়েংথৎলুবদা লম্বীগী নাকন্দা শাবা দুইতো-লাগী য়ুমথক্তা তোংলম্বা চোঙা জোরাদু উরকই। মুম য়েংশি-ন্নুরদি চোঙাদুদাকাও ইথস্ত ইকায়রকপা য়াওরকই। চোঙা অমোমদুনা লাবদুগী মঙক্তা মচিম মতুদু নাম্বোকপীদুনা লৈহৌই।

চোঙাতুনকাও ঐঙোন্দ লেমশিল্লকপা অম: য়াওবখোই থল্লুই।

ইথক্ত লাংভক্লনা মুম লাকপতুনা মিৎযাঙদা চৎলবীতুনা মিৎয়েংকম ওইরুই। খ্যাই খ্যাই শয়াংতু নিঙতুমক য়োক্লম্ব য়োনিং য়োমাং তোবে। তুংযান শবানত্তুমথৈ য়েংবদদি কন কজে। স্বর্গগী মেনকা পুন্সিগী অমুক্তম্ব উত্রিবতুগা চাংদম্নবদা মেনকাদগী হেন্নমদোবা মাল্লি। চেংতকপা খাং, মকা লাখ নিংতু য়েংবদা মিৎকম হোংনিংদবা হায়ত্তু থোকই। খঙদে, খুদক্তুদা ঐগী ওইনিংলুই।

মনাক্ত হায়কেৎ নক্ল চঙশিল্লুই। তুং ওইরগ মুম ইনৈ করিগুম অমত্তম্ন হংলুবা ঙাঙলুবা ঙমদে। ইমাম্নবশিংগীদমক্তি ঙাঙবদা থোনা হায়কেৎ ক্ষবা ঐনি। অতভাই তাম্নকপতুদদি মায়গসি থমকম খঙলক্তে। লৈজবা শক্তি পুম্ব পুথোক্তে হোৎনরুই ঐন্দ্র ইতোমত্ত মান্ত মথনত, কনাদনো ইকায়রুদৌ? শিবমদাই খোঙ্গাও, মুৎন্মদাই থাউবৈ হায়তুনি শির-শি চঙ ঙ চঙ লৈজবা পুম্ব থোমজিল্লগা হায়রুই, “মেম্মই নাচোমসে কজপ্রেদা”।” হায়কেত্তং তুংহম য়েংথোরকই, মিৎয়েংতুকাওবদি থোইম্নাংনৈ। মথা তারুবা ঙম্নমদে তুংদদি অত্তম ইনৈ। শেম শাত্নুনা অমূক হংলুই, “মেম্মই নাচোম মমক্তুদা পূন্সিচুপ্প লোৎচনিংই সিবু য়াম্নমক কায়রত্রা?” কজনা হংলবনি থম্ন হায়রুবনি। উপন্যাস কম্নাদা, য়ায়ী কয়াদা কবিগী য়াহৈদা হায়খিবা কম্নাত্তু নিঙশিঙ নিঙশিঙ হায়রুখি। পাউথুমদি ইপি পিরক্তে। মথা অমূক শমথরুই, “পাউথুম অমত্তংদি পীবীরম্মু ৈকদৌগে? পুন্সিগী মসত্ত অয়ুকসিদা পাইজরকপা থোইমু ঐবু নিংবা কাম্নন মুম হল্লোরা?” অত্তুকাও করিমত্তা খুম্নক্তে হায়কেত্তংদি য়েংথোরকই। পাউথুম ইকং কংদবতুনা ইতোমত্ত চিংনবা অমা য়াওত্নুনা হংলুই;

"লোম্নোক্তবী মুজারনে নঙবো ?" অদু ওইরম্থু থম্মোয়গী পাউথুম অমত্তঃদি পীবীরম্মু কৈদৌগে।

ঐস্ত্র কদোমদগী মিঙশিঙলক্তুনা ছায়রুবনো থঙদে মরী মরি পঙাঙত ঙাঙথরুই। হন্দকমুক্তি ফং ওস্থোক্লগা পিশুম শুত্তোক্লগা, "কদাইদৈ হমুবনোহে। ইঙাও ঙাওশিময়দনা, মী উথিনি ইকায়জৈ হন্দোকউদা।" শ্বাই লাউই মিকুপতুদা বমস্ত মিলন্দু সরবনাস।

য়োবার্ট ক্রুসকী মীগী ব্রায়ীচু থঙনিঙ নিঙশিঙলকই। ইত্তোমত থল্লি হয় হয় হোৎনবা ত্তাই। মুপি কোয়ববু কোয়গে হেক ছায়বগা কোক য়াবা হৌনদে। য়ানিংদবই মওঙ থয় উৎ শাউনিং-বই মওঙ উৎ অদৈদি কোয়দি ঊয় মুংশাদা তুম্বদৌনা জুরু জুরু তুমশিঞ্জখিনি।

মনাক্ত অমুক চঙশিন্দুনা ফংলুই, "মুংশিরুবা ঐত্তগী ইয়ালত ওইরদ্রা ? পাউথুম অমত্তংদি পীবীরম্মু কৈদৌগে ?"

হন্দক্তি ফং ওনশিল্লগা মচিম থুম্বত নত্তুনা স্নাবুলদুস্থ য়াওরকএ। শাগনসিদা স্নাবুল মনিঙহুনা হুপ। শাগন্দু পূমত্তেক ত্তেকঅবোই মিঙই।

থোইদো শাউনিং শাউনিং য়ুমদা হল্লক্রুগা ইত্তোমত ফমলি-চৈঙহুদা ইমানা কুঠি য়েংলুই চেনিংহু পাথরকউ তাশি হায়ন্থুনা ঐগী নাক্ত পুশিল্লকই। চেত্তু ইত্তোমত তুমিন ঙাইহাক য়েংলুরগা থোইদৌ শাউনিংলক্তুনা শুরু শুরু নৈশিল্লুই। ইমানা হৌনা পায়কত্ত কৈনোনে নঙবু তাগেনে হায়রকপন্থুদা তন্দে মানদে পাথরুই—চহি কুস্থ্রমাপলগা থা তরেৎ মুমিৎ তরেৎনি স্নরে চহি নিফু চঙলে। কম ত্তোকপা, মনিঙ মৃতু, কৌত্রু কালমৃতু থমমৃক ওইরি। শনিগী অস্তরদা য়াহুনা চারি লোইগদবা থা

মিপাল য়াৎলি অসিকাওবা কয়া পাঙদে, অতৈ অতৈ করি করিনো পাজিগী হৌনবী খরা ইরম্মী। ঐনা ভিং শোরু লাউমিংজুবদি চৎখিদ্রুদনি। ইমাদা কৈদৌবত কুঠি য়েংসুব্রিনো হায়ত্রুনা থৎনবা কৌরুখি। সুম পাথরকপদা অয়োরবগীদ্রুদা ইরম্মী—“হৌজিকমক্তি বিবাহ কর্ম্মগী ফল লৈতে থা ভুরেৎলিগী মতুংদা বিবাহ কর্ম্মগী ফল লৈ।”

শাউনিংমনগ্রত্রুনা চেজেত্তদা ভাইনত্রুনা শুরু শুরু নৈশি-ন্নৈ। ইমানা ভাপ মুনখি, “শেল য়াম ভিংলুবনি মতমকা মাঙবমথৈ ইথৌ হেক শিৎপমথৈ। অত্তুম্নকা ভৌবি লাকপীনুদা পাখঙ হন্নুবা ; মানা মতুংদি খিব হেক খঙজত্রগা।”

ইভোমত থোইদৌ শাউনিং শাউনিং তুম্ব য়াদত্রুনা রাখল ময়ামত্রুনা চয়েৎনত্রুনা নৈমিন্তৈত্রুদা মথাখংবগী টনে থয়োগা ইমাগা বারী শাবত্রু শেংকাতনা ভারকই

য়াথং থাবক্ত হয়েং চৎখ্রুরসি ইনম্মা-কো,
মাইকৈসি ঐথোঙরোমদগীদি কৌক্র হায়বতাইনে, মত্রদো ?
মমিঙত্রুবু কপ্পি'বা ইনম্মা ?
বনাশখি।
ও, ওা চুম্মীনহৈ খিমাশখি, ভেক্তমক কাউইনে।
অত্রুবু নচামুপাত্রদবু ভাকপু ভাকপীরব্রো নঙবো ?
কদায়দৈনোদা ভাকলাক্লিপোৎনি, অত্রুবুদি হেক্ত য়াওনিদা।
মশক মতৌপদি কজত্রদো ইনম্মা ? নখো মশক কজবী অমদি ফংভায়েনে।
খঙত্রেদা লাইনা তম্বা হায়ত্রুনি ইবেম্মা।
অদো হন্নেংদি শোয়বা য়াদেকো য়াথং থাম'হায়দো।
মিৎ-না থঙশিঙ শিংই। ঙসাইগীত্রুবু······ মাইকৈত্রুদি

কৌক্র চুম্নি। মমিংহুদকাও খঙলক্রেদা। হয়েংদি মমিং হংদোকলূদবা য়াদ্রে। শোইদনমকৌদি ওইরমদোবা মাল্লি। ওইরম্নদি মুণ্ডাইগ্রনিদা। কৌক্র কালমৃত্যু ওইবহুননি ঙসাইগী সনাবুল মনিঙছু নাদি নাইহৈ হৌজিককাও চিক্লি চিক্লি লাউরি। হয়েংদি চত্তবা য়াদে শাউরংনবা মাইথোংহুগী মিৎচিনা হায়-কেঙং য়েংলক্লগা—কদায়দৈ হনুবনোহে……।

লাইবক্কী হমাংহ নৈথোক্কে হায়দুনা হিপ্ন হিপ্ন খুৎনা লামশিল্লবদা লাইবক্কী চৌরাইছু ফনয়াম হায়গৎলম্মে।



## রামজিগী ঐজ্ঞাবোক

রামজি প্রভুগী মন্দিরদু মপুঙ ফানা ফজরম্লে। মন্দিরগী থোঙহুম্না লাওনা হাংদোক্লুনা লৈরম্মী। মতম কুইরবগী মতুংদা প্রভুগী দর্শন অমুক ফংজবদুদা পুক্নিংসি মুঙাই। ঙসিদি প্রভুগী দর্শন অমুক ফংলেদনা থৈজে।

লাইমুংদগী অহল ওইরপ তৌবা বামোন অমা থোরকই। লাইগী শিন্দুরদু লাইবক্তা নম্লকই। খুউ খুদক কুন্দুনা খুং লোম্নদুনা রামজি প্রভুবু দর্শন তৌজে।

মন্দিরগী হেক মমাঙমক্তদা হৌবা বোকুল পাম্বীদুম্না অদুম হৌরম্লি। প্রভুগী দর্শন লোইরগা থোরক্লুনা বোকুল পাম্বী মথোঙদুদা ফমথরুই ইতোমত থল্লি—মুংশিদা, মথোঙসিদনি নোংমা মতম'মদ' ঐথোয়না রারকান্দ হকচিক লাংদুনা পোথা-রম্বদে।' ঙসিদি ইতোমত ঙাইরেদো ফম্লিবা।

চাইনা কেন্দুনা তারিবা মপালদু খুজোক থম্ম খুনগম্লুনা শাম্নরুই। হৌখিবা কয়া নৌহৌনা নিঙশিঙহল্লকই—মুংশিদা নোংমদি ঐগ্যাবোক ঐথোয় ময়াম রামজি প্রভুদা কৎলবা বোকুল মপানসি খুনমিম্নখিবনিদো। ঙসিদি ঐগ্যাবোক য়াওদনা ইতোমত খুজোক থম্ম খুনগৎলি, মচি অমদা মপৈ মপৈ ওইনা পৈশিল্লি। ঐগ্যাবোকী য়েন্দাইদু পুথোরক্লদি য়েনদাইদু থনকোক তৌরনি। ঐনা বোকুল মপান খুনবদু করিগুম্বা ঐজ্ঞাবোক্ল

উরদি ঐজ্জাবোক্না ঐবু শোয়দনা খাগৎলররনি, "ইশুত্তনি মরম ওকপা।"

পুন্সিগী লমফৈ অমদা থেংনরুবনি ঐজ্জাবোক অহূবু পুন্সিগী তাক্কক অদুদা ঐখোয়বু মশুত মশুগুম লুনা তৌবিখিবা লুনা খনবীখিবা ঐজ্জাবোক্নি। মগুন লৈবী মুপিনি। নহাশমুক্তী মপোক্ত মানা তৌজরকপদুনা ওইরিদ্রা খঙদে পুন্য চেনবীমক হায়নি'ই। মরল লৈবী কনানসু ঐজ্জাবোক্তী পুন্সিদু ফংজগে তানব ওম্মদবীনি ধর্ম্ম লৈবী মুপিনি। ঐজ্জাবোক মুতিগী রামজি প্রভুগী সেবাকারিনিনি।

সনখ্যা ইবুঙো চুড়াচান্দ মহারাজনা শ্রীরামজি প্রভুগী মন্দির অসি মঙৌমুপি ইবেমচাদা শিন্নবীরম্বনি, "নঙনা মুত্তিগী প্রভুগী সেবা কায়দনা তৌজদুনা প্রভু রামচন্দ্রগী শেবা ফংজৌ।" মতম খরগী মতুঙদা ইখৌ'বুঙোদুন লৈখিদবদগী ঐজ্জাবোক রামজি প্রভুগী মন্দির মনাক্ত অপিকপা খাঙপোক অমা শাদুনা লৈখি। মচা-মশু ময়ামদি ময়ুমদা লৈহৌই। ঐজ্জাবোক্তনি মশুমুপা অপিকপা অমগা রামজিগী সেবাকারিনি ওইনা লৈরিবা। মাগী করিমত্তা রাত্তে মরল লৈবী হন্নুবীনি। অচিকপা মকমদুদা হন্নুবী মশু মবেস্ত লৈবদু কনানসু করিসু তৌবা ওমদে মতিক মগুন লৈবী হন্নুবীনি।

ঐজ্জাবোক্ন ঐখোয়দা নোংমা হায়, "রামজি প্রভুগী সেবা হেক কায়দনা ফংজরিমখৈ ঐগীদি করিমত্তা রাত্তে।" রাংসু রাংলোই ঐজ্জাবোক্তীদমক রামজি প্রভু লৈরি।

নোংমা ঠিকাদার হেরাসিং প্রভুগী মন্দিরদুদা লাক্নুনা দর্শন ফংজখি। চেখায়রবা মন্দিরগী খাক্ত লাইবক কচ্চদুনা কাখৎলি।

মহুমরুম্বা মন্দিরদু উবদা থরদং মুঙাইতবগুম তৌখি। ঠিকাদা-রমক ওইরম্মু হেরাসিং ঈশ্বরবু পুক্লিং চেৎনা থাজবা মিওজবা মীতানি ঐজ্ঞাবোক্ন মন্দিরগী থোঙ লাউনা হাংদোক্তুনা নিংখিনা মাবু দর্শন কংহনখি।

প্রভুগী লুক হৌবা, লুক কৎপা মঙ্গলআর্ত্তি, ভুক আর্ত্তি, সন্ধ্যা আ-র্ত্তি কৎপগীদমক বামোন অমথক্তং শ্রী গোবিন্দগী মন্দিরদগী লাক্তুবা হেক হেক কৎলৈ অতৈ মতমদি প্রভুগী সেবা ঐজ্ঞাবোক্ন তৌলৈ।

হনুবী অমনা অদুম্ম তৌরবদুদা হেরা ঙকই। চিংনমা হংই, "ইমাবু কনা ওইবিরবগে ?" ঐজ্ঞাবোক্ন খুম্মি, "ঐ প্রভুগী সেবা কারিনিনি ইবুঙো।"

ঐজ্ঞাবোক্ন বারী মতেক থরা ঠিকাদার হেরাদা লাবীখি। বারীদু তারবা মতুঙদা ঠিকাদার হেরাসিংনা মন্দিরগী তেক কায়বদু মহাক শেমাজগনগে, মহাক মন্দিরদু কচ্চগে হায়লৈ। ঐজ্ঞা-বোকম্ম য়াখি।

ইকুই কুইদনা মুং গাড়ি মপোৎ মপোৎ পুরক্তুনা থারৈ। রামজিগী মন্দির শানবগীদমক। মোহোন মদুগী মিস্ত্রিনি, ইচম চম্বা মিস্ত্রি নত্রে 'বর মিস্ত্রি'নি। থবক তৌবদা খোমজিন পাশিনবা লুনা নাম হৈশিংনা শুবা মোহোমি। ঐখোয় থরমা হজিরাবালানি।

সুপ্রতগী মুমিৎ তরাতরুক্লিরোমদনি ঐজ্ঞাবোক ঐখোয়গা মফমদুদা লোয়নরম্বা। তেল্লবা মতম থরছদা ঐজ্ঞাবোক ঐখো-য়গা পুন্সিগী কাউওয়রোইদবা ইনোৎ কয়া হাপ্লিরকই। মশুক মশুগুম লুনা তৌখি। কয়াদা মুংশিগ্রবা ঐজ্ঞাবোক্নো।

ঐখোয়বু ঐজ্ঞাবোক্ন মুমিৎ খুদিংগী বোকুল মখোঙদা লেপতুনা হেক হেক কৌরকই—কমপোরসিং, তোনান, খাবু।

ঐজ্জাবোক্ন ঐবু কমপোরসিং হায়না হেক হেক কৌই। মসিমক কৌখিবগী মুঙাইবা য়ারী লৈ।

ঐগা ইনান চায় ঐজ্জাবোক উয়বা মুমিত্তু ঐখোয় মরামদা মিং হংই। মতমচু সোংলে ফিল্ম কয় ভৌরি। ফিল্মচুদা গবরসিংবা চৌঙলক্ত চৌঙ পোখায়বমখৈ নোক খেবা অদু য়েংবা মুঙাই। মিঙশিঙ নিঙশিঙ ঐখোয়সু মতৌ তমদুনা ভাঙনৈ। ভোনায় ঐঙোন্দ খুদোঙ্কী খিল্লগা ঐজ্জাবোক্ত তাকই, "ঐজ্জাবোক মাগী মিংদি গবরসিং" কায়বা খোকপোক থোক্তবোই ঐজ্জাবোক্ন কৌই — কম্পোরসিং"।

মুতিগী ঐজ্জাবোক্ন ঐখোয়ব চা লোনবীভুনা পীথকই। মুমিত্তুসু থুইরবা মথুত্তুনা পুথম মচা অমদা চা গ্লাসময়াম চাপতুনা পুথোরকই। বোকুল মখোঙচুদা লেপতুনা কৌরকই, "ইশুশা চা থকঅরোসে।"

ঐখোয় ময়াম বোকুল মখোঙচুদা কমচুনা থবক শুরুবগী অরা পোখাবোই ভকচিক লাংচুনা ঙাইহাক্তং কমলবদি ঐজ্জাবোকসু ঐখোয়গী ইরক্ত হেক্ত য়াওরৈ। ঐখোয় ময়াম চঙচুনা ঐজ্জাবোক্ত লংনৈ কাগি ভৌনৈ, "ঐজ্জাবোকসে লৈশারীঙৈদা কজয়মগ্রদৌজাৎমিহে, ওস্মোক্নসু কাওরমগনিকো।" ঐখোয় ময়াম চঙচুনা ঐজ্জাবোকপু লংনৈ, "ঐজ্জাবোক, লৈশারিঙৈদা ককাদি পাখঙ কয়াদি কোয়রকই?" ঐজ্জাবোকসু শাউদে, মুম মোক্তনভ মতায়। অমুবা ময়া ময়ামচু উবমখৈ নোকমি নোকমি চৈরকই নপায়ানিয়চাশিংসিদে।

ঐজ্জাবোক্নী মতৌ য়েংনিংলচুনা অমুকসু হায়রুই, "ঐজ্জাবোকসে লীকপ্রেন্দা, চাসিকাও চিনি অঙাংবনা হেক লোল্লিদা। ঐজ্জাবোক নঙসে লীক্ষমল্লিকো।"

ইভেক তেক্লবা য়াহিদাক্তনা শঙবদ মুশিল্লবা য়ায়ামদু উৎলদুনা অমুকস্ত চৈয়কই, "নপায়ানিমচাশা চিনি অঙোবদু লোইথোকখিদুনা ভোৌবনিমে।"

ঐজ্ঞাবোকী মুঙাই মুঙাইবা বারী কয়াদা ঐখোয় থবক শুবা কাউনবস্ত য়াওই। ওস্থোক ওস্থোকপা রাহঙ ঙাক্রি ঐজ্ঞাবোক্ত ঐখোয়না হংলিবা, "ঐজ্ঞাবোক মুপিনা য়ানবা লাইবাকা লৈ লাকপ্রা ?"

"থৌদা অঙাওবশিংসিদে, মরমত মওকউ মুপি হায়দুদি মরম্নাই অহুম লাকচপোৎনিনে।" অমুকস্ত ঐখোয় ময়ামবু থাগৎপীবগী মওঙদা হায়নকই, "ইশুশিংদবু মানিংঙোইদবা মুপিবু কনানো, অপায়ত হায়য়ু ইশুশিংগীদি ইবোক্ত চত্তুনা হায়নরুনি।

হংলিমখৈ খুম্মি ঐজ্ঞাবোকস্ত হংনিংবমখৈ হংই ঐখোয়স্ত।

ঐজ্ঞাবোক্ত ঐখোয় ময়ামদা তাকই ইশুশা মুপি কোয়বা হায়সিদি মশক মতৌ লমচৎ মুম্ম য়েংলগা কোয়গদবনি। কুপ্ন থিজিল্লগা কোয়য়ু। থায়ন মমাংথৈঙদদি য়ুম য়ুমদা চঙদুনা শেগ মাইগ বারী শায়দুনা পারী পুরী হংনদুনা কোয়নরম্মীদো। হৌজিক্তি চেজেৎ অমদা কোক ইরগা হেক্ত কোয়নয়েনে মুংশিনয়েনে। মসি পাম্মে হায়দুন হেক কোয়বা য়াবা নত্তে "শমদোন ঙাংবী মুপি লৌরুস্ত, পিভাকম শমক্র থুংবা ফত্তেদো খোঙদা থুত্তা মুম্ম য়েংলগা কোয়গদবনি। খোঙবী ময়ায় লুকপা মুপি কৈ। খোঙবীসিবু থেকত্তুনা পাম্নদি মহুমা জুগোৎ চায়রোইদবনি।"

পাথঙ ঙাক্তনিনা ঐখোয়স্ত লৈশাবীগী য়াহঙতনি হংলিবা ঐজ্ঞাবোক কম্নি কয়ম্বা মুপি কোয়দোবা ? কয়ম্বা মুপি লৌদোবা ?

সুমিত্তুর ঐজ্ঞাবোক হান্নগুম বোকুল মখোঙদা লেপতুনা কৌরকই সুমিত্তুদি ঐজ্ঞাবোকী মাইখোঙদু মকা লান্ন উই। চা গ্লাস মরামদু পুখম অমদা হাপতুনা পুথোরকই। ঐখোয় ময়ামবু কৌরকই. "ইশুশা নখোয়বু ব্রাবন্নমিনে, চাইহাক চাইহাকন্ন পোথাউনে। চাথক অরোসে, কনানবু ঙম্নবিগে সুংশা অসুক শাবসিনবু উরুগসিদা লাকও বোকুল মখোঙসিদা!"

ঐখোয় ময়ামদা চা গ্লাস ময়ামদু অমমম পী অদুগা ঐখোয়দা চেপথদুনা হংই, "থক্নুনা য়েংউনে, থুন্নব্রা? হাউরব্রা হ'?"

তোনান্ন ইহান হান্ন চ: গ্লাস তু চিংথংলি। তোনান্দা ওনশিন্দুনা হংই থুন্নব্রা হা? তোনান শুগৎলকই করিমত্তা থুন্নক্তে। ঐন্ন চা গ্লাসতু অমুক্তং চিংলুই, পুময়াক য়াক্লম্লে। ময়ামদু চাইহাক্তংদুদা মহৈ মহৈ নোকখোক্লরক্লে।

"ঐজ্ঞাবোকীসিদি ঐখোয় ময়াম সুংশিমন্দুনা থুন্নবা হায়দুনা থুম য়াম থাকঅমাল্লেদা।"

"ইহে নপায়ানিমচাশা চক্ষুদুদি ইমান মাঙ্মেদো হাপ্পীদো। কনানা থঙনি লিনি ওইরবোই নিংইদনা।"

সুংশা মরক্নুদা থবক ব্রানা শুনরুবদুগা থুম্ন লোনবা চাদু অমত্তা লেপ্পদমথৈ থক্লখি। ঐজ্ঞাবোক্লবু লোল্লদি চান্ন ইহাউত্ত মহাউই। ঙাঙলকপ খুদিং ইমুঙত্ত সুংশি। 'নপায়ানিমচাশা' হায়রকপদুন্ন 'ইবুঙো' না মতুম হায়রকপদগী হেন্ন হয়াউজে।

ঐখোয় ময়াম্ন ঐজ্ঞাবোক্ত লংবৈ; "নহানবাই ইথৌবুঙোদুনা ঐজ্ঞাবোকসি ফনয়াম চৈবিরমগনিহে" ঐজ্ঞাবোক্ল থুম্মী, "হেয়া ইবুঙোশা, ঐখোয়ন্ন নহা ওইরিবৈঙদা ইবেমচা হায়দুনা ফাও-রম্নিবনি। হৌজিক্তি ইমিৎন্ন উদ্রে ইমান্ন তাখিয়ে। অহন ওইরক্লবা হায়সিদি মথোঙ হুকপোৎ নত্তেদা ইশুশা।"

ভাইখো ভাইখে হায়রম্নগা লাইমুংদগী হৈরুক বালবুক ময়াম পুখোরকই। থবী কিহোম লক্লোই অদুগা হায়রকই—খে চাউ, লাইগী বালভুক্তি নপাপ কোক্লদবনি। ঐজ্ঞাবোক্ল ঐখোয়দা মুংশিনা তাকপি, 'ইশুশা নখোয়না মন্দির শাব য়াওবা ফংলিবসে নখোয় পুন্য চেনব ভাক্তুমিনে।"

ঐনা থবী মকক্তুমা থাঙ্গৎলগা-"জয় রামজি প্রভু মুংশিনবা মুপিতদি থুংনজগেকে" হায়রগা য়াম্নুংদা হকচিল্লি।

"থীদ অভাওবসিদে"-ঐজ্ঞাবোক্ল নোকখি নোকখি চৈরকই।

"অভাংশা কুইনা পোত্থামল্লেনে" বোংশানা ভংবদোনা বোর মিস্ত্রি খুরা মোহোম্ন খেকথরকই। ঐখোয় ময়াম ফুক ফুক কৌগত্তুমা থবক শুই।

ভসিদি খুরা মোকোম্ন কুইনা ফমদুনা লৈখোকগগী মরম কৈম্ন হায়বক্লরোই। ঐজ্ঞাবোক্ল রাবী করা পেম্ন শাবা ফংলনি। ভসিদি ঐজ্ঞাবোক্ত কর্রি রাহংবু হংসিব।

অদুবু ঐজ্ঞাবোক্তবু কদোমদা চৎপ্রবা ঐ লাকপসি উত্রবা জাৎলা। ঐজ্ঞাবোক্ল ঐ লাকপা উবদা করাউনা চেন্থোরকনি কৌদুনা য়েংই-ঐজ্ঞাবোক হো ঐজ্ঞাবোক......কনাসত্তুম্ন খুম্নক্তে। অপিকপা ঐজ্ঞাবোক্তী খভপোকশভদুদা চভশিন্দুনা য়েংই। শিৎ মানবা বাক্তংহিদাকফুদু ভাদুনা লৈরম্মী। ঐজ্ঞাবোক লৈমিম্নহৌবা মশুম্নপাদুস্থ চহি তরামভারোমসিগী মতুংভসিদদি পাথভ মচা অমদি কায়ম্ননি। মাস্থ কদোমদা চৎপ্রবনো উদে। মানদি ঐবু মশক খভলরোই ঐমস্থ উরদি খভবু খভলরোই। ঐজ্ঞাবোক্তী খাভপোকশভ মমাভদুদা লেপ্তুনা কৌই-হো ঐজ্ঞাবোক, ঐজ্ঞাবোক......।

ঐনা কৌম্নিদুগী পাউখুম শ্রী গোবিন্দগী থান আর্তিগী কংসি মখোলদুনা খুম্নকই। হৌজিক্তমক জ্ঞান তারকই চুম্মি

ঐজ্ঞাবোক মুখিদাংৱাইৱম থান আর্তিগী মতমসিদা লাইমুংদা চঙডুনা হরি নাম হেক হেক শোনবনি। ঐদি ইকাউৱু কাউথোকলুৱেদনা।

ঙাইহাক্কুং ঙাই খিগে থম্ন বোকুল মথোঙডুদা অমুক কমথৱে। লাইমুংদা চঙলুৱম্নু ঐজ্ঞাবোক্ক মাগী লাইশোন কায় হায়ডুনা শোয়দনা চৈরক্কনি। নোংমম্নু চৈথি ঐজ্ঞাবোক্ক লাইমুংদা হরি নাম শোন্নিডৈদ মনাক্ক চঙডুনা কোক্কবম্নুগী "মপা ৱানিমচাশা লাইকা খুরুধা য়াদ্রেনে হন্দোকউনে"

ঐ লাকপা উথাদা ঐজ্ঞাবোক্ক লাইমুংদগী ৱামজিদা কৎপা বালবুক পুথোরক্কনি। ঐ...ন্দা শোয়দনা পীরৱনি। ঙসিম্নু ৱমজিগী বালভুক চাবা তারেদনা। কুইনা কংলুম্রবনি, পুন্য চেল্লম্বনি মতম'মদি মুতিগী ৱামজিগী বালভুক চারিঙৈদা। ঙসিদি পুন্য অমুক হম্ন কংবা তারেদনা।

ফনয়াম থেংজিল্লমলে। সন্ধ্যা অতিগী গৌরিভজন শকপা লাইনিংথৌ অহন হনুবাশিংচু মরি মরি চঙনরক্কে মন্দিৰ মমাঙদা। ঐদি লাইমুংদা য়েংনা য়েংনা ঐজ্ঞবোক থোরকপা ঙাইরি।

ইতোমত শাউনিংলুই-"কুইথ্রেদ", ঙসিদি ঐজ্ঞাবোক্কী লাই-শোনসি ওন্থোক্ক শাংথ্রেদ।"

চুম্মি ঐজ্ঞাবোক্কী লাইশান্দ ওন্থোক্ক শাংথ্রবনি।

## য়ারৌলক্ত ওইনবা

ভুংলোমদগী তাম্লিনা কৌরূকপদু ফন কুইনা কৌরবক্তাথন্নি, কাইনথংদা তারকই। সাইকলদু ইনাক্ত থৌজিল্লগা হংলকই, "করি য়াথল্ল উংলিবা ?" ঐগী য়াচু তাম্লিদা হায়দোকপ ইকায়-দুনা ওম তৈভনা ঐনা অমুক হংজুই. "তাম্লি কদোম চৎপী-গদৌরিবা ?" নও থেংনবা য়াম্ন ফরে ইত্তোমত চৎপ ভন্দুনা লৈরম্লবনি ইবানি ওসিদি থবক অমা চৎলিল্লদবা য়াদ্রে, অম্বাই-ফাওবতল্লি। ঐস্নু হোয় মাই কল্লিমত্তা হান্নদনা সাইকলদু অত্তুম থৌথমিম্নরে।

তাম্লিনা য়ারিদু থাওতত্তগী হৌরকই, "ইবুঙো ইয়াম্বন্ন লাইবক্ত তমম্লবনি থন্দুনা হিংলবনি। হৌজিক্তমক ঐহাক কন্নি মুংগীনো থল্লক্লবনি। য়ুমদা ইমানা মুকয়া য়াদে; মীগী মচা নিঙোল অমবু অম্নম্ন তৌবিবসে চুমদে হায়বা ইয়াম্বন্ন থঙই অদুবু ঐথোয়নিগী লাইবক্ত তম্লম্বনি থন্দুনা লৈরবনি। ইয়াম্বন্ন জ্ঞান মেল্লকা অমত্তা তাদ্রে।" মীওইবগী লাইবক অমদি পুন্সি অনিগী মরক্ত লৈনবা মরিদু উৎলদুনা মথা শম-থরকই, "মীওইবগী লাইবক্তা তম্লম্বা অসিবু থিংবা ঙম্ববার-নে সিবো ?"

"মীওইবনা করিগুম্বা অমা শোয়খিবা নত্রগা লানথিবা য়াওরবদি লাইবক্ত হেক্তমক তাইশিল্লি অদুগা শোয়খিবদুগী মরাল কোক্লবা হোৎনৈ।"

তাল্লিনা করি করি বাল্লিবো পঙলিত লী, ঐহ্ন অঙ অঙ হায়না পঙহায়ত হায়। তপেঙনবক হান্নবদি ঐদি হৌবদগী জ্ঞান অহুম তাল্লবনি। ঐখোয়নিনা চৎলিবদু কদায়দনো হায়নহু হংলুব্রে। অহুবু লীরিবা বারীদু মুর তাক্রব্রবস্থ তাম্মিগী মাইখোঙদা তারিবা মমি অহুদি মুঙাই তবগী শকফম্রি থঙই। নহানমখৈ নোক খেছুনত লৈগনবনি অহুবু ঙসিদি মহৌশাগুম তৌরমস্রে:

লৈরক অমদা হাইজিল্লে। কংকুক থাবা লৈরক্তুদা সাইকল থৌবদু ঐনী সাইকলহুনকা থর কত্তবনে মখোল হৌনা থোকই। কত্রক কত্রক মরক্তুদা তাম্লিদি বারী লেপ্তুনা অহুম লীরি।

লৈরক্তু য়ৌবদদি ঐহ্ন তাল্লিদা ঐখোয়না চৎলিসিবু কদায়-দনো হায়না হংল্লুই। ইশম শম্ন খুম্মকই, "চৎত চৎসি মফমদু য়ৌরগা থঙগনি।"

সুম্লিৎন্ন তাশিল্লকএ কম্লানি পানবনো হাক্কমত্তুদি থঙদে থান্ন মকোয় হান্নরপ মান্নরদনা ইংনা থোরকই। লমদুস্ত লমহাং ওইনা তৌরদনা পুক্লিংসি সুংশিবা অমা পোকই। পাক্ল শন্দোক-খ্রিবা লৌবুক্তুদা থাবলগী মঙালদুনা য়ৈবদা মতা'মওইনা কৈজে। পুক্লিংসি ইনৌ নৌথোরকই। তাম্লিদা ইচম চম্ন ফাগি তৌরুই, "পুক্লিংসি সুংশিরকইদা, শৈরেংক তারিদা ইনিংলকইদা বাথল-সিদা জাৎ জাৎ নিঙশিঙলকইকে।" নোকমি নোকমি তাম্লিনা ঐঙোন্দ ওনশিন্দুনা হায়রকই, "নঙগী হৌনবী হৌরক্লব্রা?"

থোঙালদু য়ৌরে। মুমগী অরাংথংবা শরুঙগী হাইজিন্দুনা চংই। ঐহ্ন মতুং ইন্নদুনা অহুম চঙলে। তাম্লিদা করিগীনো কনাগী মযুম্মো থোইনা হংলুদে। সাইকলদু থামজিল্লমগা নুমাংলোমদা লাকএ। মমুদু তাল্লিনা থর হঙোইরপ তৌনা উই। মুমহুদা

করম্বা মতিক মগুন চাউবা মী কনা লৈরমগবা খল্লি। অদুবু লৈরম্লিবা ফিভমদু মক্তি খরদি থাজবা ৱাৎলি।

তাম্নি ঐখোয়নি সুমাঙদুদা ঙাইহাক্তং লেপ্পি। মহাক্কনু য়ুমদুগী মীওই কনামত্তদগু ঐখোয় লাকই হায়বা তাক্তে। তূমিন অদুম লেপতুনতা লৈ। মাগী মতৌদুদা ঐনু তুমিন অদুম লেপতুনা লৈরে। মী অমত্তা লেপ্লম্বা উদে। অরাং থংবা অদোমদা পাকথন ওইনা তৌবা শঙ মচা অমদি লৈ। কৌশুখোন অমদি তায় পুক্লিংসিদা ইতোমত্তা খল্লি ইমুঙদুগী মীদি ওইরম্বা তাই।

মুপিদু ফৌশুবা তোক্লগা ঐখোয়না লেপ্লিবা শুমাং অদোমদা মকোক্ত য়েৎলম্বা কোকশেৎতু লৌথোক্লগা মশাদু কম্থোক কম্থোক্তুনা খোরকই। হায়ফেত্তং ঐখোয়রোমদা য়েংলম্লগা ইমুঙদা তল্লপ চঙখি। রা অমত্তসু ঙাঙলমদে। তাম্নিসু মুপিদুদা রা অমত্তা হায়খিদে তুমিন লেপতুনা লৈহৌই।

পুক্লিংদা নিংজিং মাংজিংবৈ। তাবনি ঐখোয়নিনা মীগী মযুমদা লাক্লগা সুমাঙদা তুমিন লেপ্তুনা লৈরিসিগী মরম ঐ খঙদ্রি। মরমদু খঙলবদি খরসু মফগদবনি অমুকসু ইমুঙদুদা লৈরিবা মীশিংদুবু শাউনিংলকই মী লাক্লগ করিগী না মখোয়না ফিদা অমত্তসু পুনোরক্তনা থাদ্রিবা অদুগা তামনিনা করিগী সুমাঙদুদা লেপ্তুনা লৈরিবা শকখঙনদবা মীগী মযুমদা তিক্কারি অমমা সুপনত্তগী চেং মুত্ত অমত্তংগী লেপলবগুম ঐখোয়সু অদুম লেপলি।

অহন ওইরপ তৌবী মুপি অমা অপিকপা অঙাং অমা পোরগা খোরকই। তুমিন ঙাইহাক লেপলগা খোন্দু তল্লপ

ঙাঙলকই, "ইনম্মহুবু অঙাংসি লোখিনবীররদি কদোনি। করিনীনো মশুনি হায়বা খঙ্গলবা কাওবা সুম লৈখোক্লিসিবো? মশু নত্তে হায়খিগে হাবরিরা হৌজিকফাওবা? ওস্থোকপা পুকচেল হায়-ডুনিদকো!

অপাম্ননমক ঙাঙবা নত্রস্থ ঙাঙলিবড়ু তামনিদনি হায়ব-মথৈদি ভশেঙনমক অড়ুম মখঙই। তাম্নিস্থ খুমদে ঙাইহাক অমুক তুমিন লৈনৈ। মথা অমুক শমথরকই, "অঙাংসি মশাস্থ ঙমত্রবনি, ফন কুইরবমি।"

ইমুঙলোমদা ওনশিল্লগা কল্লপ লাউখি মুপিড়ুনা "করলা ফিদা অমত্তা পুখোরকউদনা," লৈশাবী মচা অমা মুরা অনিথক পুখোরক্তুনা সুমাঙদা থারে। মাঙ্গোলড়ুস্থ লৈ থান্দে মম্মি। সুমাঙড়ুদি রাউরি রাউরি থাবল খরদি অড়ুম মাখোক্লি।

য়ুমড়ু মৈতৈ মুমশানি। খোঙ লাওনা হাংদোকপড়ুদা ইমুঙ মমুঙ লোয়নমক উবা কাই য়েংশিনখিবদা মৈঙাল ইখোক খোক্তবা মুংশি মুংশিবা পোদোন অমদি লমম্নাইদা থাল্লি।

ফন কুইনা তুমিন লৈরুমবা মতুঙদা কিরুপ কিরুপ তামনিনা ঙাঙলকই, "কয়াম কয় ঙমত্রবনো অঙাংড়ুবু? ঐস্থ অসোমদা থবক থয় চিনবড়ুদা চখোয়কপস্থ ইঙম ঙমত্রে। নহান নোংমা কান্তোদা লুপা তমাথক পীখিবড়ুবু......"

"নঙগী লুপা তমাথক্তুনা কৈদোনদৌরিবা? হৌজিকী মতমদবু করি লৈবা কোম্নগরিবনোব," মুপিড়ুনা কল্লপ ঙাঙলকই। অমুক তুমিন লৈবৈ। তামনিস্থ করিমত্তা খুমদে বা পাক ঙাঙনদে। মুপিড়ুস্থ অঙাংড়ু পোরগা লেপ্তুনা লৈ। তুমি নপঙলৈত লৈনৈ। মতাঙড়ু য়ৌশিল্লকপদদি ঐস্থ খনফম খঙজিল্লক্তে।

ঙাইহাক নৈরগা যৌরহা মানরী অমমক মকোক্তু হাইকেৎ খুরজিনগা যাম্ন তম ইমুঙদগী থোরকই। মাঙোলদা থাম্বিরা কিশাকোন্দুগী কিশাকান্দুদা মথোঙ য়াম্নরগা কমথরকই তুমিন অতুম কল্মি যান্নু ঙা ঙাঙদে। চায়রকেৎ হায়রকেত্তংদি ঐথোয়-রোমদা য়েংলকপগুম তৌই। তাম্নিদি মথুৎ থুনিং অনিচু থুডদা শোৌরগা মমাচু মথুং অনিমা থরগা নোম্ছুন্ন অতুম নৈথিবদগী শুকহন চনগৎলক্তে।

কন কুইনা তুমিন তুমিন নৈনরুমরা মতুঙদা মৌনহাছুনা হোরকই, "অঙাংসিগীদমক থন্দুনা ঐ হিংলিবনি, অসিমত্তং য়াওর-মত্রুদি ঐ মুঙায়রমগদবনি। শিরবন্নু শিগ্রদৌনি। অদুবু ইরায়-বক্তিনি থন্দুনা নৈথোক্লবনি।" ঙাইহাক অমুক তুমিন নৈনরুরগা অমুকন্নু মথা শমথরকই, "মথোঙ নৱী পানব শামক্তফাও মচা মুৎশিবা থঙই যন লাবত্তনবু মচা মশক থঙবীদবগী বাতনি।" হায়রিচুগী আর্থ ঐন্নু থঙই অদুবু হায়রিচুগী মরমদি ৱাথলনা লাম্বা কংলুদে।

তাম্নি নোম্বরম্বদগী মমায়চু নোমথৎলরুগা কিথি কিরুম ঙাঙলকই, "কয়ামক কম ওমত্রমনো?"

ৱাকংছমত্তংনা মঙোন্দ পৈমন্নিনি হায়বা থাজদে। তাম্নিন্নু চেমব য়াদবগী হংবা ৱাহং যাম্নি। অদুবু অনিচুগী মরক্তা কনানা লাম্নিবা হায়বত্তু মত্তংদি থঙলুত্রে।

মথোলচু হায়রপ নিরুপ তৌনা মুপিচুনা ঙাঙলকই, "অসি-মক্ত থোরুবা মঙনা শিম্নিবা মত্রা? মঙ মুঙাইরো পেন্নো। মঙগীদি মিঙখা থুংলমনিনা কৈন্নু কাম্নদে, ঐগীদমক থোইনা থনবীরুন্নু নঙগী ৱাইকলমক্ত হোৎনবীয়ু।" পেন্নমগী মুঙাইকনা

কয়াতু কোঙথোরকপা মারি। তুং-তুং কপখৎলকই। খরাংথংবা মেনখা খদোযদা তুমিন থোকখি। তাখিন্থু তুমিন হৌগৎলগা শুপিত্নুনা চঙাখবা মাইকৈ অদোমদা মতুঙ ইন্নখি। তুং-তুং কপপী খোমেন মরক্‌দা শেংকাঙনা বান্না শান্নবত্থু তায়।

"লাকবগী লাকবা অত্থুখ লাকবা য়াত্রা ?"

"লাক্লিংদবগী লাকবা নত্তে নঙ মরোলৈনা ব। ঙাঙগন্নুকো। ঐন্থ লাক্লিদনা।"

"ঐগীদমক থোইনঃ খনবীরুমু নঙগী য়াইকনবতা তো।"

"ঐবু সিদগী কেম য়াইকরকখিত্রনে ?"

"ঐতনা বাখা খাঙজরন্থ নঙদি মুত্তাইফম থোকইনা।

"নঙ মরো লৈনা বা ঙাঙন্থু, ননাসি লৈথৎলুব্রা...... ?"

"নাকা অমত্তা শোকপিরকন্নুমত্তা অস। অয়ো'মা..........."

তাম্বিনা মন। লৈখিখাম্রে চৈনাখোল খাঙখিবগী থোকেলত্থু মেনখারোমদগী তারকই। কুইনা উমরুদবগী ওইনরিত্রা খল্লি ইতোমতা। ওইনবা চায়ত্থবু অশুম্না তৌরিত্র। ?

মৌনহাত্থুগা তাম্বিগা মেনখাত্থুদা কুইনা লৈমিদরুমবা তুংদা তুংথ-মাংথ থোকমিন্নরকই তাম্বিন মুপিত্নুদা থৌদাখি, "পন্না মতেক অমত্তা পুথোরকউদনা।"

পগা অশাংবা 'মা পুথোরক্‌না তাম্বিদা পীরে। থোংউপ্পুন্থ শুখাঙদা থুনম্লগা তাম্বিন্থ মাঙোলদা কাখৎখি। মম্লি-মম্লি তৌবা মঙোলত্থুদা অঙাং পোত্থুনা লেপ্লিবা অহন্দুগী মনাক চঙখিনখি। মৌনহাত্থুন্থ থোরক্‌না মনাক অমুক লেপ্লে।

"কোনাশল্লিবা ফিসি অমুত্তা লোথোকউবা।" অঙাংত্থুগী মথোঙ থুজেংত্থু পন্না মতেক অমা থুদেক্লগা কোনশিন্দুনা ন্যাপ লৌই। মতোমত থুম ঙাঙই, "সিদি য়ারেদনা পংকোম কোন্নত্থু

তাহৌদুনা অমুক তোকনি, কায়পোৎ মথে।" মমগন্দ প্রোশা পোনা অঙাংফুগী মথুক্তু মাপ লৌনবা ওৌথি। অঙাংঙুনা মথুক্ত্‌ মহোং মমুঙদগী শক্তোকপদুদা কপকে তৌই। নোকথি নোকথি ভাম্লিনা হায়থি, "ববানা মঙগী খোঞ্জি থুজিকা শারক্লবা মাপ লৌপে তৌবনিনে, কৈশু তৌরোই সে....সেনে।" কথিস্ত থংজিবা অঙাংদুদ' অমুক হংই, "চবেং চারক্রপি কমদৌনি খা-জল্লুরগা সে সে অমুকা তিংথোক্কউসে ববা মাপ লৌপে ইচাদি মরম ওকই।"

ফাম্বি মুক্তোমতু সুম তাঙবদুদা কিশাকান্দ কম্লিবা মৌনহাত্নুনা রায়ৌবুপ তৌন্‌ খুম্‌কই, "ইলেশ্চন্দ্রবনিনা নচা-কাওবা করাম চাউরগে খঙবাপোৎ নত্তে।"

বাচু ইকু' ফাম্বগী মঙদা ফাম্বিনা ওনশিন্দুনা হংই, "কৃয়ানি হাংলি হায়বু?" নিপাভিথক্‌ ভাইরবনি খয়া থুনা শাকশীরকউ, অমুক নংনুক্রবুদি ঐদি যাবোইদবনিকো।

তৌথিবা লাক্রবোইদবা পুক্লিগা নিঙমুখিদবা কয়াক্স বাইক্তু-মশুংবা শেক্লোকচবগী মওঙদা মীবোক অরকংবা লোম্বনব। তাম্লিনা হায়থি, "বষ্টিদস্থ ভোহৌব্রবনিনা চঙরসিন্নি লিলাত্নুম তৌতারিবে।" মৌনহাত্নুনা থিত্তং গুগৎলগ' খুম্মকই, "শ্লোবয়বোই।" মাইথোঙ-দুনা মুক্যা লায়েকবগী মওঙগুম তৌইরে।

অঙাংদুগী মথক্তাইদা ভাম্বিনা সুংশিনা চুম্বি। মক্লোক শিৎ-শিৎ ল্লানবি। কৈশু খঙ্রিবা অঙাংদুনা খুদক থুক্লকনৌগুম খমুক্নম চেপথদুনা হংই, "ইকুত্তোবচা বঙদি চঙক্লবি ভা চাগত্রা মক্লাপিবা ক্ষিম তৌগিয়া?" মতোমতা অমুক খজুক্কে, ইচাদি ভা-ওইনমুম পীজবা ভারেদনা।"

মতম তমহুনা নোংলৈ কাম্বী শাবে। মথুং মচাহুনা উপাক্ল শাবা কোংবৈশী ঞ্রেগরছ চিংই মচিন্দ হৌনা লাউই—ত্রং ত্রং।

চবোং হাবুত মরুমহুনা গনেনা মথোরগী কেম্প শাই। মুত মচা মচা খুন্দুনা পৈশিনি। অকোমবদা উপা-বাপা থেক্না মুং-শিন্নি। মনুঙহুদা কা কা থাইদোকই, "সিনা চাকথোংকম, অসিনা খুৎলাই লৈকম, সিনা পে.থাকম। মনুঙহুদা মথোর মরাম কমহুনা যাভাম্নৈ, ব বী শাবে। অপিকপা অভাং মরামহুনা কবি করমা বাবু থম্রিবা।

থবক অংতুং ভৌবদা মথামবা মথক্তা গলেতনা লুচিংই। শাম্বদস্থ মতাকনা মকোক থংই। মুখিদাংবাইরম খুদিত চবোং হাবুংত মনাক্ত শাবে। চৈ মচা অমদা কি মচেং অমা থেংলপা গলেনা মাত থাহুন' পাম্বরগা চংলি। কিরালমি, কিরাজমহি। মরামা ফুংনা মরি মরি ইবৈ। মথুম্বা উপাক্ল শাবা নোংবৈ বাগী পোক্লাউবী অমম পায়নৈ। গলেমা হৌনা লাউই, "নিংতম লাম্মীনা...." মরাম খুম্মি-"মাইকবে"। কদায়দা লাউথিবা তাহুনা অপিকপা অভাং মরামহুনা মভৌ অমুক তম্রিবা।

লৈক'মগী মথক থোংবা অহনশিংনা খিত্তোলুসন রিশিংগী মনিপুরদা থোক্লিবা মাথোক থৌদোকী বারী শাম্রবদা গলে অহন-শিংগী মনাক্তা চত্তশিন্দুনা মিহুন চোংবমথে তারে। কবিগুর কান্দর বারীষ্ঠ তাম্রগা মমিত্তা মপি ঈরা চেনবমথে থাতথিবন্থ মাওই। অপিকপা থম্মোয়হুদা করমা নিংবা খুংগবগী ঈথক্পু হৌরক্লমগবা।

মুখিদাংবাইরম খুদিংগী নম্পাকী চবোং হাবুত মরুমদা শাম্রিবা মুংনা কোইশিনরা উপা-বাপা থেকুনা থাজিনবা মথোরগী

অপিকপা কেম্প মমুঙছুদা অমুক গকেনা মরোই-চরাক্ত ময়ামদা মানা তারুবা বারী মরামছু অমত্ত চিথদমথৈ অদুক তশি। মখোয় মথেল মখোয়না তারুবা বারী কয়া কয়া পুথোক্লুনা লাঁটৈ। সুমিত্তুদা গলেনা ইচং থৌনা হায়খি, "লিভোসন য়াওশিকো"। ময়ামছুদা অমমমতা ওইনা হংই-মঙ য়াওগত্রা? নঙদি? নঙদি? অঙাং ময়াম মরক্তগী অমত্তং য়াওরোই থুম্নকপছু গলেনা শাউই। মছুগীদমক থুং থোক্লছুনা ফুনৈ। লম্বীদা চৎপা অহন অমনা অঙাং ফুনরে হায়ছুনা থাবদোকই। ফুনরিবছু করিগীনো হংবদা অঙাং ময়াম মরক্তগী অমনা থুম্মকই, "গলেনা ঐথোর ময়ামদা লিভোসন য়াওগত্রা হংবদা মা মতো-মতনা য়াওরোই হায়না থুম্মিবা, বা-অছুদা গলেনা শাউছুনা মখোয়বি ফুনরিবা"।

অহন্দু পুমঙক ঙকথি। চৎলমদাইছুদা অঙাং ময়ামছুদা সুংশিনা য়েংলম্মী অছুগা গলেদা ওনশিন্দুনা হুংশিনা মকোক্তা লানথীরম্মী। চেপথরগা অমুকন্থ হংলম্মী, "নঙলা গলে হায়রিসে"।

লৈকায়গী অঙাং মরেলাদগীনা মথা তাবা কাওবনা গলেবু কনানন্থ তিমরোই হায়রিদে, শাউবন্থ ঙমখিদে। মখোয়না গলেবু হুংশিবছুম হেনগৎলি। নোংমত্তং লম্পাক্তা মখোয় ময়াম শাম্নবদা গলে য়াওত্রবদি গলেগী মমুখ তায় মখোয় ময়াম চেনক্লুনা থিবৈ। অপিকপা অঙাং অনি থৎনবদা মমা মপাদা তারুদে। মখোয়না গলেদা বাকৎলি। গলেনা অছুবা মঙডা বায়েলি অছুগা হায় নঙনা লালি নঙনা চুম্মি।

অচাপোৎ অমতং চাবদা মথন্ত থক চাদে গলে। মরোই

মনাউ মমান্নাবা মমাম য়েন্নহুনা চাম্মিহৈ। মখোক্না শোন্নাৎ মন্নকপদা পুন্নকপা ভদ মানা হান্ন চাথোক্কে। হুাঁবদাংবাইমম লম্পাক্ত পুথোন্নকই। পিকন্ত্রবা ভদ থহু মচেৎ মচেৎ থোক্ন থেগান্নবগা মন্নামহু থুংনবা য়েন্নি। মন্নামহু থুংনবা য়েনবদা মহাক চাহৌদবকাও যাওই:

নোংমন্ন মথক থোংবা অহনখিংস' ঝারি শান্নবদা তাহৌবা কহেংগী পোদোক্গী বানীহু মহ'ক তাথৌবা থমহু মরোই মনাউ মমামদা মমূক ভম্মী। থম থবেৎ থবেৎ হোনবমথৈ বানীহু লী হন্দক্তা অা কহেংদা কাপথান্নবখিবহু অস। ঐ য়াওমন্নবদি হুভা-ইদৌনি। মখোন্ন অহুন্নিহে খিখিবহু, হুভাইভেকো। চাং মথক্পদা থাবা খিকাই মমামগা মখোন্ন ভক্লবথক' কাপথাইনৈ হে। মথোন্নগী মীদি ভক্লবথক্তা অহুগা থানাসিকাইদি ভান্নদা। অহুকাও মথোবদি কিহুনা চেনবীখিবে হে। থৌনা কত্রা? ঐ য়াওবন্নদি থভদৌনি। মথোন্ন লোইনমক কাপ্থান্নহুনা হাৎকনি। অহুগা মথোমনা চাং মথক্তা থাবম' লফুহুদি অহুম কৌহুনা নৈহৌইহে। মথোম্নগী অখিবা মশাহু চাং মথক্পদা থানা সিকাইনা ভিংবদা ভিংথৌ মথক্তা ঈনা পুমভাও ভাভনা ভাইহে। শাখিনা সুভ'ইভেকো হয়েং ঐথোম্নবা খিভং হেক চাউবগা মথোম্নদা লমন থমূক পুমসিকো।

নৈকাম্নগী মহোম্ন-মনাউ মন্নামদ: পোক্ল'উবী শান্নুনা য়েন্নি পলেনা পোক্লাউবী শান্নমথা বা ম্নানক্তিভদা মথোক্ল পলেদা হৈবী, "কবিশীবোনহৈ ইবুঙো নভনা: বা মচা অমুক ম্নাম ম্নাহুৎলিবসিবো?" ইকি কিদনা ইথম থম থুম্নি পলেনা, "পোক্লাউবী শানবনি"। মথোক হমুবীহু ইভক ভকই পোক্লাউবী

মচামচং শাবগীদমক অদুক য়াম্বা রা মচাদুনা কৈদোবগী মতৌ অমুক য়াম য়াম্বংলিদি করিগী ইবুঙো? গলেম্না ইথ শম খুমদোরকই, "পোক্লাউবী য়াম য়াম্মি শাদৌরিসি"। কৈমু থঙদবা মখোক্তদা গলেম্না থঙহন্নিংনা তাকপি, "খুৎলাই য়াম য়াৎপদগী ঐখোয়বু মীনা হেনথ্রিসি উত্রা অখোক"। গ্যান তাদদুনা মখোক্ হংই, "করি খুৎলাইদা য়াতুনা করানা করাদগী হেনলবা হা?" য়াম থঙবা শাদুনা গলেম্না পুম্মা কৈমু থঙজদবা মখোক হনুবাদুদা, "লিজোনমগী খুৎলাই য়াতুনা য়েক্লবনা মুম তমদুনতা লৈ অদুনা ঐখোয়গী পোক্লাউবী শরগা লিজোসন তমদোইনি। মখোকু ইঙক তক লৈহৌই। গলেম্গী ওয়োকপা য়াথলনি।

মখোয়-মনাউ মশামদুদা পোক্লাউবাদু অমমত ওইনা য়েন্নি অদুগা গলেম্না হায়, "নখোয়গী লিজোসনগী মতেং পাংউক্কো"।

কুইরে গলেম্না লমপাক্তা শামবা থোরক্তবা। চয়োৎ হাবুঙ মনাক্তা মুঙনা কোইশিনবা মখোয়গী কেম্পুতা লাকখিদবা। গলে য়াওদবদা অতাং অতৈদু করিগুম্বা অমা ইবাৎত বাৎপগুম দুতাইখিরে। মখোয় ময়াম লাক্তুনা গলেম্গী মুমদা মাবু থিরৈ।

মগু মবেস্ত লৈবা থাচপোকপতদুদা মখোয় ময়াম মমি মরি চতশিল্লকই। তুমিন তুমিন চপ চপ লেপ্পি মখোয় ময়াম দুতাইতনা হংই, "ইবোক গলে কৈদৌদৈ নাবা করকনি? নহাকনু নঙনা গলে নাবা করনি হায়রগ সুককং কত্তে মাদি, লমপাক শামবা অমুক্তমু থোরক্কে"। হনুবাদু ঙাওদে খুবদে তুমিন্নত মরৈ। করিনা পাউথুম ওইখিনি।

ময়ামদু উবদা গলে হরাউদৈ। য়াগী কাংথক মথক্তদা চতশিল্লকুনা মখোয় ময়াম কমথৈরে। বা তাঙখোকপদু য়াম য়াবা গলেম্না মখোয়দা হংলৈ, "ঐখোয়না শাবা চয়োৎ হাবুঙ মনাক্তা

কেম্পুতু খুঙাংঙ্গত্রা লৈরিব্রা, ?" মমামচুনা মথাতাম সুচাইতনা খুমি, "মোমোক লেগি'না সুত লোইনমক পোশম্মুনা লৈময়ে, কনানা তৌবাংরো থতদে।

মতেগী মাইথোংচু ইমক মকশিনবিবতম তৌই। অমুকহ মমাংচুদা অম হংই, "লবোমগী পোক্লাউবীদ লেরীব্রা ?" অমমত, অইনা মতক ইন্দুনা হংই, নতগাদ হনতগীদি ? মমামচুনা মখোম মখোমন য়েংতুনা পুরকপা পোক্লাউবাচু শকোক্লগা মলেপা উৎতুনা খুমি, "ঐগীদি লোম তো তো এশপ্প এগীহ" মলেপা উৎতুনা য়েংহাল। মলে মোমোন নোকচৈ পোম্বাংনবা বাহৈনা অম হায়মকহ, "বাতকপাবিশ্নুকো চেকাশম থবাকনু"।

অতাং মমাম তাতনাবনা তৌবনা মমামচু য়েংনা য়েংনা খুইমবা মথুৎতুনা মতগী কংলবা শক্লত তাহনবা হকচাংচু শিং শিং নাম্বাবনী হন্নুবাচুনা। মলেনা অম হংই, "হবোক ঐগী পোক্লাউবাচুদি ?" মবোক্ল খুমচৈ, "লেলে হবোক্ল নতনা হয়েং মাথ। কনগা শিগে হামচুনা শগামদা থাঙৎতুনা থাম। মলেনা মামৎ অনিচু তক্ল তক্ল পাতথোক্লগা মবোক হায়, "কদাম সিদা পুরকউ-বা ঐগী মোন মমাসদা সুম থমগে হাযবা "।

উপাই লৈত্রবা হন্নুবাচু মমিত্তা মাপ ঈমা চেম মতবু মুম য়েংই। অম্ন হোগৎলগা মতগী পোক্লাউবাচু পুরক্‌না পীবরে সে সে সিদা লৈয়েসে। মলেনা মাপী পোক্লাউবাচু চেকাশিম মোন মমাদ থমচৈ। মবোক্ত ইচং থোনা হায়, "ইবোক ঐখোমদি লিতোমম্নকো-কো নত্রনে ইবোক ?"

কমিন্ন থতদবা হন্নুবীচুনা গ্যান তাদনা মমিতা মপি ঈমা চেনবমথৈ খুম্মি, "মানিনে ইতুদি লিতোসননিনে"।

